# পোষ্ট মোর্টেম



রাইটরস ফোরুম, ইম্ফাল

থোইবী দেবী

*Post Mortem* :— a Collection of Short Stories
*By* :— T. Thoibi Devi, 1990



১বা ফোঙবা :— ২১-১-১৯৯০
কপী মশীং :— ১০০০
অহিকার :— অ-ইবীগী
ফোঙদবী :— অ-ইবী মশা




মমল:—লুপা ২৫.০০

নমফম :— লৈমা প্রেস, কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই।

# ৱামাঙ ৱানবা

মনিপুরগী অইবশিংনা মতম পুম্নমক্তা মায়োক্নরিবা মরু ওইবা সমস্যাশিংগী মনুঙদা অমদি মখোয়না ইজবা লাইরিক ফোঙজবা ঙমদবসিনি। অরাবসি কোক্নবা ইং কুঃ ১৯৮৮ গী সেপ্তেম্বর তাং ৩ দা "অইবশিংগী মরুপ" ( রাইটরস ফোরুম, ঈম্ফাল ) কৌবা সংস্থান অমা ইম্ফালদা লিংখি। অ-ইবশিং, অমসুং সাহিত্যবু মুংশিজবা মীওই কয়ানা পুল্লগা লিংলিবা সংস্থান অসিগী মরুওইবা পান্দমদি অ-ইবা অমবু ময়াম চঙহনা মতেং পাংবনি অমসুং মহাক্কী লাইরিক ফোঙহনবনি। অ-ইবা মশা মশাগী থাগী শেনখায় পুথোক্লে অদুগা অপুনবা শেনফম অমা শাগৎলগা, মথৎ-মনাও নাইনা অ-ইবাশিংদা ফংহল্লি।

মরুপ অসিনা লাইরিক ফোঙহনা শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈতে। গুপ্তগী অ-ইবশিংবু পুক্নিঙ থৌগৎপনি, তেংবাংবনি, অমসুং মগুন লৈবা লাইরিক কয়া মপং মথৎ ফোঙহনা মনিপুরী সাহিত্যগী পুকৈ হেন্না চোলহনবা অমসুং হেন্না ইনাক পুলহনবনি। খোঙজঙ অসিমক লাইরিক ফোঙবগী মায়কৈদদি অনৌবা আন্দোলনগী মশক্নি।

টি, থোইবী দেবীনা ইবা "পোষ্ট মোর্টেম" কৌবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসি মরুপ অসিনা ফোঙবা অহুমশুবা লাইরিকনি। লাইরিক অসি খ্বাই তরাগী থুত্তা শিন্নজরি।

লমাবম বীরমনি
জেনেরেল সেক্রেটরী
ৱাইটরস ফোরুম
ইম্ফাল

ইম্ফাল, জানুয়ারী
তাং ২১,১৯৯০ ইং

# অ-ইবীগী ৱারোল

হৌজিক্কী যুগ অসিমক ৱারীমচাগী যুগনি হায়বা য়াই। নহা ওই-ৱিবা মচীন তুমখৎলক্লিবা নহামচা কয়াগী ফজরবা ৱারী মচা কয়া'মা থোরক্লি, মতমগা চানরবা। অতুগুম্বা অর্থ য়াওরবা ৱারী মচাশিং অতুগা ঐগী ইশানা থেংনজবদগী অমসুং উরুবদগী ফোংদোকচবা খরশিগা চাং-দম্নরুবদি থাপ্পা খেন্নগনি। ঐনা ফোংজরিবা ৱারী মচাশিং অসিদি মতমগা চানজ্রবনি মরমদি মখোয়শিংসি ইখিবসি শোক ৭০ অতুরাইদগী হৌপ্রবনি, অতুমকপু অনৌবা খরদি হাপচরি। থোইদোকপা অমনা ঐগী ৱারীমচাশিং অসিদি য়াম্না চম্বনি, কোচি থাংবা নত্রগা মীনা খণ্ডবদা ৱাগদবা ৱাহৈ-ৱাতা নত্রগা ভাব তাদবা য়াওদে। ঐ ৱারী মচাগী জগত্তা অফাওবা অ-ইবী নত্রগা হৈনবীসু নত্তে, ঐগী'সিদি শম্না হায়রবদা ৱারী মচাগী জগত্তা ঐসু খোঙদাবা য়াত্রা হায়না চাং য়েংজবনি।

থোইদোকপা হায়জনিঙবা অমনা ঐগী লাইৱিকসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিংসি কনাগুম্বা অমবু অপাম্না হায়জবা নত্তে, মাম্নবদি য়াওরম্বা য়াই অতুবু অদোম্মুদি নচ্চদে, করিগুম্বদা হেক্লিনবা য়াওরম্নবসু কপ্পমননি খনবীয়ু।

পাবিৱিবা অমসুং পাবিৱিবী
পুন্নমকী মফমদা নোমুকচরিবী
অ-ইবী :— থোইবী দেবী

## ম্নারীগী মমিঙ


১। পোষ্ট মোর্টেম/১
২। লাইফম চংপা/৫
৩। মালঙগী ফুড়া/৯
৪। ওজা নত্তবনা ওজা শাবিগন্নু/১৩
৫। খোঞ্জেল অপাইবী/১৮
৬। কন্যা কুমারী/২২
৭। রাজনিতিগী চংনবী/২৯
৮। অধীকার/৩৪
৯। ষ্ট্রাইক, ষ্ট্রাইক, মফম খুদিং ষ্ট্রাইক/৩৯
১০। ঐ পোত্থাজরে/৪৪
১১। লমন/৫০
১২। ঐবু য়াম্থংপীগন্নু/৫৬
১৩। অমম্বা সংসার/৬২
১৪। অনৌবা পুন্সি/৬৯
১৫। শক খঙনবা/৭৯
১৬। পাপ্পা পাপ চায়/৯২
১৭। থাজগী মঙাল/১০০
১৮। অশংবা লবুক/১০৫

# পোষ্ট মোর্টেম

অয়ুক্কী চা থক্লা-থক্লা ঐ খবর পাই, ওন্থোকপা পাউ অমনি,—লৈশাবী মচা অমা থৌরী য়ান্দুনা শিরম্লে। নোংম্থু থিংলি-থিংলি তাই। ঈশিং-মুংশিংকী কিভম মতাত্থদা ময়াম্লা হায়নৈ,—"অত্থন-নিদনা নোং তারিবা!" মসিনা ময়ামগী মতনি। খবরগী ব্রাদি;—"শিরিবা মওংসি চিংন-নিংওাই ওই, মাঁদি কাত্রি, পুলিশনা থিবা হোং-নরি," অসিনি। হৌজিক্কী মতমদা য়াম্লা তোয়না তারিবা থৌরি য়ানবগী মী-শি, সি মীনা হাত্তোকপিরগা য়ানশিনবিবস্থ ময়াওই। লৈশাবী মচাসিনা থৌরি য়াল্লম্লিবসি চাউরবা অহাঙবা য়ুমজাও অমগী মন্থুংদনি। য়ুম অসিমক করিগুম্বা থবক অমগীদমক মীনা ব্রায়রগা শিজিন্নত্থনা লৈবনি। য়ুম অসিগী চৌকিদারত্থনা তুম্বা চঙবদা শিরিবা মুপীমচাসি থেংনরকপনি হায়নৈ। চৌকিদারত্থনা লাউরকপদগী ময়াম চঙত্থনা অশিবত্থ লৌথরে অত্থগা পুলিসনচিংবস্থ তাকলুরে।

অশিবত্থ পুলিসকা লোয়নননা হোসপিতালদা পোষ্ট মোর্টেমগীদমক পুখ্রে। হোসপিত্তালদা য়ৌরবা মতুংদা অশিবত্থ শক তারুবগীদমক খবর অমস্থুং রেডিওগী থোঙদা লাউথোকখ্রে। মী কনা য়াম্লা য়েংবা লাকই,—"নত্তে, নত্তে," হায়ত্থনা অয়াম্বা হল্লখ্রে। অরোইবদা মোতায়-শুদায়-নম্লবী মীয়ায় চম্লপ তৌরবী মুপী অম্না চঙলকই, পুলিসনা থুমজিল্লিবা মমায়ত্থ হাংদোক্লত্থনা য়েংহল্লি। মুপীত্থ খোঞ্জেন্দি থোক্তে, মমায়ত্থ থুমজিল্লগা হিক-হিক কুপ্লখি। আই, ও, ত্থনা মুপীত্থদা মখাঁতানা হংখি,—ইমাগা মুপ্রীমুচ্চাল্লিগা করি থোক্লবগে? মুপীত্থনা থুমখি,—ইচামু-শ্লানি।

অহুদি,—মুপীমচাসিনা থৌরি য়াল্লম্লিবসি ইমাহোয়গী য়ুম তারেনে।

নত্তে!

কনাগীনো?

থঙদে।

মুপীমচাশিগী অপোকপদি লৈরিব্রা?

লৈত্রে, কুইরে।

ইমা ইচাদরা লৈরিসে?

নত্তে, ইচানুপা অমগা লৈরি।

মহাক্তি করি তৌরি?

করিস্থ তৌদে।

মুপীমচাশিগা ইমাগা লৈমিন্নব্রিবশি করিগীনো?

ইবুংঙো মসিগী রারীশিদি শাংখ্রবনি, অদুবু ঐনা শন্নপ্না লীজবা তারবদি অসিনি,—ঐগী অঙাংশিংসিনা য়াম্না পিক্লিঙৈদা মপাদু লৈখিত্রে। ঐখোয়দি লায়রবনিনা ইনাক-কৈরাক থুনবগী ইমুঙদা শিন্নঙজরগা হিংজবনি। ঐগী ইচানুপীসিনা পুংকক চাউরকপা, কৌস্থ-চেঙস্থ ভমজরকপা মতমদা ঐগী মরী মতা শাবা ইনাকথুনবা অমনা মখোয়দা থমজগে, মখোয়গী ইমুঙ-মনুঙগী থবক তৌবিনবা মী লৈতে হায়দুনা পুখিবনি। অঙাংসিনা মখোয়দা লৈখ্রবা মতুংদা ঐস্থ মখোয়দা মরক-মরক্তা চৎলি, শেল-থুমগী মতেংস্থ থরা মপীরকই। অদুবু লুশিন্নক্লিবা রাকম অমদি পিক্লিঙৈদুদদি ইচানুপীদুনস্থ থোইদোক্না থরুদে, ঐখোয়স্থ থরুদে। অদুবু মহাক্না মপুং মরৈ ফারক্লবা মতমদুদদি, লৈকায়নস্থ মুত্তক-মুত্তক ঙাংনবা হৌরক্রে, মতাঙ অদুদদি মহাকস্থ য়ুমদা লাক্লিঙবগী ইরাঙ অমা তৌরক্রে। ইচানুপীগী মতৌদুদা ঐনা নোংমা চৎলগা, ইরাঙ-মুপীদুদা,—'অঙাংসি নোংমা নি-নিদং য়ুমদা লৈজসন্থ, নহাক্না থবক লৈমবস্থ হেক হায়রকই

লাকহনগে' হায়দুনা য়ুমদা পুরক্লে। মহাক্তি কয়া পুহৃন্নিঙদবনি অদুবু ঐনা নমদুনা পুরকপনি।

মহাক্লা য়ুমদা লৈবা মতমসিদা রাখল য়াম্না খন্না উই, থবক তৌরম্বদগী চপ-চপ লেপ্লি, করিগুম্বদা মতমদা মখুত্তা পায়বা পোৎ ফাওবা তাখিবা খঙহৌদে। ঐস্নু মাগী মতৌদুদা চিংনবা পোক্লদুনা নোংমা হংখি, "কুন্দ, করি তৌরবগে নঙবু, কদ্গীনো রাখল অদুক য়াম্না খাল্লিববো?" কুন্দনা লম্বা খুমখি,—'কৈস্নু তৌদে ইমা, হুকচাংসি খরা মুংঙাইতবা অদুনা ইহৈ হৈনিঙদবনি।" মমানা মখা তাখি,—অদুদি মাইবা নত্রগা ডাক্তর য়েংহনসিরা?" "য়ানিদা ইমা, য়েংত্রবস্নু।" শেন্নগা পায়জদবনিনা ঐস্নু অদুম তোক্লে রা মখা তাত্রে। আই, ও, দুনা মখা তাখি,—অদুদগী করম তৌগ্রবা ইমা ?

মমানা মখা তারকই,—"অদুদগীদি ইবুংঙো, ঐগী ইনাওমুপী শাবিদুনা নোংমদি, মখোয়দা মী খরা চাক কৌগদৌরি, থবক খরা লৈ হায়দুনা পুবিগ্রে। ইচাদি চৎলরোই মহায়জবনি, অদুবু ঐনা মতম কুইনা য়োকপিরক্লবনি হায়দুনা নমদুনা চৎহনখিবনি। অম্মুন্না ছায়রগা রা ঙাংবা থোক্তনা মচাদা মুন্না য়েংলগা অমুক হিক্লা-হিক্লা কপগ্রে, লোয়ননা তেংথারকখি,—"পুম্নমক অসি ঐনা লায়রবদগী থোকখিবনি।" আই,ও, দুনা থেমজিনখি,—"ইমা মদুগীদমক করি'মত্তা য়ানিংঙাই লৈতে, লায়রৈ হায়দুনা মীবু হেক্তো তুহৎপা য়াত্রা; আইন ছায়ব'মা লৈরিবনি, অদুগুম্বা আইনদুগী মমিত্তদি লায়রবা ইনাকখুনবা চপ মান্নৈ। আইনগী মতুংইন্না মী থুদিংমক, মানা, মানা তৌরুবা মরাল অদুগী মতিকচাবা চৈরাক কংগদবনি।" কুন্দগী মম্না তোম্বীনা মখা অমুক চথখি,—"ইবুংঙো, হৌজিকসি মতম অসিদবু অচুম-অরাল মশক খঙলিবরা? মীহাৎলুরবা মী অমতং ফাঁসি তৌদুনা হাৎগ্রে হায়রবসি

তারব্রা ? চমজথ্রবা, কৃরিস্নু খঙজিদ্রবা অঙাং অমা হাংপা ফাংবা ফাঁসি তৌত্রবরা ? রা য়াম্না ঙাংবগী করিস্নু কান্নবা লৈত্রে, ইবুংঙো,— হৌজিকী মতম অসিদি শেল পায়বা, অচৌ-অশাং খঙনবা, অতুগুম্বা মীওইশিং অত্তুগী খুদ ওইরবনি, ঐখোয়গী অরুব চাকরী লমিশিং হেনবা, ফাওবা খোংদাই শেংপী মীসক্তি জাইনম্ন, মখোং চাত্থান খুঙা আনিগুম্না তৈত্রাক রাখল তৌরগা হায়রকই,—"ইমা, অহান্না থনবিম্নু, "লৌমিং কাৎরবা মীশিংগীম্নু শেল ফিংদম্না আটমগী মতেং পীরবনি, ঐখোয়া অয়াম্বনা মসি খঙদবদগী লৌদবনি। অতুনা ইমানা করিগুম্বা কেম তৌরিনিঙলবম্নু হ.য়রিবা আইনগী মতেং অসি লেম্না খোবা য়াগনি।"

মতুংদা ডাক্তর ঘোষনা লুচিংবা ডাক্তর কাংবু অমনা কুন্দবু পোষ্ট মোর্টেম তৌবা চঙ্‌ম্রে। পোষ্ট মোর্টেম লোইরবা মতুংদা অম্রম্না রিপোর্ট পিখি,—"কুন্দগী মী-শিদি থৌরি য়ান্দ্রুনা শিবনি অতুবু থৌরা য়ান্দুনা শিবা মীশিগদি য়াম্না থেন্নে, মরমদি থৌরি য়ানবা মী অমদা লৈফম থোবপা খুদম শিং তদু অমতা ফংদে।" অদুনা ডাক্তরগী মত-মতুং ইম্নদি কুন্দ থৌরি য়ান্দুনা শিবা নত্তে, মীনা শিহনবনি।

—কনা-না ?

---

# লাইকম চৎপা

ঐখোয়গী অজ্ঞা'মচা মনিপুরগী হোটেল ভোকপা মীনা-নিংথিনা মমিঙ লৈরবা মীনি। অজ্ঞা'মচা হোটেল নত্না অতৈ কারবার অমা ভোকপা পম্লরবা মীনি। করি অমুক হায়রসিগে, হোটেল হায়বসি অজ্ঞা'-মচাগীদি মমা পুরুওগী পীখোরকপা কারবারনি। হোটেল কয়ামকমথু লৈ, অদুবু মহাক্কী হোটেলতা মতাম্রৈ, করম্বা তোপথোক্পা মহাও অমা লৈবনো খঙদে। অয়ুকসিদি মহাক্কী তল অমা ফংম্বা হোৎনবদা পরেং লেপ্পদা মাঙজিন থ'হোৎত্রবদি ফংবগী উপায় লৈতে। মাগী থাইদগী হেক্না ত'ম্নরিবসি নিংথম থাদা শরেং ঙারেনগা তল অশাবদুগা ওইরে। মুংশা লুম্বু-লুম্বু শাৎকপতুদা, ঙারেন্দুগা তলগা চাবতুদি ইম ......... ।

অজ্ঞা.মচাগী হোটেল মখোয়গী থোঙান্দগী হৌরকপতুনা হৌজিক্কি পাওনা বাজার য়োংখ্রে। হোটেলদগী তাঙবা শেলতনা মকম অদুদা য়ুম্ফম অমা লৈজরগা মথোল অদুমগী দলাল অমা শাখ্রে। হোটেল বামন হায়বসি সমাজনদি থরা পাউথোক্কৈ, অদুবু অজ্ঞা'মচাদি হোটেল তৌকরবসু মগুন্দি অমতা মাওহন্দে,—মাগী হোটেলদা মতমগী চিঙ্গাক হায়বদি শা অমসুং মহী-মনায়নচিংবা অমতা য়োন্দে। মহাক্কী হোটেলগী পুজারিসু মশা নাল্লি, লুগুন্দু লৈকাং থাংদে, খুদেম্ব কালী চুদে, য়েংবদা ইশেং শেংই।

অজ্ঞা,মচা অয়ুক ঙা হৌগৎলগা, ব্রাহ্মণগী হৌনবী চন্দন পারা থিল্লি, বোরা থাউ মচা অমা পায়রগা কৈথেল্দা অনৌ-অপেৎ ঙা-চাক লৈবা চৎলি। অজ্ঞা'মচাগী খোরানিগা মচামুপীগনা হোটেলথু পুহোই। মচামুপিথু ফনা হৈ-খিংই, লময়ায়দা হুন্দৎ-হুন্দা চৎলি, লাউই,—চা

অনি, বোরা মরি, তল অমা, ঈশিং গ্লাস অহুম........। থৌরানিনা উপু বাকসি অমা মলাঙদা থিল্লি, শেন-শিৎ জেম্রশিল্লি। অজ্জা'মচাদি হৌজিক্কি অতো-অরেং ওইনা লৈরবনি।

ঐথোয়গী মৈত্রবাকসিস্থ অমৌবা অমক্তং লৌশিনবদি য়াম্না থুই। অতৈ রাজ্যশিংদা যান্ত্রিক ময়াম পুনশিল্লগা বস্ অমদা তীর্থ চৎপন্থু ঐথোয়গী মৈত্রবাকস্থ থুংলরে। অদুবু ঐথোয়গী সিদদি প্রসিবু বৃন্দাবন ললোনবা হায়রগ' থভনৈ। মসিদি অনৌবা মওংগী কারবারনি,— লৈকাইগী ওইনা মী খোয়নবা মী অমমম হাপ্লি, মী অমনা তরা খোম্বা ওয়বদি, মহাক্কী ভারা ক্রি। অজ্জা'মচাগী পুক্লিংসি কারবার অসোঅদা অমুক চিংশিনখ্রে। বস্ অমতং রায়রগা গর্বধন পরিক্রমা অমম্থং মাষ মেপা নংনবা খোঙচৎ অমা'নিদং চৎহোগে থনখ্রে। মরম অসিদগী অজ্জা'মচাগী দলাপ মখোল অহুমতু ভারা শান্দোক্রম্নগা কারবার অসোমদ্রা অমুক চথখ্রে।

অজ্জা'মচাগী থৌরানি অমস্থং মজাইবেম্মা অহনসিগা অনিসি থবক্কী পোমিং য়াম্না উগল্লি, লোয়ননা খোঙস্থ য়াংভি। নোং হেক ডানবগা চদোন জরা ইরং ল না থিল্লি, মরুপ মপাঙ, শাগৈ-নাতৈ, খোইখোম হেক্তা খোম্না হৌই। মী অমদা ভাবাদি লুপা ৩,০০০ নি, চৎপগী থৌরমদি অরাং ভারত অমস্থং খা-ভারত থ্ংবনি। অদুবু টিম মেনে-জরনা অয়াম্বা মতমদা অরাং ভারত কোয়রগা হে প-হেক হল্লকই, করিগুম্বা মতমদা, মবুক থরা ফবা মেনেজর থেংনরবদি থা ভারতকী অফাওবা তীর্থ থর য়েংহনবস্থ ময়াওই।

বস্কী মপোৎলি চপ চাবদি মী নিফুরোমজনি, মখিদগী করা হেন্না হাপকদপে হায়বতুদি টিম মেনেজরগী রাথলা লৈরে। অজ্জা'মচাগী টিমসি গর্বধন পরিক্রমা নংনবা চৎলিবনি, পোয়ম্থ-রাকচাংগী ফনা ফজনা

ঈংবা মতম্ল্লি। যাত্রিকশিংদু লোইনা পাঙ্গা লুহা ভাকস্নু নক্লি ময়ুম্ন-মকৈ পানবস্নু য়াওরি, অদুগী মথক্তা মপূরোইবগা চৎমিন্নবস্নু য় ওরি। অজ্ঞা-'মচাস্নু থৌরানী অমস্নুং মমোম লাংলেন থাদে। ঐখোয়গী যাত্রিকশিংসি মপাল থোকঙ্গা অমাং-অশেং য়াম্না খায়, মদু য়াম্নদি কথা পোৎনি অদুবু করিগুম্বা মতমদা নাতৈ চাদবস্নু ময়াওরকই। যাত্রিকশিংদু তুরেল মপাল ওইরগনা তুরেন্দা কন-কন চোংথদুনা হেক লুথোকই নত্রগা রেলরেগী ট্যোটিদা ফি অপাবা অমা শেৎলগা হেক লুথোকই। চাকস্নু থাংদুনা ভাক্তা চাবনিনা চাক থোংকম অরুবা অমস্নুং অনানবা মকম থিনরকপদা সেপ্টিক টেঙ্ক-কী মথক্তা থোংদুনা চাবস্নু য়াওদবা নত্তে, মনম মহাদি করিস্নু কাওরকুবনিনা অঙ্গানি, অদুরাইগী রেলরে পুলিসনা উরগা নোক্লিওবতনি।

তীর্থ কোয়বসি থা অমরোমদি মচৎনৈ, চৎপগী মওংদি,—নুমিৎ ভাগ্রিভৈদা চাক চাহৌবা তুম্বনা ধর্মশালাদা। ময়ামদুগী মরক্তা ভুড়া অমা য়াওবদুদি কাকমাং চঙবগা চপ মান্নখ্রে। যাত্রিক ময়ামদু লাইগী রারিবু শাগত্রা কাক-মাং অনিদুগী রারিবু শাগত্রা, য়েংবদনা মরোল'মা মিৎ নারিবা, চমন্নে। থরাই য়াওনা লাইকম চচ্রিবা কাওবুদুনা অজ্ঞা-'মচাদা শাওই,—কদাইদগীনো, অজ্ঞাসিনা মকম মরাওদি খঙদনা গাড়ী মপোৎ কানবনি হায়দুনা মীরাল থরা হেক হাপচিল্লদনা .. ...। "টিম মেনেজর অজ্ঞা'মচা ময়ামগী রাকৎস্নু তায়, অদুগা নহা ওইরপ তৌরিবী লাইনিংবীশিং, শেন্দি কনা নিংথিনা পুরকপী, মখোয়দা ওমশিন্দুনা কাপ্পী মতেক অমস্নু অদুম মতৌই, থোরানী উথিত্রা হায়নস্নু কোইরুপ-কোইরুপ য়েংই।

হয়েংদি গর্ব্বধন পরিক্রমানি, যাত্রিকশিং ওন্না ভুম্নে। অযুক্কী পুং মরিরোম ভারকপদা ময়াম পুন্নমক হৌগৎনদুনা গঙ্গা স্নান্নি হায়দনা

পুন্নাও লাওনৈ। কেবীস্নাদি পুক শিল্লে হায়রদুনা মপুম্রোইবা তোমচৌনা পুক শুত্থনা লৈহৌই। ময়াম পুংমক শে-মাই অমতা হায়রুমদনা গঙ্গা তম্না চেম্থনখি। টিম মেনেজরদি অত-তাইনিনা হংই, কদৌরে ইবেমম্না? কেবিনা রারোরগ-তৌনা খুমখি, অজ্ঞা, হংদবরবস্থু য়ারে, এথোয় কাওবু-সিদি শিরবস্থু হন্না য়েংনবগী রা লৈতে।" অজ্ঞা মচাস্থু শাউংপা খুমখি, করিনোদা হবেশ্মহোয়গী মী য়াওরি হায়দনা তৌবনি নক্রবদি ....।" "খঙজরে অজ্ঞা লেওবিরম্মো", কেবিনা থোইরপ তৌনা খুমখি। ময়াম পুম্বা গঙ্গা স্নান কারক্লগা গর্ব্বন পরিক্রমা চৎনখ্রে, কেবিগ্গা তোমচৌগা গঙ্গা স্নানগীদমক চৎখ্রে।

মতৌ অস্থুন্না খরা থংন, খর চৈনা তেত্থনা অরাং ভারতকী তীর্থ অয়াবা শুরুরবা মতুংদা থোরক্কদবগী ইরাও লাওনরক্লে। ময়ামত্থু মানা মানা পাবা পোৎ ফনা য়াম্না লৈনরে অয়াম্বদি য়াওশঙগী ফি-রোল হায়বদি ময়াম্না 'বিনান জয়পুর" হায়না খঙনবত্থু ফনা য়াম্না লৈনরে। অত্থুগা শেল খরা য়াম্না পুরকপা মীশিংনা শাল মমল য়াম্বা য়ামদবা ফনা য়াম্না লৈনরে। শন্না হায়রবদা য়াওরকপা শেল পুম্নমক ভাম্নাদং খাক্লগা পোৎ লোইনা লৈনরে। মতমগী লাইনিঙবা লাইনিঙবীশিংদি লাইফম চৎপদা শেন্দোংগী রাস্থু থাদোকপা য়াত্রি।

অস্থুন্না চৎপা মথৈ চৎলগা, লৈবা মথৈ লৈরগা, মনিপুররোমদা ম য় ওন্নরক্লে। লাইবকথীবদি! লম্বীদা খুদোংথীবা থোকপদগী বৈষ্ণবী অমদি ঈশ্বরগী থুরাদা চঙহৌরে, খরনা অশোক অপন নংত্থনা লৈবদগী মচা-মত্থনা চত্থনা লৌথোক্লক্লরে। অশোকপত্থনা মরম ওইত্থনা চহী খরা হৈরাং নাহে চল্লম্লগা ঈশ্বর-খুন্না ফংখ্রে। কেবীস্না তোমচৌ অমস্থুং অশোক অপন নংদব-শিংত্থনা ফি-রোল ট্রঙ্ক অমমম থম্না পুথোরক্তুনা, ভারাত্থমথৈদি হঞ্জিনখি।

মসি ওইরে লাইগী মিংদা কারবার তৌবা হায়বসি।

---

# মালঙগী ফুড়া

কমলাগা বিহারিগা নৌনা লুহোংখদা ওায়রিবা জুবানি। মখোয় অনিমক কেরানি ওাক্তনি, বিহারিনা ইউ,দি,সি, নি; কমলানা এল,দি,সি, নি। কেরানিদি ওইরগা মখোয় অনিমক শূবা নোম্বা য়াম্না কল্লি, অরেম্বদা মতম মাওহন্দে। কমলা থবক তৌবীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মরম ওকপিনি ছায়বা য়াই। ইমুং-মনুংগী থবক, অহল লমনগী সেবা পুন্নমকম্ তৌই, লোইরগা থবক কাবগী মতমম্ চাননবা হোংখৈ। মরম কয়াদগী কমলা য়ুমদম্ময়াম্না য়াই, অফিসতম্ মপক থোংবা অফিসারনা, থবক চাং নাই অমম্বুং থকসি-খাশি নাইনা চংলি হায়রূনা লুনা চান্না তৌবি।

কমলা অমম্বুং বিহারি অনিগী আশা ভরশাদি লোইবা নাইদে, অতিয়াগী লৈচিনগা অন্মানি, য়োনিওবা মফমদা য়োই, পাইনিংবা মফমদা পাই, নোংমম্ চংলুই কার তোংত্নুনা থাপ্লবা, ফজরবা মফম কয়াদা, অমুকম্ ফজরবা মখোল অহুমগী দলান্দা নিংথিনা লৈতেংলবা কা অমগী মনুওদা অকে-অমৌগী পোৎ কয়াগা লোয়ননা লৈরম্মি, পুন্নমক পুন্সিগী, আশা—আশানি

লুহোংবা মতুং থা অহুম্রোম লৈরগনি, নোংমা, থাবল ফরবা অহিং অমদা তুম্বম্ ওনমল্লি হায়রূনা মাঙোন্দা ফমহ্নুনা রান্নি শানৈ। কমর্দানা থরায় য়াওনা বিহারিদা হংই, কার অমা লৈবসিবু শেল কয়ামুক লৈরগা য়াবজাংনো? বিহারিনা খোশাদনা খুমদোকখি, কয়াবু য়াম্‌গবনো, অহনবা ওইরগনা ল,ক্ষ অমগা থরা, মজ্নুনবা ওইরগনা লীশিং ৪০/৫০ মওায়রদনা।
"অহুদি, চহী কয়াদ। ওইবা য়াগনি?" কমলাগী লাওতক্লরবা ৱাহংনি।

"য়াম্নবদা চহী ৪/৫ মওায়দা" বিহারিগী থোওইদবা পাউখুম্নি।

"মতুদি খরা শাংমত্রনে।"

"করিগী শাংলুনি, চহী ৪/৫ হায়বসি খঙহোবা মতম নত্তে, নহাকস্ম হৌজিক চহী ২৫/৬ তা মঙায়রি, ঐস্থ ৩১/৩২ তা মঙায়রি, মতম য়ায়া লৈরি, মুংঙাইবা য়ারিনা।"

"অদুবু করিগুম্বা," ...... । কমলাগী চিংনবা রাখম্নি।

"করিগুম্বা হায়বদি শিবা নত্রগা নাবগী রাফম লে। ?, মতুদি কনানা তপ্পা ঙমগনি।"

"নত্তে—এ।" কমলানা তপ্পা খুমখি।

"অদুদি করিনোনে ঐদি খঙদ্রে।"

"হায়বদি ঐঙোন্দা করিগুম্বা খুদোংচাদবা খরা থোক্লবদি হায়বা।"

"নঙোন্দবু হৌজিমক করিবু থোক্লকবনোদা," বিহারিনা থৌশাদনা খুম্মি। কমলা, মপুরোইবগী রাসি তাবদা কপকত্রা নোকত্রা খঙদে। অদুবু মহাক্কী চমথ্রবা পৃকচেল অদু উবদা মুশিদবদি ঙমদে। কাইনথংদা কমলানা মনাকোং ময়াদা চঙশিল্লগা লোম্না হায়রুরে,—"করিগুম্বা ঐনা অঙাং লৈবকা"...... । রাসি তাবদা বিহারি খাই লাউই, চাউথ্রবা পোৎলুম অমা নম্থরকপগুম তৌখি। মখোয় অনি তুমিন-তুমিন্না মানা মানা খনগদবা রাখল খন্নহুনা লৈখি।

শাংলবা চহী কয়া হোখ্রে, কমলা অমসুং বিহারি অমুক হন্না থাবনগী মহাও চুপনিংত্রে, অকে অমৌগী পোৎ পুন্নমক উপু মনুঙদা কোকফায় কাহনা লৈরে। মতম অমগী মখোয়গী আশা ভর্শা পুন্নমক,—হৌজিক্না কদাইদা! মতম অমগী লংলবা আশাগী মঙাল ঙসিদি লৈচিল্লক্কী থাজগুম মমী ইশাম শামখ্রে। হৌজিক্কী মখোয়গী ওইরিবা পুন্সিগী ফিভম অসি নত্তবা অতোপ্পা অমা লৈরমখিনি হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমখিত্রে। মখোয়গী হৌখিবা পুন্সিহু মঙদা ফাওবা উবা ফংখিত্রে। ওয়্যোকপনি!

মতমগী চৈরাক! বিহারি হৌজিক হিংলি হায়বত্থ মণ্ডাইরে, নোং ঙানবগা অফিস কানবা হোৎনবা, অফিস্ কূম্নরুগা ময়াঙ কংলবী কমলাগা রারী রাতায় ঙাইহাক শানবতা মণ্ডাইরে।

মখোয়গী পুম্নিগী ঈচেন্দা চেম্ব্বরকখি,—অহন, য়াইমা, লাঙজৈ, মথং মথং......। মমানা মশা খরা ফরম্নবদি দক্তন অমদি ফারম্বা য়াবনি অদুবু চাবা-থকপা খরা রাৎপদগী ঈ মুংশিৎ কয়া ফগুদুনা ঙন্তানা লোইশিনখিবনি। মখোয়গী মতম অমগী আশা,— ফজরবা দলাল মখোন অহুম, মুমগী ফজরবা লৈতেং, লোয়ননা কার অমস্থু,— ঙসিদি লোয়না ঙম্না তায়োম্নরে। হৌজিক্তি পোৎ অমতং লৈগে, খনবদা করম্বনা হান্না, করম্বনা কোম্না,—খনবদা লৈদনা হল্লকপনা কোঙ্গায়। নয়া পৈশা অমসি মখোয়দদি হৌজিক ফৌরামুক পাকথ্‌বনি। কুম্মৈ-ফিওং য়েংনিংবগী হরাও তয়াম্বগী রাখল পুন্নমক, হৌজিক মখোয়দা লম্বোইবনা শমজেৎ কাউবগা চপ মান্নখ্রে। মখোয়গী রাখল মচাশিংগী অমস্থং ইমুঙ-মনুঙগী রাত্তনবা হোৎনবদা লুপখ্রে। কমলানা মতেং খরা পাংশিল্লিভৈদদি বিহারিদু কুচু কুমেন খরা থোঁকচরম্মি। হৌজিক্তি কমলাস্থু মতেং পীবা ঙমদ্রবনিনা বিহারিদা লোয়না নম্বরকপসিদা মহাকস্থু হৌগৎপা, রারে।

মতৌ অস্থুম্না হৈনিঙম্নবা চহী অমা হৌখি, তম্লবা চহী অমা লাকই, চৎখিবা নত্রগা লাক্লিবা চহী থুদিংনা মখোয়দা অনৌবা বুদ্ধি-লৌশিং নত্রগা মুংঙাইবদি অমতা পুরকপা ঙমখিদে। অসিগুম্বা চমম্নরবা সংসার অমদগী মণ্ডদা ফাওবা নাম্মোক্তুনা চেনবা ঙমখিদে, চিক্লবা মফম অমদা ঙাইহাক্তং ফাওবা পোত্থজবা ঙমখিদে। করিগুম্বা মতমদা মখোয় অনি রারী শামবস্থু ময়াওই, কমলানা শোন্তরুা শোল্লি, "ইচাশিং অসিনা মহে মশীং তম্বা লোইদুনা থবক অমমমতং তৌজরবদি ঐখোয়স্থু খরদংদি

শাকবা য়াবমি।" বিহারিনা চুবা মেৎলদুনা খুমখি,— ঐগী অদুগা খল্লিবনি নত্রবদি মখোয়গীদমক হোৎনবদা পুন্সিসি তথায় অমদি ককপ্লবনি।

চহী খরগী মতুংদদি মখোয়না নিংজবদুমক থুংজরে, মচাশিংদু চাউরবগী পিক্লবসু থবক অমমম পায়জরে, মচা খোমদোনবীদুদি, অতোঅতাংনি হায়দুনা মমানা খরা লুনা তৌদুনা থম্বিবনি নত্রবদি মহাকসু থাজ-য়োঙবা য়ারবনি। মচাতোম্বীগী মওং মতৌ য়েংলগা মপানা হায়জে,— "মহাকসিদি নওগা মান্নখ্রেদা!" "অওইবমক্কি, মহাকসি ঐনা নহা ওইরিঙৈগা য়ান্না মান্নৈ, খঙদে করম থোক্লগদৌরিবনো!" কমলানা খুমখি।

মতমগী খোঙজেল কনানসু থিংবা ঙমদে, বসন্ত তরানিপাল চংখ্রে থবাতোনগীসু লাক্লে,—শামান্নবা, মশক মতৌ য়েংবা য়াবা চুং ফিরাল চাবা পাখঙ অমা। পাখঙদুনা পাঝৈ লৈশাবীদু মাগীতা ওইনা থমজবা, অদুবু অরাবদি পাখঙদুসু লৈশাবী মচা অদুগুম্না লায়রৈ, মহাকপু মনিঙ থুংহনবদি ঙম্মোয়দৌরি। তংশংবদি মখোয় অনিবু চেৎনা পুল্লিবসি লল থুম অমসুং শক্লা নত্তে, "সুংশিবা" হায়বা লীপক্লে অদুতনা পুল্লিবনি। মখোয় অনি কোয়মিন্নৈ, চংমিন্নৈ, সিনেমা য়েংমিন্নৈ, আশা কয়াগী মরীদা য়ারী শামিন্নৈ,— নহাগী পুন্সিনি, ঈনখৎলকপা মতম্লি, শিবা কাউবনি, য়েংউবা খুদিং মিৎ পেল্লি, চারুবা খুদিং হাউই; খল্লুবা খুদিং মুংঙাই;— ঙরাং, ঙসি, হয়েং,— চপ মান্নৈ মখোয়দা।

নোংমদি মমা মপা অনিদুসু চানিঙ-থকনিঙবা খরদং য়েংলুসি হায়দুনা কৈথেন্দা হায়গৎলকই। পাখঙ-লৈশাবী অনিদুসু কুম্মৈ য়েংলুবদগী য়ারী শামিন্নদুনা নোকমিন্নদুনা হল্লকই। মতুবু উরুরগা অনীদুনা হৌখিবা য়ারী খঙনিঙ-নিঙশিংলকই অমসুং খনখি,—"লোইনা ঙম্মা তাইওম্নরে।"

---

# "ওজা মতুবনা ওজা শাবিগনু"

"ঙসিদি ইনম্মহোয়গী ইমুঙসে শংম্থাক্লা লাংঙখ্রেদা, শরেংনা ঐমুক চাউই, পুশিনত্তিবা, পেঙবা, রৌ, কাট্টলা,—অঙকপনি। করিবু তৌগদৌরিবনো! য়ুম্লোম্নবী ইবেতোম্বীনা মচানুপীদা হংই, তম্ফাতোনহোয়দা মথুম-মরাঙ য়াম্না হৌবতুদা। মচানুপীনা কপ্পাও হুল্লপ্না খুমখি.—হো! ওজা চাকৌরি হায়য়ে। মমানা ঙক্লপ তৌনা মথা তারকই,—করিগী ওজা চাকৌরিবা? মচানুপীনা থোওইদনা খুমদোকখি,—"হৌজিক্কী চংনবীনে. চংনবী. ঠীকা ফংনবা ইঞ্জিনিয়ার চাকৌবা, শেম্থং ফংনবা মরী লৈনবা অঙম্বা চাকৌবা, পরিক্ষা পশ তৌনবা ওজা চাকৌবা, হৌজিক্তি চাকসি মথল কয়াথোক্লা কৌনরবনি। মসিদা য়াওবা ঙমজদবা তুররিংবা কাঙবুহুদি পুন্সিচুপ্পা মীরক তিনবা ঙমদনা লেনবা তাবনি।"

অসুগ্না অমবোমদা মমা মচানা চাকৌবগী য়ারী তৌনরি তাদুগা তম্ফাতোনহোয়গী ইমুংদনা জৌ-জা, মখোল, থাবৈগী-তাম্বা. চেগপকী খোঞ্জেল, লোয়ননা মীয়াম লাঙবগী খোঞ্জেলগা পূনশিল্লকপত্থদি ইমুঙতু পুমনিল-নিনপ্ত্রে, কনা-না করি হায়বিবনো কন স্থু তানদে। ইবেতোম্বীনা মথাতানা থঙনিঙলহুনা অমুক্কা হংখি,—মসিনা করম্বা মওংদা কানবা ফংগদৌবিবা?" মচানুপীনা খুমখি,—মসিগী কানাসিদি য়ামখ্রপোৎনি।"

কবম্না?

ওজাশিং অসি পরিক্ষাগী গার্ড চৎপা নত্রগা চে য়েংবা শোয়দনা য়াওগনি।

মহুনা অমুক করি .... ।

"মহুনা অমুক কা মনুঙদা শিনবস্থ ফাবিরোই, ফাবদি লায়রহুনা খঙদবা য়াওরবা ফাওবা তাকপীহ্নিবনি. চে য়েংবা মতমদনা নম্বর ব্রাংলে হাপ্পিগনি, ফেল ওঙবা য়াওরবস্থ পাস ওইহনগনি।" মচাহুপীগী ব্রাসি তারগা মমানা মখা তাখি,— "ইবেম্মা, মহুগুম্বা থবক্ত ইমাদি পামজ-দেকো., মহে মশি তম্বদবু অহুম্না মীনম শোরিগী থবক অসি হৌনব্রা! অহুম্না ওইদ-নত্তবা ঙাক্তা তৌহুনা পাশ তৌরকপা লাইব্রিক হৈবা ঙাক্তনা ওজা ওইরবনিনা ছাত্রস্থ অফবা থোরক্লিবসিনি। ইচাসিদি তরারকস্থ ফেল ওইজসনু, অহুগুম্বা নত্তবা পাম্বে শিজিম্মহুনা পাস তৌগদবগী শরুকপুদি।"

অসিগুম্বা মথো হুক্তবা থবকশিং অসিগী অশীল-অরাঙনা ওজা তোম্বনি। ওজা তোম্বা শিনফম অসিদদি হাইফেৎনা মমিঙ লৈরবা মীনি। ওজা তোম্বনা ঙমদবা থবকস্থ কয়া লৈতে, কোচি' হোম কয়াগা মহাক্না মরী লৈনদবস্থ য়াওদে,—মোর্দ্দিন কোচিং, ষ্টেন্দর কোচিং, মোর্নিং কোচিং, এভনিং কোচিং, লোইবা লৈতে থাবা ঙমদে। হোম ময়াম অসিগী থবকনে, মাগী কাটু কারনগী থবক খরগা হাপচিল্লকপসিদা, ওজা তোম্বসি ওজাগী থবকসিদি কয়াবু থরায় য়াওব্রবনি, মহাক্না ওজা নত্তবগী থবকসি কুপসিন্নবা হোৎনবদা ওক্তাদি মমিঙতা ওইনা সহী তৌবা স্কুল কাবা তারবনি।

পরিক্ষা মনুঙগী ওজা তোম্বগী থবক্ষ অঙকপনি। ইবেম্মহলগী মনাক্তা অমুক চঙ, ঙৈহাক অমুক লেপ, মপাল অমুক থোক, অমুক চঙ, ইবেম্মহলগী নাকোং ময়াদা করিনো খরা মুরুম মুরুম শোলম. অতৈদা অমুক য়ে:— অসুম্না ওজা তোম্বা ঙৈহাক্তং ফাওবা পোথাবা ফংজদে। পরিক্ষা থারিবশিংহুগী মনুঙদা য়াম্না পেম্নব্রে, হুপীমচাশিংদি মমিক্তা ঈরা চেন্নবা য়াওরে। পরিক্ষা হোলহু "ওজা তোম্বনা তাকএ, তাকএ"

হায়ত্রনা পুমন্নিন নিনখ্রে। ওজা তোম্বত্থু মমৈথংদদি ইকাইরক্লগাল্লে, ইবেম্মহনগী মনাক্তা চঙত্রে, মপাল খোবলুংগা চেঙেৎ তম্মা পুশিন্নবুনা পীশিনখে। কাহুদা তাবা মশা মউ তিক-তিক লাউবা পাখং অমনা য়াম্না পেন্দ্রমাল্লে, মপাল খোক্লবগী পুংশিং লোয়খৎবা মতুংদা মপাল খোক্লগে হায়রকই। ওজা তোম্বনা;— "মতম হেল্লে, খোকপা য়ারোই" খুম্মি। পাখঙত্রনা ব্রা মখা তাদে, ওজা তোম্বগী মঙকশম খায়রগা নাকথংদা ২/৩ লক তাক-তাক থিল্লি; কোম্না ব্রা য়াওরকই,— "ওনা নোট পীশিনবদি য়ারগা ঐনা মপাল খোকপদি করিগী য়ারোই।" পরিক্ষা হোলত্থু ছাত্রনা ওজা ফুরে হায়ত্রনা-পুম্নিন-নিনখ্রে। করিগীনো হংনরকপদা ওজা তোম্বনা ছাত্রিদা নোং পীশিনবগীনি হায়নরে। ময়ামত্থু ব্রা লাউনা নোকই, হায়ংসু য়াওই মাবু ঙম্বা তমসু মরাকই।

ওজা তোম্বসি অসিগুম্বা কারন-তুরনগী থবকসিদা খর হেন্না হৈনরকপদগী মমৈথঙদদি মহৈ লল্লোন্দুনা চাবা হায়বা মীশকুমা ওইরক্লে। মহাক্কী হৌজিকমক য়াম্না মরু ওইরিবা থবকসি মেট্রিক টেষ্ট পরিক্ষাদা ঙমহৌত্রবা ছাত্রশিংদা থাবা য়ানবা হোৎনবিবা, ব্রাহং তাকপীগনি, পরিক্ষা ঙমহনগনি হায়ত্রনা শেল খোমজিনবা, অসিনচি বসি মহাক্কী মরু ওইবা থবক্লি। মরম কয়ামরুমসিদগী মেট্রিক পরিক্ষা ময়াদা ওজা তোম্বগী য়ুমসি হিয়াংথাং বরগা চপ মান্নবনি।

ওজা তোম্বগী অতোপ্পা গুণ অমসু লৈরি,— ছাত্রশিংনা মঙোন্দা প্রাইভেট য়াম্না তম্মৈ, মরমদি মঙোন্দবু প্রাইভেট তম্নবদি পরিক্ষাদি শোয়দনা ওম্লে, হায়বা মিংচৎসিমা শাংনা চৎখ্রবনি। করি অমুক হায়গনি, শুগ্নদা লৈবা মী ফাওবা মঙোন্দা প্রাইভেট তম্বা লাক্লিবনি। ওজা তোম্বসু মাগী মিংচৎসি মাংদনবা পমেট্রিক রিক্ষা মনুঙসিদা অমুক্কা হেন্না থবক চিল্লি, মানা তম্বিবা ছাত্রশিংদুনা তারিবা সেন্তরশিংতুগী ওজা উম্নবা,

হায়নবা মশক্ক তাক্লম্বা, রোল পীরম্বা অসিনচিংবা থবব কয়ানি। অদুবু হুন্দক্তি ওজা তোম্বা য়াদ্রে মরমদি হন্দকী থাক্লিবা অনৌবা মওংগী রাহংসিদদি, কোড নম্বর থিবা চে য়েংবা মী থিবা নত্তনা উপায় লৈত্রে। চে য়েংলিবা মীশিংতুদা শেল ননি খণ্ডদে, পাঙ্গমনি খণ্ডদ, মহাক্কী ছাত্রশিং পরিক্ষা ওম্নবা হোৎনরুই: অয়াম্বনসু অতুম মওংমি। অস্মুম্না ওজা তোম্বগুম্বা ওজানা তম্বীবদগী ওইবা তাই হৌজিক মতমগী লাইরিক হৈবগী পোথোকসিদি,— কুরাংবান্দা মভায়রে মনুঙদি উতোং অহোবগা চপ মান্নরে হায়রিবসি।

ওজা তোম্বসি লাল্লি-লাল্লি তৌবা নোট খরসু ম-ইজৈ। মমিঙমক হেক থাবদি হঙ্গোইহৌনা "এন এক্সপেবিয়েন্স টিচর" হায়না মমিঙ লোত্তুনা থাজিল্লি, ছাত্রশিংসু নোটনিবু হায়রবদি চুম্বা লানবগী রা লৈতে পংপাদ মপানৈ। অরানবা নোং পাক্রুবদগী হে জিক্কী ছাত্রশিংনা খঙবসি লায়া খঙবা হৌখ্রবনি। মসিমক্ক মরম ওইদুনা অফবা নহারোল থোরকপা য়ম্মা রানা থোকই।

ওজা তোম্বগী লমচৎসিনা "ওজা" হায়বা কাওলুপসিগী লমচৎ মাওহল্লে হায়বসি ওজা কাওলুপনা খঙনরবনি। সমাজনা লৌনরিবা ওজা হায়বসিগী শক্তমদি, খ্বাইদগী চমজবা, লৌথুপ লোকোই লৈতবা অশেংবা পুকচেল চেঞ্জবা অমসুং ছাত্রবু মচাংম খঞ্জবা, অসিনচিংবসিনি। ওজা তোম্বসু মহাক্না তৌরিবা থবকশিংসি খঙদবদি নত্তে, অদুবু হৈনবী ওইখ্রবনিনা থাদোকপা ওমদবনি। অহল খরনা রাররক্লবসু মহাক্না লায়না খুমদোকই, — "ওকোবু এস্মু খঙজৈ. অদুবু ওজাশিংনা হেন্ন খঙবিরিদুওাই হৈগ্রে মনাদা য়াম্বা ওজাগী তলবসিনা, ঈশিং ইচাওবগুম হেঙ্গৎলক্লিবা পোৎকী মমলসিগা করম্না মায়য়োক্লবা ওমগনি। পুন্সি হিংনবগীদমক অতোপ্পা পাম্বৈশিং য়েবা তাবনি। অস্মুম্না ওজা তোম্বদা মৈ ঈশিং চঙদে। শামু মনিঙদা পেনা খোংবগা অম্মানি।

"হুরানবগী তরানি মপণ্গী নোংম" হায়বত্থু ওজা তোম্বদা নোংমদি মপুং ফানা থোক্লরে। মেট্রিকী টেষ্টতা ওমত্রবা ছাত্রশিংথু মেট্রিক থাবা য়াংনগনি হায়রক্তুনা মী অমমমদা লুপা ২০০/২০০ লৌথোকখ্রে। পরিক্ষাগী সেণ্টর কোঁওলকপা মতমদদি অমতা য়াওরক্রে। ছাত্র ৫০ রেংগী অহল-লমন অমস্থুং মরুপ মপাংশিংনা ওজা তোম্ববু থিবসি, করি অমুক হায়গনি, উনা অকণ্ডবা ফাওবা হায়গত্তুনা থিগ্রে, অহুবু ওজা তোম্বদি ফংবাকৌব লৈখিদ্রে।

মমৈথঙদা ওজা তোম্বগী মরী মথোঙ লিনরক্পদা তশেংনা খঙনরক্লে— মহাকসি অশেংবা ওজা অমা হায়বত্থু ওইরমদ্রে। মহাক্কী ডিগ্রিথু অরৈবা নত্রগ অশাবা ওইরম্লে। মহাক্তি মীচেম্লি, মফম অসিদা ভাল্লাদা লৈবা ওইরম্লে। মরম অহুনা মহাক্তি হান্নগা শেম-শাহুনা লৈরম্মবনি, এরোপ্লেন টিকেৎ কল্লগা। শেল হেক থোমজিনবা লোইবগী নোং ঙানবদা প্লেন তো হুনা পাইখৎবনি নোংথক্লা—ওজা তোম্বা অমুক পাইথরকখিদ্রে ইম্ফালদা। ময়াম পুল্লমক্লা ওজা তোম্বগী ৱারী তারগা হায়নথি,— "ও! লাকচৈদা, অা.... দগী লাকপ, মানা!"

# খোঙ্জেল অপাইবী

লাউরকই অপ্‌নবা খোঙ্জেল অমনা,—"কারে,—কারে,—কারে।" অরাপ্পদগী তাবদা অসুক্কী মতিক হৌনা তাখে মহুদি, অকনবা নোংলৈ সুংশিৎ অমা লাক্লবাই মিঙতি। খঙহৌদনা ঐগী মাঙদা জীপ অমা চপ লেপ্পি,— অঙকপনি! মহুঙতু পাখঙ লৈশাবীনা পীক থল্লি, ক্রুক-ক্রুক ঈগৈ, পাখঙনা লৈশাবীগী তন্নাক্তা, লৈশাবীনা পাখঙগী তন্নাক্তা, ওম্থোকপগী মওংনি। মাইক্রোফোন্দু অমনামুক, অমনামুক মুন্নৈ, লাউই,— হো কারে, কারে, কারে। মথংদা রারোল অমমুক লাউথোরকই,— "শক ফজবা ঐখোয়নি, লাইরিক হৈবা ঐখোয়নি." কাঙলুপ অমনা অমুক,— শক ফজবী ঐখোয়নি,— লাইরিক হৈবী ঐখোয়নি··· ··· ····। জীপ মহুঙদা নোকই, পোকথাইবা মখৈ। জীপতুগী মতুংদা মথুম রাওদবা ট্রক গাড়ী অমা লাকই, মহুসু পাখঙ লৈশাবীনা পীক থল্লি, খোল্লাউহু ঙসাইগীহুগা অদ্ধানি। ট্রকতুগী মমাঙদা চাউরবা ফোটো অমা থেৎলি, লোয়ননা অইবা অমসু রাওরি.— মিস্‌ রোমোলা দেবী জেনেরেল সেক্রেটরী।"

হৌজিক্কদা ঐ ভাব তারক্লি, ঙসাইমখৈ ট্রক মথক্তা পুং-ঝান, য়ৈহুনা লাউ খোংলিবা পুন্নমকসি অতৈ করিসু ওইরমগ্রে,— মিস্‌ রোমোলা জেনেরেল সেক্রেটরী কাবগী ওইরগ্রে। মিস্‌ রোমোলাদি ঐখোয়গা থরা নক্কবনিনা ঐসু শনম মিনমদি থরা মফংই। সুম্নি-দাংসু অঙকপনি, রোমোলাহোয়গী চাউখ্রবা মমাঙ সজোয়হুদা, থোংম্রিবা ঙৌখিবা, লোইবা মাইদে—। রোমলাগীদমক খোংবান চেনখিবা কাংবুহুনা ইমুঙ মাজোল খ্বাই পাই। মিস্‌ রোমোলা জিনগী খোজ্রাউ

অমা, মোয়েগী থ'বাক কোৎপী ফুরিৎ অমা, ময়ামতুগী মরক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুতা কনাগী করি ৱাৎলিবা হায়বত্থু য়েংই। মহ ক্রী খোঙলোয়-শিংহু খরনা তাস শায়ৈ, খরনা চাবা থকপদা পুক্লিং চঙুডি লোইবা নাইদে অমগী মথংদা অমা ঙৈহাক লৈরগা ইশৈ পার্টি অমা লাকই, ময়াম ৱা-ৱা লাউরকই,— ঙসাইগী লাউবদা শিঙ্জিন্নরুবা মাইক্রফোন্দু পানখৎলো, চাক ঙাইবা ওইনা ইশৈ ঙৈহাক তাসি। "মাইক পানখৎলি কলাকার অমনা হেক্তা হৌরকই,— "থম্মোয় সশক খুঙাবী মঙেন্দা পীরুরেনে থম্মোয়সে।" ল'ঙলম্বা ময়ামহু তুমিন-তুমিন তায় খুবাক ফজনা খুনখি।

অমরোমদা বোমলাগা লাম্বা পারুবী সুরবালাদি তিংদম ৱাম্বহুনা তাপ্রে লৈক্রক অ'হাবা লৈরবদি চঙজখ্রগে হায়বত্থু য়ৌরে, মরমদি লৈকাই অমতদা লৈমিন্নরগা লাম্বাম্থু তৌনক্লরিবা—, অদুনা অদুগৈ সিতা দেবীনা পৃথ্বী মাতা কোরগা লৈমুঙদা চঙখিবৎম সুরবালাসু চঙজখ্রবদি হায়বত্থু য়ৌরে। সুরবালা ফমুঙদা শাঙোন-ঙাওন্দুনা খাঙডি, খল্লি,— ইস্! মহাক্লা ভোট অনিদং, হুপগী অনিদং হেন্দুনা কাখিবা! মখোয় অনিদো শোয়দনা ওইরমগনি, চীন—থৌবিশিংদে, চাহনা এগীদা, ভোটনা মীগীদা, খুদোনবীনা অমরোমদা, য়েংবমা অমরোমদা,— মখোয়সিদি মপুক্সি'সিমা অসুম্না অসুম ভৌহুনা লোয়রগদবা মীশিংনি, মশাগী নিয়ম নীতি নাইনা চৎপা মীতা নত্তে,—অওন-অওন চাবা, মতমগী মীতামক্লি। কৈ! খঙগনি, মখোয় মতম অমদা!"

সুরবালানা অসুম্না মপুক্লিঙদা শীঙলিঙৈদা, য়োমলাগী ইমুঙদদি অচৌবা কুপৈ অমা চখখি। শুমাঙদনা ইশৈ, ইমুঙদনা জগোয়, লোইবা নাইদে। য়োমলাগী মপাগা মমাগনা চঙলক্লুনা অৱাৎ-অপা হংই অমসুং মথাঙানা হায়,— "ইবুংঙো-হৌয়, নখোয়গী নপাম্না নচনসি মঙ্গল ওইজ-রিবনিদো, মতুংদসু নখোয় মম্মাম্না খন্না ঙাক-শেনবিবা তাবা।" অমনা

খুম্নকই,—ইমা, মতুগীদি করিস্নু চিংনবিগনু।" মমাসি খরস্নু অচাওরম কাবা ওইনা তৌরদুনা অমুক নোংশিল্লকই,—"নচনাসে মীনস্নু খরা য়েংশিনবনিনে।"

মুমিদাংগী চাবা থকপগী থবক লোইশিনখে, ইশৈ নোংমাইস্নু লোইশিন্নখে, খুদাং তাখৎনবা খরদি য়াওনখি অতুবু খোইদোক্লা অকল অথোগী থবক্তি চথনখিত্রে। য়ুম্লোন কৈরোম্নবা অমস্নুং লৈকাইগী মীশিংনা শোম্নখি—, করিনো, মখোয় ইমুঙশিনা তৌরিবসিবু, মচানুপাসিবু করি ফম কারিবনো, "কারে" "কারে"দা, হায়রিসিবো। লৈবাক্তী অচৌ-অশাং মস্ত্রি ফম কারিব্রা, করিগীনো খরচ অমুক য়াম্না চঙনা হোৎন-রিসিবু, শেঙ্গা থুমজা কয়া য়াম্না লৈবা ঙাৎনো। অমুম্না নহা ওইরিভেদগী ছাত্র ওইরিভেদগী শেন্দোং তানবগী লম্বীদা হৈনখ্রবদি, হয়েং লৈবাক্তী থৌ পুরকপা মতমদদি কমদৌনি।

ওসিদি ক্রেসস মিটনি ঐস্নু বার্তন অমা ফংতুনা চৎলি, ঐগুম্না কয়ামস্নু লৈরম্মি। অতুগীস্নু মথক্তা কলাকার কয়ামস্নু মাঙ্গী-মাগী কলা উৎকদবগী লৈরম্মি। চাবা লোইরগা হরাও কুম্মে তৌগনি হায়তুনা ময়ামতু ক্লাস রুমদা. হোলদা চঙনরম্মি। খঙহৌদনা কা অমদা তল শাগ, লতু, ভিল্লিবী, পুমচাই চাইথাইরম্মি, অমগা/অমগা তুপ-তাপ পংঈন্দ-ঈনৈ, ঐখোয় ইওক-ওকই ভৈহাক য়েংই. চেল্লসিরা থল্লি। তাঙ্গাতুমক্তদা সেক্রেটরি জেনেরেলতু রাম্বরকই ময়াম চঙতুনা ইশিং চাইবা য়াও, মখোঙ নোইবা য়াও,, পুমলাও হেক লাওভি। মাগী খোঙলোয়শিংতুনা ময়ুমদা পাউ পীরুরনাল্লে, মমা, মচে, মবুং, মৌপা, অরৈবম্নথৈ জীপ অমদা লাক্লে। মমাতুনদি মুংশাথীজতুনা,— ইচাবু, ইচাবু," হায়তুনা 'কায়লাও হেক লাওজে, ময়ামতুনা,—"কৈস্নু ভৌরোই, মুশা থীবিগনু" হায়তুনা থেমজিল্লি। রাম্বরিবীতুদি জীপ্তা হাপ্লগা ময়ুমদরা হোসপিতালদরা পুখে। ময়াম্না হংনৈ,—কৈদোরে করিগীনো? ছাত্র অমনা খুমখি,—

"কাহৌদবা কাঙবুনা থুগাইগদৌবগী তৌরিবনি।" অমনা তাগ ওকখি।—
নবীন থীহু, ফ্রেন্সস মিট্রবু কনা-না মযুমদগী তল চজিক খরা, মাইরেন শাগ অপুম্বা খরা, বুজিয়া, বুন্দিয়া অখুইবা খরা পুরক্লগা চাইথাইরগবু হেক্তো য়াগদ্রা! ফ্রেন্সস মিটকীদমক লুপা লিশিং অনি কাইখৎগা লুপা চনিগী পোৎ পীজরগা য়াব্রা? অসিগুম্বা শেঙ্গা থুমজাগী থবক তৌবসি ঐখোয়দি য়ানিংদেনে।"

মখোয়গী থৌদৌ অমস্তুং রাঙাংদগী খঙবদি থুগাইরিবা কাঙবুত্তস্থু খুদোংচাবা ময়ামত্থু পাখ্বনি, মত্থু ফংহৌদবদগী শাউবনি, ফংলম্নবদি মখোয়স্থু রোমলাগী কাঙবুনা মুংডাইরিবা অত্থুগুম্না মুংডাইরমগনি। অঙকপনি হৌজিক্কী যুগ অসি মমিত্তা পাঙথোরকপদা ওইজবা থিবনা হাম্না মাঙ থায়। জাতিগী যুম্বানি হায়না শীথানরিবা কাঙবুসিনা ভাব তাদ্রবদি কনা-না তাগনি।

---

# কন্যা কুমারী

কন্যা কুমারী অমুক্তুং য়োবা হায়রবসি ঐহাক্কী পুন্সিদা ওম্থোক্লা চাউ-খ্রবা থৌদাং অমনি হায়না লৌই মরমদি, পামজক্লবনা। মসিতা পাওথোক-নবসু ঐনা হোৎনজবনি। থুদোং চাবত্নু কংলত্নুনা ঐহাক শোক ১৯৮৪ জন্মুয়ারী থাদা মরুপ অমা'নীগা লোয়ননা কন্যা কুমারীগীদমক ইম্ফাল থাদোক্লম্মি। কলকটাদগী কন্যা কুমারী কাওবা রেল গাড়ীদা চৎপা তাখি। অহিং ২/৩ রেল তোংবা থোইদোক্লা মুংঙাইবা নত্তে,— অমুক কম্বা, অমুক হিপ্পা, অমুক চাবা, উস্! লোইবা নাইদে অরাবা—। মসিমুক য়াবা পৃথিবীদা লৈরম্লগনি খন্দে, চাংদম্লবা য়াই, জেলদা লৈবগা।

অত্নুবু ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিদদি কাউহন্নি অরা'না ঙৈহাক্তুং ওইরবসু, মরমদি ঐখোয়না তোংলিবা মুপীগী বোগীত্নুদা মুপী অনি অমসু তোংলি, মখোয় অনিত্নু য়াম্না মুংঙাইনা চৎলি, অরৈ-লৈতা পুথোক্তুনা চান্নিমৈ, নামসু কজনা শোল্লি,— কবির দাস্, রাম দাস, সুরদাস্,— দাস প্রম্নমক শুরে। তুম্বা, হিপ্পা, চাবা, চঙদে,— অত্নুম শোনখ্রবনি নামত্নু। ঐসু মরক মরক্তা লাউথোকখি,— "জয় বজরঙ্গবলীকী জয়," মখোয়সু নোকই মুংঙাই। চমুরা অনিত্নুগী মমুক্তদা অমদি মীওই-মীতৌ কজে, চুং-কীরান চায়, ইশৈসু সুর চানা শকই, তাবদা মুংঙাই। মবানিগী হৌরককম কাকমগী য়ারী শাবা ঐসু তায়' মীওই মীতৌ কজবীত্নুনা হায়খি,— "ঐহাক হিন্দিদা সাহিত্য রত্না তৌরবনি, ইশৈদসু বিশারদ তৌরবনি; নিঙোল ওইরিঙৈদদি ঐনা থনখিবা য়ামখ্রে, অত্নুবু লুহোংলবা মতুংদগীদি চাকথুম পান্নবী. অঙাং শেম্নবী ওইত্নুনা পুন্সি লেল্লে।" মত্নু তাবদা ঐসু থনখি,— "মপুং কানা

জ্ঞা:ন লৈরবী, মতিক মগুন ফজনা লৈরবী চম্ু কয়াম্ু ময়ুম' পানবদগী মপুম্নোইবগা রাখল মান্নরক্তবদগী কাওথ-থাও ওইদুনা কোহ্লি কাদুনা মাওখিকম্ু কয়া'মনি।

রেলগাড়ীদগী কুমথরগা বস্ তোংদুনা ঐখোয় কন্যকুমারী চৎলে। পুং ৩/৪ রোম চংঙি, ঐখোয়না কন্যকুমারী য়ৌবা মতমদা হুমিদাংগী পুং ৭ লোম তারম্লগনি। ওম্বোকপা হুমিৎ অমা ওইনা থোক্লরে, মৈ মম্লম্মে, হোটেল ফাওবা মাহ্লুনা অদুম, চৎলে — মনিপুরগা 'থাইনা খেন্নদে। হোটেল য়ৌরগদি হুংঙাইবা মফম অমা ওইরম্লে। মমনম্ু অদুক হাক্লা তাওদে, থাকম্ু ফনা রাংই, অহিংদুমদি হুংঙাইনা লেপ্লে।

লম কোয়বা মরাও কায়না লাকপা মফমশিংদদি, হোটেলশিংসি অয়াম্বা মতমদা সমদ্রু উবা ফংনবা সমদ্রু ময়া লৈগল্লি। মসিগী খুদোং-চাবনা সমদ্রুগী অশেংবা হুংশিৎ ফংই অমসুং ৱৈহাক পোথাবদা হুংঙাই-হল্লি। ঐখোয়না লৈরিবা হোটেল অদুদগী বিবেকানন্দগী রোগতু ফজনা উবা ফংই। মরম অদুনা ঐখোয়ম্ু মফম অদুদা লৈবদু থোইদোক্লা অপেনবা অমা ওইরম্মি।

অমুক্তী হকচাং শেংদোকপনচিংবা থবক কয়ামরুম লোইশিল্লগা, অয়ুক্তী পুং ৮ লোম তারকপা মতমদা রোগকীদমক ঐখোয় খোঙ শাম্লে। সমদ্রুগী হুংশিৎ অকিবগী মশক্লি, ঐখোয়গুম্বা থরা শোনবা জাৎসিদি চৎপা, লেপ্পা, ওন্বগী রা লৈতে,— হকচাংসি হুংশিৎনা হুমদোকখিগদৌগুম তৌই,— কমশ্রবা হুংশিংমি, জহাজ মচা হায়গদ্রা নক্লগা মোটোরবুট হায়মত্রা, মীদি ফনা য়াম্না চল্লি, চামগী নকল্ল ওইবা য়াই, তোংখৎপদদি য়াম্না হুংঙাইনা চৎকদবোই নিংঙি অদুবু ময়ায় য়োশিল্লকপদদি পাঙৎলগা গুথরক্পাদদি লৈকম চাকম খওদে, রেলিং পায়দুনা খাওতি। উচিন-নাচিম্না হি-থাওকবদু য়ৌরে, কুমথজরে, ভাব খিত্তং তাজরে।

রোগতু থাক-থাক নাইনা কাখৎলি, ফনা নিংখিনা রায়। নিঙশিং ফূড়া অনি মায়োক্লনা শাই। অহানবদা চঙভি, কৈন্যাগীদা। রোগ নত্রগা চাংতুম অসিবু 'কন্যাকুমারী' কৌখিবগী মরম শম্লপ্ন। অস্মুন্না ইরম্মি,— "দেবীনা শায়োন কয়াগী মন্নুঙকা "কন্য" হায়বা শায়োনসি লৌরগা মবুংভোবু ফংজনবা চাংতুম অসিদা অকনবা তপসস্যা তৌখি তদুগা মফমসিমক্তা সমাধিস্থ ফংখি।" মরম অসিদগী মফম অসিবু 'কন্যাকুমারী' থোনখিবনি। কন্যাগী খিল্লিবা মুতিত্থু পিকতক চেংতক য়েংবদা পুক্লিং হুই, রারীহুগা মপুং ফানা তারবদি অমুক্তা হেনা মুংশিগনি খল্লি।

মথংদা চংভি, বিবেকানন্দ নিঙশিং ফূড়াদা। মুতিত্থু য়েংবদা পুক্লিংসি থুক লাওবা পোকই, তু চুংই, তশেংনমক লাইগী মচা মাল্লি। স্বাম্মী মিংথোল ফ বদা হেন্নতুম মতিক চাত্রবনি. চাং লেম্মি, ভারতবর্ষগী মীহুৎ অমনি হায়বদা হেন্না লেমজখ্রবনি। চঙখোল্লবা বুদ্ধি লৌশিংনা মপুং ফানা লৈতেংলবা মুপা অসিনা ভারতপু হীরম খুদিংদা অরাংবা থাক্তা পুখৎলম্মি হায়বসিদা য়ারোইদব। কনাস্থ লৈতে। মীরেপ ভম্লবা মুতি অদুনা লাক্লিবা যান্ত্রিক পুম্নমকপু ওকপগুম লেপ্তুনা লৈরি। হেক মায়োক্তা মমায় নোংপোক ওন্দূনা ফম্লি অথোইবা ঋষি শ্রীশ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস,— স্বামিজিগী গুরু। নাকল অমরোমদা মপুরোইবগী ওই-ওইননা ফম্লি,— মায়থোং ইংলবী জগৎ মাতা ওইরিবী শ্রীমা সারদা। জগৎ য়াইফনবগী-দমক মশা কথোকখ্রবা মীরক্তগী থোইরবা লাইগীমচামক্লি হায়বা য়ারবা অসিগুম্বা মহাত্মাশিং অসি উবদা থম্মোয়সি পুম-ঈং ঈংখে। ফুরাসিগী মচি অমদা চঙজফম লৌদুনা পুন্সিসি লেল্লসিরা হায়বা ফাওবা খনখি, অদুবু ঐ হৌজিক ফাওবদি ময়াগী লীপুন্দগী নাম্মোকপা ওমত্রি, পুল্লি ঐবু ইশাতগী ওইবা রাথম্না, ময়ামসিদগী হল্লকখি অমুক ময়াগী সংসারসিদা।

অস্মুন্না ভারতকী খা-খমথেংবা ওমখৈসি য়োক্লরগা অমুক হল্লক্লে অাংলোমদা। ঐগী খোঙবুরোইতু জগনাথ ক্ষেত্রদা চৎকনি হায়রে,

মহাক্কি হান্নবা ক্ষেত্র চৎকনি হায়না লাকৎবনি, ঐনা কন্য কুমারী দা হান্না পুবীবনি। ব্রারবস্থু ব্রানা, ঐসু জগনাথর্জীসি দর্শন ফংনিঙবগী ইরাঙ অমা পুক্লিংদা ফাওরক্লে। পোথাদনা পুরিগীদমক অহুম খোঙ-শাল্ল। কলিকাতাদগী তাহিং অমা রেল গাড়ী তোংলগা নুমিৎ য়ুংবা মতু অহুন্নাইদা ক্ষেত্রদা থুনুরে। লাইরিক লাইসু হৈজরবসু খঙদ্রিবা উদ্রিবা পোং হায়বসিদি মী খুদিং চপ মান্নবা থোকই। পুরিগী ফজবা অমনা সামুদ্রা মপানসিদা হোটেল অমসুং লোডজ কয়ামরুম লৈ। টুরিষ্ট লোডজসু লৈ মমল থরা তাঙজরবসু। খুড়দা রোডতগী চুমক্লিং চুম্না রিক্সোহু টুরিষ্ট লোডজদা থেজিল্লি। খল্লুবদবু নোক্লিংঙি, উদ্রিবা হায়বসি অঙকপগী অঙকপা ঙাক্কনি;—সমুদ্রগী শংবান্নবা ইশিংনা ইথক ইপোম ব্রাংনা-ব্রাংনা কারকপহুদি, য়েংবদা খুঙ্গংগী য়ুম মচা-মচা খিন্দুনা লৈরবোই নিংঙি। ঐগী খোঙবুরোই ওইরিবীহুনা হংলকই,—"ইচে আ-দগী মুশিন-মুশিন মুরিসি করিনো ? পুক্কিদা পানবহু খুমদোকখি,—খুঙ্গংগী য়ুম মচাশিংনি।" মহাক্কা মথা তারকখি,—নত্তমাল্লেদা সমুদ্র ইথক ওইরমল্লে।" ঐসু চিংনরক্কুনা মুন্না য়েংবদদি সমুদ্রগী ইথক ওইরম্লে।

ঐখোয় অহুম চৎমিন্নবহুগী মনুঙদা অমদি নুপানি, মহাক্কা ঐখোয়গী লৈকম চাফম শীনবনি। মহাক টুরিষ্ট লোডজদা ঐখোয় লৈননবা ঙাংননা চৎখি, ঐখোয় অনিনা সমুদ্রগী ঙাওজরবা ইথক-ইপোমশিং য়েংহুনা লৈরি। তঙ্গাসিদা খঙহৌদনা নোংচুপ লৈবাক্কী চনুরা অমা মকোক্কা টুপী অমা, খোয়খাদা লেংঙোতা মচা অমা, মথক্কোমদনা থবাকয়েৎ মচা অমা অহুগা শেগ্রাক্কা ফি মচা অমা'নি য়েপ্তুনা লোডজ-দগী থোরকই। মহাক্কীদু সমুদ্রদা ঈরোইবা চৎপা মাল্লি। ইবানিমক মহাকপু উবদা চপ মাননা হায়দোকখি,—"হৈমা ! করিনো সিদে !" ঙকফমসু থোকপনি, মরমদি ভারতকী ফিজেৎ লৈতেংগদি থরা খেৎনবনিনা অহুবু হোক্কিক মতমগীম্রিগা য়েংনরুরবদি থোইনা ঙকফম লৈক্কে। টুরিষ্ট

লোডজত্তু মমল চঙমন্দুনা ঐখোয় লনাই হোটেল অমদা চংলে। মতুম্মু সমুদ্র মপাম্মি, থোইদে ক্লা হক্চিক লাংঙ্গ, হকচাংসি ঈংই, মুংঙাই, মমলসু তাঙবা নত্তে।

ইরুজবা অমসুং চাক চাবা লোইরবা মতুংদা, মুম্মিদাংবাইরম পুং মরিরোম্ম তারকপা অত্তুরাইদা জগনাথজি দর্শনগীদমক চংলে। ওস্তোক-পগী মতৌনি, লাইফমদর্বু অত্তুম তৌরমগনি হায়বসি থাজরুদবনি। চংফম থঙদে পাণ্ডাশিংত্তুনা কোয়থং থংপদা। গেট চঙনদগী হৌনা শেল লৌবা হৌই, য়েংলোমদা লেপ্পদগী ওইরোম্মদা চঙবসু শেল লৌই; জগনাথজিত্তু খুংনা পায়রু শেল পীয়ু ....অসিনচিংবা..। শম্না হায়ররদা পণ্ডাশিংত্তুনা শেল লৌনবতা হোংনৈ, মখোয়গা শেল পীগে পীরোই ঙাংনবদা লাই খুরুমফম থঙদে। উচিন-নাচিম্মা দর্শন্দি তৌজরে, অত্তুবু হম্মা য়েংথংলুবদদি পুক্নিংসি কয়া মুংঙাইতে মরমদি পাণ্ডাশিংসিনা শেলতা খোমজিম্মবা হোংনৈ অত্তুগা লাইগী সেবারোমদদি পুক্নিং কয়া চঙবা মান্দে।

মন্দিরগী মমাঙদা চাউরবা কৈথেল ফম্মি,—অযোংবা চাক অমসুং অথুম-অহাউ য়াম্মা য়োল্লি। চাক্তু চফুমচাদা হাপ্পগা মথা থাত্তুনা পরেং শানা য়োল্লি, কদৌঙে থোংবা চাক্লো হায়বত্তু থঙদে, লুবাক মচা-মচাদা হান্দূনসু য়োল্লি; মীদি য়াম্মা লৈনৈ, ঐখোয়দি লৈরুদবনিনা কয়া থঙদে। জগবন্ধুগী মূর্তিসু য়াম্মা য়োল্লি, মত্তুদি ঐখোয়সু লৈরকই।

হোটেল পুম্নমক "সি ভিউ" ঙাক্তনি। সমুদ্রগী মুংশিং ফনা ফজনা ঈংই। সমুদ্র ঈরাওখোন্দু তানদা নিংশিংলকই,—মচন হবেম্মা সুভদ্রানা সমুদ্রগী ইরাওখোন কিজবনগী মবুং অনিগী ক'রক্তা লৈরিবনি হায়বত্তু তশেংবমক্কি, মন্দিরদা লৈহৌরিবত্তুসু ফিভম অত্তুমক্তনি। ঈরাও-খোম্না কনমনবত্তুদা অঙ্গিংত্তুসু তুগা ইয়া য়াদে, ওস্তা হৌগংলগা সমুদ্র লুপ্পনবা চংলে। সমুদ্র খোঙবান্দসু অঙকপা কুম্মৈনি। মফম অত্তুদসু

নোং ঙাক্রিবৈনা পাঙানা হান্না থুংলম্মি। সমুদ্র ইরুপ্পা লাক্লিবশিংগী মমুঙদা চীং মান্দগীসু য়াওরকই, মখোয়শিং অসিদনি, পাঙাশিং অসিনা খুদোংচাবা লৌরিবা। থরা কিগনবা চমুরাশিংসু য়াওরকই, মখোয়হুনা মশানদি ইরুপ্পা কিগা অদুগা পাপ কোক্কনি হায়দুনা লুপসু লুপ্লিঙবা অদুনা মখোযগা লোয়নরক্লিবা মুপাশিংদুনা মকোক্তু ইশিং মমুঙদা নমশিন্দুনা ইথক লাকপা ঙাইহল্লি, মসিনা সমুদ্র ইরুপ্পগী খ্বাইদগী মুংঙাইবা কুম্মৈনি। ইরুপ্পদু লোইরগা পারোন পুরোন কয়াগী তর্পন অমুক....; তর্পন্দু মফম অমতদা পাঙা অমতনা শোনবা নত্রি, পাঙাশিংদুগী থুৎফা নাইরি। ঐসু মখোয়না শোল্লিবদু করিনো হায়বদু মুন্না তায়, অমুম্না হায়বগুম তৌই;—"নপাদগী পুরোল তরেৎ নমাদগী পুবোল তরেৎ স্বর্গ কারবনি, লোয়ননা নঙগী নচা নশু পুম্নমকসু স্বর্গ কার্গদবনি".... অসিনচিংবা। শেনবা লোইরগা পুরোহিত্তুনা হায়,—"শোনবিবগী লুপা অমা, যন মবৈ পায়বগী লুপা অমা।" কদাইদগীনো খঙদে,—শরু ঙাক্লা ঙাইরবা যনবী ফাবা ঙমত্রবা যনবী অমা মঙক্লা খোরী থাংবীরগা সমুদ্র মপান্দুদা চিংদুনা পুবক্লিবনি, মানদি হোয়-মাই হায়বা ঙমজদবনিনা শোল্লি শেল্লি অদুম মচৎলি। পাঙাশিংসিগী মওং মতৌ উরুরগা মখোয়সি লাইবু নিঙজবা, লাইগী মনাইনি হায়বা ঙমদে।

খ্বাইদগী মুংঙাইবা কুম্মৈ অমনা সমুদ্রদা ঙা ফাবসিনি। সমুদ্রদা ঙা ফাবগা ঐখোয়গী লোক্তাক্তা ঙা ফাবগা থোইনা খেন্নবা লৈতে, খেন্নবা অমত্তং হায়ববু হিগী মওং অমসুং ঈন্নি। অদুবু হৌজিক্তি ঈনগী মওংসু অক্লা ওইরে, মুর্পনা চিংবা ঈন্দবু খজিক্তং পীকপগী ৱানি। মখোয়গী ঙা-ফানবা হিদুদি থোইদোকপা মওং অমদা শাবনি, মশাপুম্বদ উপাক অমতা য়াওদে, উকক উতুপ ঙাক্তনা উচল চল্লগা শাবনি। হিসু মী য়াম্না চনবা নত্তে, মী অনিদগী হেন্না তোংবা চাপ্রে, দরকারসু লৈতে হিসি উতুপনা শাবগী মরমদি মমুংদা ইশিং তুঙদনবনি, ইশিংদা অদুম তাউদুনা লৈরবদি

হি লাকপগী কিংঙঙাই লৈংত্র। হিসি য়াংস্থ য়াংই, মী অনি-তনা তোর্বান্দা থাংগৎপা ঙম্মি। ঙা 'খানবদি করিগুম্বা মফম খরা থৌরী শাংনা তিংলগা কোয়শিল্লি. কোয়শিল্লবা মফমতুদা ঈন খোঙ্জিল্লি। ঈন্দুদা য়াওরকপা ঙাহুদি লুপামুক লংই য়ে বদা য়াম্না মুংঙাই। লোক্তাক খোঙবান্দা ঙায়োনবী ময়াম তিনবগুম্না মখোয়গীস্থু সমুদ্র খোঙবান্দুদা ঙা-য়োনবী অমস্থুং য়োনবা ময়াম ঙা তিকপ লাকই। মখোয় ময়ামতু পূন্না লৌরগা য়েম্নবস্থু য়াওই, নিল্লামগী মওংদা য়োনবস্থু য়াওই। তৌই-গুম্বস্থুং অকিব', অথুকপা লৈতবদি নত্তে। অস্থুম্না সমুদ্রদা ঙা ফাবা চৎলিকশিংসি করিগুম্বা মতমদা নোং মুংশিং লাক্কুনা মায়কৈ শলাই খণ্ডদনা পুথিবদগী হল্লক্কবস্থু কোঙ্গায় য়াওরিবনি। অতুনা অয়াম্বা মতমদা মখোয়সি থুংপু নাইনা থেলি অতুগা চৎখিবা মায়কৈ খঙনবা শাইরেন-গুম্বা মখেল অমস্থু হেক-হেক খোংই। অস্থুম্না চাউরাক্না য়েংবদা ভারতকী মফম কয়াদা চৎনরিবা মওংশিং অসি খরবু হেল্লবস্থু, খরবু য়াৎলবস্থু মাম্নবা খরদি মরৈ।

---

# "রাজনিতিগী চৎনবী"

নিংথম থাগী অয়ুক, মুংশা লুম্বু-লুম্বু থোরকপা, য়াইবম্বু মুংঙাইরবা মতম্গি। এনা মুংঙাইনা মুংশা য়াইদুনা লৈরিবৈদা এগী থাইনগী মরুপ বিমলা খঙহৌদনা ভুংলোমদগী চঙশিল্লকই। য়াম্না ওইথোক্তনা ওইথোক-রকপদুদা এম্বু য়াম্না হরাওনা মহাকপু ওক্লম্মি। বিমলানা নিংঙমদনা হায়রকখি,—ইবেম্মা নহোয়দি লাইরিক লাইস্মু নিংথিনা তমহৌবনিনা কয়াদা মুংঙাইরে, এখোয়দি ইমিত্তা লাইরিক ময়েক উহে দ্রবনিনা, হৈবোং মম্নুঙগী তিনগা চপ মান্নবা লৈরে। এনা খনখি,—হৌজিক্তদা লাইরিক লাইশু খরা হৈহৌবগী কান্নবসি খঙনরবা জাৎ ওইরে। এখোয়না লাইরিক তম্লকপা মতমদুদদি মুপীনা লাইরিক তম্মি হায়দুনা তিন শিৎন-রম্লিবনি মতুমক্তা মরম ওইদুনা এগী মরুপসিনা লাইরিক তম্বা ঙমদদুনা মম্নুম পানখিবনি।

ওসি মহাক্তা অশুম্না খঙহৌদনা লাকপসিদা এনা মঙোন্দা হংখি,—বিমলা করি তৌসি হায়বগে? বিমলানা খুম্মি,—এহাক এম,এল,এ,গা উন্নগদবা রাক্‌ম অমা লৈরি, নহাক্তা অমুক্তা চৎশিন্নরুসি তৌবনি। এ! এগা চৎসি হায়রা! এম, এল, এ, মন্ত্রী উনবা হায়বসি এঙোন্দদি তিলাইখোম্বী পায়বগা অন্দ্বানি।" বিমলানা ওক্লকই,— "নঙনা করি-মতা হায়গদবা লৈতে এগা লোইনা ভাংনদুনা লোইরবনি, ইতোমতা চৎপা মুংঙাইতে হায়দুনা চুন্নতা চৎমিন্নরুসি হায়বনি।" এনা মখা তানা হংখি,— "করিগীনো এম, এল,এ, গীদা চৎকদৌরিবো?" "ইহে, নচামুপীদো, এম,এ, পাস তৌরে থবক অমতং তৌহনগে হায়দুনা অসুম ......, নঙ করি'মতা চিংনগম্মু পুন্নমক লোইরবনি।"

করি থবকনিনা ?

য়ারবদি ওজা "ওইগে হায়দনা।

কৈ য়াবু য়াববদি মুপী হায়বসিদি ওজানা কৈদন'। স্কুলগীরা কলেজগীরা ?

মানা এম, এ, নিনা কলেজগী ওইনা পাম্মি !

মমনগদি ভাংনবাব্রী ?

লোগে হায়বত্তু কোক পীরগা লোইরেদনা।

অমুম্না রাহৈ অম'নি অরায় অথুম তৌনরিঙৈদা থুমিত্তু ফনা য়াম্না থেঙ্জিনখ্রে, পুং ৮ লোম তাশিনখে। ইবানি রিক্সো তোংলগা এম, এল, এ, হোরদা প'না চংলে। অঙক'নি ! এম, এল, এ গী খুমদদি নোং ডাল্লমগ্রি। ঐখোয় অনি শুম্নাঙদা ঙৈহাক লেপ্পি, মাঙোলমুপী থরগা মুপা থবগম্ব কৈ, কনাম্বু মুনি-মানি হায়দে. লৈতংগা তম্মানি। বিমলানা হঙোইরপ তৌনা হংখি,—"সাহেবপু লেঙখৎখ্রবরা ? মুম্ব রেম্বী ওইরমাগ্লে, থৌ শাদনা থুম্নকখি,—লেঙখত্রি।" মহৈমথংদা ইবানি শঙোইদা থাম্নিবা ফিদাহ্নদা চঙতুনা ফম্লে, সাহেব লঙখৎলকপা ঙাইরে।

ফনা কুইনা ফম্নমা তুংদা মপুক নোয়রবা 'সাহেবতু,' মপুক নাম্ল-নামত্বনা থোরক্লে। ঐনম্ব মাথুদি থঙঙি, মামম্বু ঐবু খঙঙি, কয়াদি লোন্দিরদে, মতমদি মহাক্না খঙদনা অখঙ শাকনি, ঐনা মখোয়দগী থরা হেন্না খঙবনি। অতুগা তশেংবম্ব মহাক্তি মাল মম্নুঙদা থিকা তৌতুনা শেল য়াম্না তামশিলহৌবনি, অতুনা শেনগী মহাওম্মি মাদি কাউবা তকুম উমদবনি। "কৈনা অহল ওইরগা শা চাদে-হাবরা থাজকম্বু" হায়মহ্নি", লৈবাক্তী মী ওইরে হায়তুনম্ব মশাগী কাম্নবদি অম্প্রচোত্ত্রি। বিমলাগী রাসি মানদি ওঙহৌ হৌদোকক্লে, রাজোই শৃতুনা মহাক্না ভোট লেপ্পদা চঙখিবা শেল, মহাক্তী মায়ৈকগী লম্বী থোং, কুল, ক্লব, কম্নাশকম লিংখৎ-পদা পীখিবা মতেং অসিনচিংবা ফরাগী রারী লোইবা নাইদে।

ঐথোয়গী এম, এল, এ, সাহেবসি, লাইরিক্কী থৗণদি সহী তৌবদা লৈরোঃ ওইনা য়েক্লিবনি অত্থুবু শেল তানবগী থৗণদি লৈকম থোকপদগী থেম্না লৈ। মহাক্কী ইলেক্সনগী মহাভারত লোইবা নাইদে,—মুপী অঙাংগী সনা-লুপা শোক্লুবা, অতুদগী হেন্দোক্লুনা মুপী'পামগী লল-থুম ফাওবা শোকচিল্লুবা, হৌজিক ফাওবা ফুকৎপা থেমদবা, অসিনচিংবা কয়া। মরক্তসু অমুক থেৎচিল্লকই,—ঐথোয়গী প্রজাশিং অসিসু থৗংনবা শাথী-থ্রবা পোৎনি, হৌজিক ভাঙনদ্রুনা য়াম্লুনা লৈহৌরবত্থু হোরেল অমনা করিনো'মা থক কাপ্পশিল্লহনদা, হয়েংদি "ফেৎ" হেক্তা মতৌই। মতাঙ অসিদদি ঐসু পুক্লিঙদা হায়রি,—নঙগুম্বা মী অমদা ভোট পীরিবা প্রজাত্থুবু করম্না জ্ঞান লৈ হায়গ দৌরিবনো,—মপুঙ্গিগী, করম্বা মতমদা মহাক্না মরৈবাক্কীনি হায়দুনা লৈতুম অমতং থোমথ্রবগে?

বিমলা, সাহেবক্কী ওইদ-পারেংদা থুমহৎখ্রমাল্লে ব্রা-লাং অমতা হায়দনা ভুমিম্না লৈখে। মতমসি থঙজিল্লক্লে হায়দুনা ঐনা মঙোন্দা খুনিঙনা থিন্দুনা ইঙ্গিত তৌই, মহাক ভাব থংতা তারক্লমাল্লে,—"তাই-বংঙো, নচামুপীগীত্থু করম তৌরবগে" হেক হংলকই। "ইহে! ঐদি ইকাওবু কাউরুরেনে, থবক্লগা মক্কাং মক্কাং... তৌবসিদা," সাহেবনা ইঙক ঙক্না খুম্লকই। বিমলা লুতোন কাই শাউনিঙবনা, অত্থুবু ফাথরগা হায়রকই,—"তাইবু ঙো অমুক কুইরবত্থু করি ব্রানো, হোয়-মাই, হায়বা অমতংদি থঙফম থোকইনা।

এম, এল, এ, সাহেবত্থু ঙাইহাক ব্রাথল তৌই অদগা হায়রকই—"অং ফরে ইবেম্মা, নঙগীত্থু হোত্তি হোৎনরুগে, অত্থুবু নহাক্না থঙলিবত্থু মঙায়দো, হৌজিক মতমগী চৎনবী হায়বসে। থবক অমা তৌবা তারবদি চৎনবীসি য়াওদবা মুকয়া ম্রাদেনে।" "মত্থুগীদি-করি'মতা চিংনবিগনু অমুক্রা মতিক চায় হারবত্থু হেক তৌরগা লোইরেদনা", বিমলানা খুম্লকই। মতুংদা এম, এল, এ, না অমুম্না লোইশিল্লকই;—"ফরে, ঙসিদি

ঐহাক শোয়দনা হায়জক্করগে, ইবেম্মহায়স্থ খেঙলগনি হনবিরো ঙসি ৭/৮ নিরোম লৈরগা অদুক উন্নসি। ঐহাক ঙসাইমখৈব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংদনা মখোয় অনিনা ঙাংনরিবদু তারিবনি। অদুবু হল্লকপদা ঐমা হংখি,—ফরে নবানিনা ঙাংনবদু ঐস্থু মুংঙাইদুনা অস্নুম ভাবনি. নঙনা হয়েং শেনস্থু য়াম্মেমখৈ তিংথোকউ অদুগা থবকস্থু ওইদা তৌরবদি কম দৌবা ?"—বিমলানা মনাগী হাইবারদু ফেৎ-ফেৎ হাইরগা হায়রকই,—" হেরা! হাপ্ত-হাপক্তসনু খঙোইদ্রো, খবরদা ব্রাই হেক চাইরগা লোইরেদনা।" খবরদা হাপ্লিবসি য়ামখে্, হপ্ল-হাপ্লগা খোমজিনবদি অস্নুম হেল্লি," ঐনা করেন্নখি।

হায়নখিবগী মতুং ইন্না, নুমিৎ খরনিগী মতুংদা বিমলাগা ঐগা অমুক চৎলে। হন্দক্তি ওম্বোকপা হায়বদু ওইরে;—সাহেবতু অমুক ঙস্তানা হৌগৎলগা চৎকদবগী খোরাং তৌদুনা লৈরম্লে। বিমলানা ঙক্লা হখি,—" হৈমা, তাইবুংঙো! অমুক ঙন্না কদোমদা? মহাক্লা নোকফেৎ তৌনা খুমখি,—ঐ ঙসিদগী খাদি টুপি, ফুরিৎ, কৈজোম, পুন্নমক থাদোকচরে, কান্নদে, গান্ধিতমক মশোনবা, গান্ধি নীতিদি চত্তবা মশাগী কান্নবনা মাঙজিন থাবা কাঙবুসিগা তিম্নররোই. ঐ ঙসিদগী সংযুক্ত বিধায়ক দলদা য়াওরবনি।" ঐনা ইতোমতা খল্লি,—'করিনোনে, তৌরিসিবু রাজনিতি য়াওববু. ঙৈহাক লৈরা অদুদা য়াওরে, ঙৈহাক অমুক লৈরগা ঐ দলদু থাদোমচরে, মসিনবু কংম্লা লৈবাক্কী অফবা পুরক্তনৌরিবনো?" বিমোলানা ঙক্লগা হংখি,—"তাইবুংঙোদি অনৌবা দলদুদা করি ওইরুগদৌরিবা?"

ফমগী নত্তে,—শেল হজিন্নবনি।

হৈমা! শেন্দ কনা-না পীগনি?

"ফম পায়গদবা মীশিংনা। ঐখোয়দি শেল ফংহেরগা লোইরে। "ক" ময়েক খঙদবা ঐনা করিগী ফমজাউ পায়বা!" অম্নুম্না মতোমতা

পুম্নাও লাওডি, মতাও অমদম্ বিমলাগী রাম্ব য়াওরকই,—ইবেম্মগীদু হন্দক্তি শোয়দনা হোৎনজরগে।" মহাক্কী হিংচাবীনা শরী শোনবগা চপ-মান্নবা রাফমসি তারগা ইবানি হল্লক্লে। লম্বীদা ঐনা হায়থি,—ইবেম্মা, হৌজিক্তি প্রজা সেবা তৌবা হায়রসি পুং খুদিংগী মায়থুম অমমম হোংদবা য়াদবনি।

# অধীকার

চান্দনী, মুমিৎ খুদিংগী গোবিন্দ মঙ্গলার্তিদা হাগ-লি, মচাশিংনা তৌগদবা থবক পূম্নমক হায়বদি, ইমুঙগী রাইতৈ-লমদৈ, অসিনচিংবা লোয়শিল্লগা শেংনা ইরুজথোকই। মহাক্না ইরুজবা কাংকপদা মচাশিংদু ফমুঙদা লেঙলি-লেঙলি তৌরক্লে। চন্দন থিল্ল-থিল্ল. চন্দনীনা মচাশিংদা হায়রকই, "য়েংঙোই, মেমচা, চেন্ড-ফন্দা লৈতেংরিবা চেঙডুনা অমুক্তীদি চরা ফাগনি, অদুগা এস্থাঙদি ইখোলদা হোরিবা মনা-মশী খরসি হেক্লগা অতুম থোংলম্মো। হোবেল মুংদাংগীদি ইমানা হল্লক্লগা অতুম নংগনি।" মেমচা মমানা হায়বদু হোয়-মই হাযদে তুশিন্না তায়। মচামুপা তোম্বদুদি ফমুঙদগী হৌগত্রি. থৌরাঙদি তৌবক্লে। মমানা মেমচাদা পৈশা তরাদং পীবশ্মি, হোবেল মচাতোম্বনা স্কুল কাবদা অচাপোৎ চারুনবা। মথংদা মাগী সংনবগী শেম পারে,—থউ অমদা ফি-রোল খরা হাপচিল্লে, মদু পায়রগা বৃন্দাদেবীদা মখুৎ লোল্লদুনা, নোংমদুগী য়াইফ-মঙ্গল নিজরগা থোঙ্গাল রাংমা লানখ্রে।

অমুম্না মুমিৎ খুদিংগী চান্দনী, নোং হেক ঙানবগা থবক-ইংখাঙ খরা লোইশিল্লগা ফি ময়োম অমগা হেক্তা থোকখি। মুমিদাংরাইরমগী পং ৫/৬ তারকপা মতমদা ময়োম অমদা চেঙ খরা, ঙা-চাক খরা য়োম্নগা ময়ুমদা হল্লকই। চাক্লু মেমচানা থোংলগা থোংলে নত্রগনা মমানা থোংলে। চান্দনীগী মচামুপী অহন্দি ময়ুম পানখ্রে, মদুমা মঙোন্দা কয়া য়েজ্রে, মুপী য়াইমদুনা পি, ইউ অনিশুবা চহীদা তগ্নি, মেমচামু হন্দক মেত্রিক থাগদৌরি, মচামুপা অতোম্বদুমদি এল, পি, তগ্নি। চান্দনী মপুরোইবা নৌনা কায়নথিবদগী, মমা, মচা মখোয়

মঙাসি ন্নানা হিংজন্নকপনি। হিংন-গী লানফমদা, চান্দনী, অচৌবা শরুক য়ারিবী লাম্মী অংনি। অদুবু লাইবক খরদং ফংদি মচাশিংদু খোইনা লমহেন-তুংহনবা য়াওদে, হায়ন-তানবা অদুম ময়াই। অতোপ্পা অদুমতংদি অতো-অতাংনি হায়দুনা নাউথী শ জবনি।

মুপীমচাশিংদুস্ম, মতম মওংহন্দে, অহাওবা মতমদা মনা মানা হৈবা শামতু লোনবা অমসুং ফিশা-লেনশা অদুমক মতৌজে। শংগী হ ন্নরবদা মখোয়গী খরচ মমাদগী তান্দনবা হাৎনৈ। অমুন্না মাপান তাংদনা হিংবগী পুন্সি অমা ঐখোয়দা তক্তনা উবা ফই। অদুবু ন্নাফম অমদি চান্দনী করি থবকদমক অয়ুক ওন্না চৎলিবনো হায়বসি কন সু খঙদে, অদুগা মহাক্না মচাশিংদস্ু হায়দোক্তে।

ওসিদি চান্দনী, করিমতা য়াওদনা খুৎ হাওনা হল্লকই, ন্না ওাংদে ইমুঙদা তুমিন্না চঙলকই। মচানুপী য়াইমা সবীতানা হংই,—"ইমা কদৌরে, ওসিদি করিমতা য়াওরক্রবদি?" চান্দনী তপ্না খুম্মি— ইবেম্মা ওসিদি, ইমা থন্নায়সি খন্না নুংঙাইতে।" সবীতা ঙৈহাক তুমিন্না ন্নাখল তৌই, নুংঙাইতনা মখা তারকই,—"করিনোনে ইনা, কনানা লাকচ খুদুম চনবনো, হায়য়ুদনা, করিগী, মীবু পংলাকস্ু লাকচনা তৌবা য়াত্রা! চান্দনী য়ান্না থন্নায় চাক্না খুম্নকই;—'মহাক্না ঠিকাদারনি শেন পায়বনি, হায়বগী মতাগুম য়ান্না থৌ-ওই উশিত্তনগী মওদা হেক্তা তৌবনিনে,—ঐখোয়বু মুপীনি হায়দুনা তৌরিবনি, মহ ঐখোয়স্ু খঙদবা নত্তে।"

ইমা, করিনো? মরোন্দু অমুক্তদি হায়য়ুদনা।

'সিনি, য়েংঙোই, খুৎসুমনস্ু তানা পীবা, অদুগা মতমচানস্ু পীদবা!

ইমাবু করি থবক শরুবগে?

করিবু ওইরুগনি, ইবেম্মা নোংমগী হাজিরা হায়বসি মঙান্নরেদনা!

সবীতা, মপুক্লিগুদা থুক লাউবা পোকই,—মক্ক লুক্কা রাখল তৌই, মম দা য়েংলগা ওপ্প পাউথুম্নকই;—"ইমা, মচুদি নহানমখৈ ইমাদি ঐখোয়দা করিমতা হায়বিদবা ?" চান্দনী তপনা পাউথুমখি,—"হায়রুম্বনবু করি কান্নরিবগে, ঐখোয়ময়াম চরা অমা হেন্দ্রগা লোইরে।

সবিতা, পি, ইউ, সেকেন্দ ইয়ারদা তম্লিবীনি, ভাবম্স খরা তাজরবনিনা রাখল খনবা হৌরকই;—"করিগীনো মীগী খুৎশংমনবু শোৎলিসিবু! অঙকপনি, লায়রবা, ইনাকখুনবা, কনাগী খুৎশেমম্লো! মচা, অচোবা কনা-না খায়রিবা !—পুম্নমক খঙনবা ঙাক্তুনি, হায়দোকপা ওম্নদবনা, মতম পুম্বদা অৱাবা নংলিবনি।" অম্মুম্না সবীতা তরেৎ-তরা থোক্লা খল্লগা মমাদা হায়রকই;—"ইমা, কমদৌবা তারে? নহাক্কীদরা নত্রগা ময়ামগীরা?" চান্দনী উপায় লৈজদবা মওংদা হায়রকই,—"নত্তে, ঐখোয় ময়ামগীনি। মহাক্না হায়রিবসি পীরোই হায়বদি নত্রগা হোরেল হয়েং, নত্রগনা মচিৎ-মরাঙ, অসিনচিংবনি। অদুদগী খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি মুপী শিন্মীগা মুপা শিন্মাগা খুৎশংমন মান্নদবগীনি, মুপানা হেন্না পী, মসি ঐনা খনবদি খ্বাইদগী হন্না অরানবা থবক্কি হায়না খল্লি।" সবীতা থম্মোয়দা ওমচাক্লে, মতোমতা হায়ফম খঙদনা শাউনিঙ্ঙি হায়রকই; —করিগী! মতমম্সু চপ মান্নদা মাঙমিন্নবা, পাঙ্গনম্সু চপ মান্ননা শিজিন্নবা, অদুগা খুৎশংমন্না তানা পীবা, মচু শুকয়া য়াফম থোক্কে।" চান্দনীসু য়াওশিল্লি,—অদুনিনে ইবেম্মা, ঙসিদি ঐখোয় ময়ামসু রাফম অমা লেপ্পরক্লবনি, হয়েংসি মহাক্না উম্নরগা অশেংবা অমা ঙাংনসি হায়দনা।" সবীতানা অচেৎপা রাখনগা লোয়ননা হায়খি,—"মচু তৌদবা য়ারোই ইমা, মীগা মীগা অন্মানি, মী অমগী হক মী অমনা মুনবা নত্রগা মাঙহনবা য়ারোই।"

মথংগী মুমিত্তা চান্দনা মহৌশাগুম শেম শাদুনা বৃন্দা-দেবী থুরুম্নম্নগা যাত্রা তৌখ্রে। থবক শংফম য়োরগা ময়াম উম্নদুনা ঙাংনবা য়াবা

ব্রাফম কয়ামরুম ঙাংনরবা মতুংদা ঠিকাদার লাকপা ঙাইত্নুনা লৈখে । ঠিকাদার মহাজন অয়ুক্কী পুং ১০ রোম তাবা মতমদা থবক মফমদা লাকই, ময়াম পুন্নমক তুমিন-তুমিন লৈ'ন। মহাজন্না হৌরকই,—"ময়াম থবক শ্ংঙিদ্রবদি কবি তৌরবগে? চান্দনী তপ্পা ব্যবহারদি কান্নদনা খুম্মি,—ইবুংঙো, ঐখোয়গী খুৎশংমন্দূ ঙসিদি খরা পীবিরো, ইবুংঙোনা ঙবাঃ খুৎশংমন পীদবদগী ঐখোয় ঙবাং চবা-হেল্লবনি, অদুগা মচিংস্থু তৌবীগন্নু শুনা পীবিয়ু। মরুওইবা ব্রাফম অমনা ঐখোয়গী খুৎশংমনসি হেঙ্গৎপিদবা য়াববে'ই মবমদি, ইবুংঙোহোযনা হেন্না খঙবিরিবত্নুনি, তৌজিক্কী মতমসিদা ..... ।

ঠিকাদারঃ—ইতৈমা, খুৎশংমন হেঙ্গৎপগী ব্রাযমসিবু, মরমত্নু মতিক চানা লৈব্রনে?

চান্দনীঃ—ইবুংঙো, খুৎস মন হেঙ্গৎপগী ব্র ফমসিদি, ঐনা অমুক নৌহৌনা হায়ব্রবস্নু খঙবিবা য়াবেনা। হাকুম ইবুংঙোহোয়গী ইমুঙদা চাবদা খরচ কয়া কাইপোক্লম্বগে কুমশিনা কয়া কাইখোক্লবগে! হৌজিকপু চেঙ কিলোদা কয়া পীরিবগে? খুৎশংমন্দি চহী অনিগী মমাঙদা লৈরম্নিবত্নুদগী করিস্নু হেঙ্গৎপিদ্রি। মতমসিগী পোৎ-তাঙ চৈতাঙ-সিদা পীরিবা অশংমনশিগা করম্না হিংবা য়াগনি! খঙবিম্নু ঐখোয়গী হুমাংসি ঈ-নি ঈ-মরিক শিম্নুরিবা, ঈ মরিক অসিগী মমল মতিক-চানা ফংদবা য়ারোই।"

ঠিকাদারঃ—মযামগী মত্নুৎশিন্দুনা ইতৈমনা ঙাংবিরবনিনা, ব্রা অমতং হায়জগে—পোৎকী মমল হেঙ্গৎলকপা হায়বসিদি ইতৈমহোয়গীতা নত্তে, ঐখোয় পুংমক্কীনি। অদুগা ঐখোয়গীস্নু অরাবসি লৈতবদি নত্তে, ঠিকাগী রেস্তি খোইনা হেনগৎপা নত্তে, পোৎ তাঙবসিগা য়েংনরুববদি ঐখোয়গীদি মাঙবনা অয়াম্বনি। অদুগা অমুকস্নু ঐখোয়গীদি থৎক লোইরে হায়ত্নুনা বিল হেক ফংবা নত্রি,

শেল লৈগা, লৈতেগা, বাজেত্তা য়াওইগা য়াওদেগা, চ্যক মনা লাকই-লাক্তে, অসিনচিংবা কয়ানি। অসি ফাওবা য়াওরিবনি মহুদি, লেবরগী শেল পীনবগীদমক ইমুঙ-মমুঙগী সনা-লুপা ফাওনা বন্ধব থম্লিবনি। মরম কয়ামরুম অসিদগী ঐখোয়না ময়ামগী শেল পীথোকপদা খরদং পম্মুজরিবনি, ৱারোবীগম্মু য়াম্না থুনা পীথোকচনবা হোৎনরগনি।

চান্দনীঃ—ইবুংঙো, ঐখোয়গী শেন্দি থীম্মবা য়ারোইনে। হায়রিবসে ঐনা নত্তে, ঐখোয়গী লৈরিবা মুপীগী 'শিম্মা লুপ্পা' হায়বনি, অদুগা হন্দক্তি খুৎশংমনস্থ হাল্লদগী তথায় অমা হেন্দবা য়ারোই নত্রবদি ঐখোয় হয়েংদগী থবক লেপ্পগনি। ঐখোয়না থবক লেপ্পা হায়বসি ঐখোয়না শূত্রগা মী অতৈনা শংগদবা নত্তে,—শিম্ম। পূঃমক থবক লেপকদবনি।

ঠিকাদারঃ—হোয় ময়াম্না ভাকপীরিবসি ঐস্থ য়াজরগে অদুবু মুমিৎ ২/৩ নিদংদি মতম পীবিয়ু, ঐহাক ময়ামচুগী শোয়দনবা তে জরগে।

অম্মুম্না রা খরসি ভাঙনরবা মতুংদা ঠিকাদারগা শিম্মাশিংগা য়ানবা অমা পুরকুনা ময়াম পূম্নমক হন্নরক্লে। চান্দনীস্থ মযুমদা হল্লক্লে, ৱারোল পূম্নমক মচামুপীদা তমহুনা খঙনরে। ৱাবোন্দু তারগা মচানুপীনা হায়খি,—অছুনিনে ইমা, হৌজিকী মতমসিদি মুক্লদবা ইয়া য়াদবনি, মুক্ত্রবদি করিমত্তা পাঙথোকপা ঙমদবনি। অরৈবশিনা লৈতবব নৈহৎপিবা, নমথাক তৌবিবা, অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবা, হায়বসি মহৌশাদগী চৎনরক্লবনি, ইমাহোয়গুম্বা লাইরিক-লাইশু খরা হৈজ্জদবদদি করি অমুক হায়রুগনি!

# ষ্ট্রাইক, ষ্ট্রাইক, মফম্ম খুদিং ষ্ট্রাইক

অনাবত্ত য়াম্না শর্থীরে পুখত্তবা যাদ্রে। অহিংদা গাড়ি অমা য়াম্না য়ানা থিজত্থনা, উচিন-নাচিন্না লফেল হোসপিতালদা পুখৎচরক্রে। অদুবু লায়েং-শঙদদি অনাবা অমা ফংহা লৈহমদ্রে। কবিগীনো হন্নবদা ডাক্তর, নর্শ, ষ্টাব পুম্মক ষ্ট্রাইক তৌগ্রে হায়বে। হস্! কমদোনি অদুদি, অনাবসি শিবা তাব্রা! ডিষ্ট্রিক হোসপিতালদা লাইবক য়েংলুসি হায়দুনা নহো থারো ময়ামদু পুরদুনা লাক্লে। ওস্তোকপনি! মফমত্ত খুবক হাওদে—মীনা; মীগী-মী-মী ভাক্তা, খোঙ থাফম লৈতে, অনাবদু কদাইদা হুঞ্জিনগদগে খঙদে। তঙাই ফদবনিনা লৈমায়দা থাদদুনা থম্লে। অনাবদু মতম ফনা শাংনা য়ান খাঙজরবা মতুংদা উপায় লৈতবদগী উচিন-নাচিন্না লাইগী খুয়া তাঙ্গখে। অদুবু মতোমতা নত্তে, অসিগুম্বা মীশিদা শিরিবসি, ফনা য়ামখ্র পোৎনি, তাইনফম থঙদনা অস্তুম তোক্লবনি—ষ্ট্রাইক তৌরিরশিংদরা তৌহল্লিবশিংদরা?

মসিনা লোইরব্রা? নত্রে, লম্পাক্ক অমতা হাওদে, চরা হেনবগী মফম কন্নবদা;—এল, পি, দগীনা বিশ্ববিদ্যালয় ফাওবা, ওজা হাপ্পিদবগী, নিয়ম কায়না হাপ্পগী;—মতম চাদনা ট্রান্সফার তৌবগী, ইন্টর্ভিয়ু তৌরগা হায়দোক্কবগী .....অসিনচিংবা....লোইবা নাইদে। হায়রিবা রাফম অসি বিভাগ অমতগী ওইবা রাফম নত্তে, মণিপুরদা লৈরিবা বিভাগ পুম্নমকসি ষ্ট্রাইকী ষ্ট্রাইক ভাক্তনি। য়ানখিবা রাফম কয়া থবক ওইনা পাঙথোক্তে হায়বগীসু ষ্ট্রাইক্কি। হয়ে,...... হয়ে! "লৈবাক মাঙবা তারেনা ইপু মন্ত্রি, লৈবাক অমুক্তদি কল্লু", হায়বা থায়নগী পাউরোত্থ চপ চানা থোক্লরে। সনা লৈবাক মণিপুর ষ্ট্রাইকী লৈবাক ওইথরে,—সনা থোকখিদ্রে।

ঙসিদি ঐগী য়ুম্নোন্নবী মুপীমচা সরমাহু ঙস্তানা চাক চান্নগা মফি মরোল শেঙ্না চংকদবগী থোরাং তেরে।" মহাক বি, এ পাস তৌজরবী মুপীমচানি, হৌজিকমক থবক থিরিবানি,—চৌকিদারগী ইন্টর্ভিয়ু ফাওবা চিথ্রবীনি। সরমানা চংকদবগী থোরকপদা মমানা হংই;—ইবেম্মা ঙসিনা অমুক কদোমদা? সরমানা হুৎ লৈশিল্লগা খুম্নকই,—"ইমা ঐ ঙসিদি হল্লকপ্রা হল্লক্তব্রা খঙদে, চরা হেনবসি ঙসিদি ঐগী পাল্লি তারি, কনানবু হৌনরিবা থবক্লা! অমুক য়াম্না লাকচবা করিগীনো!—শিরগা শিরে চঙলগা চঙলে, মী ওইনা পোকপবু অমুক শিগদবা লৈরে,—হি! অমুম্না হিংগদবগী শরুকপুদি শিবনা হেম্না ফরেদা! শিনা হিংববু, হিংবগী অর্থ থোক্লিব্রা!" মমানা মখা তারকই:—"মুপীমচা করিনোনে, নঙনা হায়রিবত্তুবু ইমাদি ভাব তাবা ইঙম ঙমদ্রেনে।" সরমানা মখা তাৎরকই,—"সিনি ইমা, হৌজিক্কী মতমদা থবক অমা ফংনবা হোৎনবা হায়বসি তরাইবা থবক নত্তে, তলবত্তুগী মতুংইন্না থবক্কী দরসু অত্তুম মরৈ। অত্তুবু ঐখোয়গীদি পুম্নমক লোইখ্রবনি, থবক হাপ্পগী হুকুক অত্তুমতং থোক্লগা লোইরবত্তু শুথোক থোক্তবনি, অত্তুনা ঐখোয় ময়াম পুন্নগা তৌফমথোকপা থবক্তু তৌদবা য়াদবনি।

অত্তুগীরা নখোয় ময়াম চরা হেল্লিবত্তুবো?

মান্নি, হেন্দোরিবনি, হেক শিদ্রি ফাওবা—।

অত্তুবু ঐনা খনবদি নখোয়গীত্তুবু কান্নবা থোইনা ফংগনি খন্দেদা। মরমদি?

মরমদি দলিল অমা ইনহৌবসু নত্তে, সাক্ষি-শাবোৎ লৈনহৌবসু নত্তে, কনাদবু রাকৎলুগদোরিবনো!

ঐখোয়না উৎলিবসি, প্রজা অমসুং অঙম্বশিংদনি। ঐখোয়বু করিগীনো অমুক থওইবীত্রিবা, মী অমা ওইনা হিংবগী অধিকার ফাওবা ফংবা ঙম্নদ্রে।" মচান্নুপীগী রাসি তারবা মতুংদা মমানা হৈনিঙদনা

হায়খি,—ইবেম্মা, তৌংবুদি ময়ায় অহুবু ইমাদি কয়া থাজবা ওমদে, মরমদি চরা হেনবা কয়া, য়ানবা অমা পুরক্নুনা তোকখ্রে হায়বদি ইত্তত্তনা তায়, অদুবু খরা লৈরগা দাবী পঁত্রে অমুক হোয়ে, অসিন-চিংবা কয়ানি। কান্নরোই ইবেম্মা, য়াওরুমুদা, নশাতা শোক্নুনা তোক্কনি।"

সরমাঃ—"করিনো ইমা, মখোয়না হ য়বতা তৌবা য়াব্রৌ! ডাক্তর নত্রগা ইঞ্জিনিয়ার অমা তম্নবা হোৎনবদা শেল কয়া য়াম্মা তিংই,—তম্বা লোইরগা থবক তৌনবা হেৎনবদসু কয়া'মা তিংলিবনি।"

অসুম্না নিঙবা থুংদবা, পেন্দবা কয়া, ওাংলম্নগা সরমা মফি হায়গত্তুনা কাওজেবুওদা চবা হেনবা য়াওবা চৎখ্রে। চরা হেনফম খরা লৈরিবসিসু ন্যোংমা কাংদে, মচি থুদিংগী ডম্বুর মচেৎ অমা হেক্তা খল্লম্মি। ডম্বুরতুগী মমুংদা মী খরা ফম্বা য়াও, হিপ্পা য়াও, মমাওতুদনা ঈশিং চফু অতুম মরি, গেট্টা করিনো,—অইবা খরা; ময়ামতুসু চারিত্রা, হেল্লিত্রা খওদে, খুথাওনি হায়, শিত্রি ফাওনি হায়,—অতুম হিং-হিপ্তুনা প লৈত মরৈনৈ। নোং ওাল্লগসু হেক্তা মরাওরকই;—ট্রাইকরশিংতু মওারক কানবীদা হুন্দোকখ্রে অতুবু শিবদি নত্তবনিনা অতুম হেক মরাকই। অতুম্না হুন্দোক-হুনজিনগা, লংথোক-লংশিনগা তৌনবদা থা ১/২ দি অতুম মহৌখি। ট্রাইকরশিংগী দাবী পরেংসু থথা নত্তে, অদুবু তাল্লিবনিনা খরমখৈদি ফুংদবা য়াদে।

ওাসিদি ট্রাইকরশিংগী অপুনবা সভা যাত্রা তমা চৎনবগী শেম-শাবা লোইখ্রে। সভা অসিগী মাওজিন থাগদবীদি সরমানি মরমদি ময়ামসিদগী খ্বাইদগী হেন্না শোকচিল্লিবসি মহাক ওইরম্মে,—মওক্তা শিঙ্গবা সনা তোলা অনিগী মরী মচা অমা, খুজি অকাপ্পি জুরা মরি, না-য়ানবী, খুদোপ, পমতেংনি! সরমা ফেষ্টুন পায়তুনা মাও থাতুনা চৎলি, পাখঙ অমনা চুঙ্গা অমদা লাউরকই,—"নহারোনগী থবক"

মরাম্না খুম্মি,—"পীদবা য়ারোই।" অসুম্না লাউহুনা লাকপনা অমুম্নী, সর্ন-থোঙ য়োরে। থোঙ শঙবনা কনাম্নু চঙহন্দে, ময়ামহু গেট্টা লেপ্লগা লাউহুনা লৈ,—কাইনথঙদা থোঙ-শঙবনা চঙখ্রগা অঙম্বগা উনরম্মবা মতুংদা,—"মীহুৎ অমা অনিগা উনবা য়াগনি", হায়রক্লে। সরমানা ম ও থাহুনা চঙখে, অঙম্বদা নমস্তে তৌই।

অঙম্বাঃ—অঙাংশা? কহিনো নখোয়না পাম্লিববো? সরমানা দাবী পরেংহু পীশিল্লি।

অঙম্বাঃ—চে য়েংই হায়রকই, হৌজিক করি তৌসি হায়বা?

সরম্নাঃ—ঐখোয়গী ওপাম্বা মযামহু উবিরেদনা, মহু পীবিয়ু হায়বনি।

অঙম্বাঃ—ফরে অহুদি থনম্মো, ঐ হোরেল মুম্না পারগা তৌবা য়াবা করিনো য়েংগে।

সরমাঃ—ঐখোয়না তাঙ্গরিবা দাবীশিং অসিগী ৭৫% পীবিত্রবদি মতুং তাবদি......।

অঙম্বাঃ—নহোয়গী অসিগুম্বা ব্যবহার য়াওদবা অসিদনিনে, ঐখোয়না নহোয়গা উম্মনিংদে, ব্রারী শাম্ম-নিঙদে হায়রিবসি।

সরমাঃ—সার, অঙাং ঐখোয় খোইদৌ থিৎলবনি থিংবা য়াররোই। অঙম্বগী তাত্তা য়াহুনা লাক্লিবসি মতম কুইরবনি,—কামদে।

অঙম্বাঃ—অহু ওইরবদি চৎলো! নখোয় ঐগা য়া ঙংনররোই।

"ময়াম পুম্না লাউরকই, হয়েংদগী মণিপুর বন্দ"

ময়াম লাউহুনা হল্লকই,—"হয়েং মণিপুর বন্দ", মরমদি,—থবক কৌদবা নহারোলশিংদা থবক পীবিয়ু হায়হুনা অঙম্বশিংদা হায়জবনি, লোয়ননা থবক অমা তৌবা তাবদা চঙগদবা মচাক পুম্নমকম্ম লোইনা শুখ্রবনি অহুবু ওসি ফাওবা ঈশিং মম্নুঙদা লৈতুম হুহবগা চপ মাম্মনা লৈখে। অমরোমদা চরা হেল্লিবা মীশিং অসি খুদোং থীবা য়াবগী চাং য়োশিল্লক্লে। ঐখোয়না ওসি তৌজরিবসি তুংগী নহারোলশিংগী শরুকম্ম

য়াওয়িবনি। অসিগুম্না নহারোলগী অচুম্বা দাবীশিং অসিদা প্রজা মীয়াম্না শৌগৎপীবা উত্তুনা হয়েংগী "মণিপুর বন্দ অসি য়াওবীয়ু।" অমুম্না মীয় মদা হায়জবসিগা লোয়ননা অমনা তুংদগী লাউরকই;—"ইনকি-লব" ময়াম্না খুম্মি,—জিন্দাবাদ।" ময়াম্না কাওজেবুগু য়োরকপদ্দি, চম্না হেল্লিব-শিংহুগা ডমুরগা কোম্লনা অমতা লৈরমদ্রে। কদাই চংখে থিনবদা থম্না হৌদোং থাদেকফমদা থম্না জেলদা .......।

মুমিদাংগী প.ং ৭-৩০ গী রেডিও পাউদা অমুম্না লাউথোকরকই;—থবক্তি ফংত্রিবা, ফংবদি য়াম্বা অতুগুম্বা মীওইশিংগী রাকম মুম্না থম্মবা মকুংদা হাপকদবা ঐখোয়না ফিরেন অসি লোরে মতুদিঃ—শেল-থুম য়াম্না চগুলোষ্ঠদবা দাবী মথৈদি য়ারে। অতুগা শেল চগুগদবা দাবীশিংদি থম্না কোম্নাঃ থম্মবা তারে, মরমদি প্রজ্ঞানা হেম্না থগুবিরিবতুনি ইন্দক মরকশি লৈবাক্তী অচৌবা চাওখং থৌরাংদা হেম্না মায়পুনখিবনা, জাতিগী সেনগাওসি ময়েং য়াম্না থুনা তাখে। মরম অতুনা লৈবাক্তী য়াইফনবা থনবিতুনা ষ্ট্রাইকনচিংবসি মতম থরদং লেপ্পিনবা হায়জরি।" রাকম অসি তারগা অগুংগী হৈ-শিংলবা রাওাং অতুবু থাগৎনখি।

---

# ঐ পোখাজরে

ঐনা নোংমা চুকান মমাঙদা ফম্লিঁঙৈদা, মরুপ অমনা খঙদনা অখঙবা শাদুনা হংলকখি,—এঃ নহাক থবক তোল্লব্রা ? ঐনা নোক্কুনা খুমখি,—হোয় তোকপা হায়গদ্রা, পোখাবা হায়গদ্রা অনিগী মরক্তা অমদি ওইরে, থবক শূরগী 'মতম 'লোইরদুনা' পোখাজরে। মহাক্না ভাধ ইতা তাদনা শোনখি,....ও!..... অমুকস্থ উনবা মী থরনা হেক হংই,— নঙদি করম লেল্লি? থবক্তগী হেক পোখার পসি লৈফর্মচ ফম খঙদদুনা য়াম্না নাগল্লি শোম্থগল্লি হায়খনিকো, শিগা ফাওবা য়াওবমি।" ঐনা লায়না খুমদোকখি,—"ঐদি পোখারগা হেম্না থবক 'চিমখে, য়ুমদা ঙাইহাক্তস্থ পোখাবা শংদে ময়ামগী সেবা চংদা।"

অস্তুম্না ঐনা য়ুমদা পোখাদুনা লৈবসি মীনদি রারমগনবোই নিঙঙি, অদুনা রাহং কয়া হংখি। অদুবু ঐঙোন্দদি মতম কুইন পুরক্লবা লমবা পোৎলুম অমা থাংধখিবগুম ওন্থোক্লা য়াংন থোকখে। অরুম ওইনমক ঐগী থৌ চিল্লবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক মমিদি ভত্তনা তারি।

ঐনা পুক্লিঙ মকা লাম্না য়ুমদগী লাকই, ঐদি রিক্সোগী মীনিনা স্কুল গেট চৎ-চনা খামহল্লগা ঐনা চঙহৌই। অস্থুম্না মুংঙাইনা ঐগী কাদা চঙরনা চৌক্রিদা ফিতু য়ানবদা মঙয়রি, ফমগা ফাওবা ফমদ্রি, তঙ্কাদুদা ছাত্রি ২/৩ হেক্তা চঙলকই, পর্দারদু হায়গৎলগা হায়রকই,— "ওজা অমুক্তা চঙজরক্কে।" ঐহাক শাউনিঙঙি মরমদি নেংমদুগী থবক করিমতা হৌদ্রিঙৈদা রাকৎ হংম্না লাকদুদা, অদুবু অশাউবদু নমথরগা খুমখি,—"য়ানি করিনে?"

ওজা, ঐখোয়গী ক্লাসতা ফাল লৈরমদ্রে।
হাঃ করি, নহোয়গী ক্লাসতা ফাল অমত্তা লৈরমদ্রে হায়বা!
অদুদি....কনা-না....!
খঙদে ওজা, মসি মুমিৎ খুদিংগীনি।"

খঙদেনে ঐস্ন, মুমিৎ খুদিংগী ঐনা ফাল শেম্নবা ওৎপস্ন নত্তে . ।
হে'য়, হোয়, চৎলো ঐ চৌকীদার থারগা থিহনগে।" ছাত্রীশুনা মখা
তারকখি,—"ওজা, থুনা থাবিরকউকো, ঐখোয় কম-কম লৈতহুনা লেপ্পুনা
লৈরবনি।" ঐনা শাউরপনা হায়খি,—"ঐনা মী থারক্তে হায়রবমক্তদা
রা যাম্না শাংখ্রদা!" মখোয়শিংছু মুরুম মুরুম শোন্দুনা থোকখি,—
থারক্কেগা, তৌরক্কেগা.......... ।

অতোপ্পা মুমিৎ অমদস্নু মখোয় খরা লাক্লগা হেক মহায়রে—
ওজা, ঐখোয়গী ফালসিবু নোংমগী অমা রাৎ অনি রাৎ, কমদৌরিজাৎলো?
মৈ হৌবগী খুদমস্নু লৈ কা মনুঙসিদা? ঐনা খুমখি,—ইবেম্মা'হোই ঐস্নু
হৌজিক লাক্লুনা ফম্লিবসিনি, কা মনুঙদা মৈ তিকপ-কৈক্না শং-পোৎ
নত্তে।"

অদুদি কনানো ওজা?
মদুবু ঐনা খঙব্রনে, চৌকিদারনা খঙফম থোকত্রো? মঙোন্দা'হ সি।
ইনখা কা-মনুংদা মৈ হৌরিবসি কনা-ননো?
ওজা মসি অয়ুকী ওজাশিংনা ওইরমাল্লে।
অদুদি ইনখদি ফাল থাদাকস্নু হায়বা য়াদ্রে।!
হায়রৈজে ওজাবু অদুবু—"নখোঁ লৈত্রবা সরকারগী মপোৎনি" হায়নে।

তারেদনা অঙাংশা, ঐনা করি তৌরুনি। ঐস্নু মুমদগী অয়ুক
ওস্তা লাক্লগা স্কুল শঙবদি ওমদেদো, অহিংদা লাক্লগা য়েংবা ওৎপস্নু
নত্তে মসিদি মশা মশাগী দায়িত্বনি, দায়িত্ব মশক খঙজগদবনি। সরকারগী

মপোং থ্বাইবদা নত্রগা মাঁগুহুনবদা বেরা লৈতে হায়রবনিনা, কনানো ময়কায়গী মপোং শগুবিগদবা।

মসিনস্থু লোইত্রি,—নোংমস্থু লাকনি পাখঙ লৈশাবী কাগুবু অমা হংগনি চম্প্রাশীদা হেড মাষ্টরগী কাকদাইদনো? চম্প্রাশীনা থুদোম্বীনা খিন্দুনা ঐগী কা তাকই, মখোয়না প্রপ প্রপ চগুলকনি অখিংবা লৈতনা অহুগা হায়রগনি ঐগোন্দাঃ—“ওজাবু করিগুম্বা অমতা হায়জগে।” মশক্তু উবদা ঐ খোইদৌদি শাউগংলি অহুবু থুমখি,—অং....করিনো ইবুঙো?....হায়মু ...। মাগুজিন থাবা ছাত্রহুনা হায়রকই,—“ওজাবু, ঐখোয় গুসি ছাত্রগী অচৌবা সভা যাত্রা অমা চংকদৌরি, মহুগীদমক ঐখোয় কা মমুগুদা চগুহুনা রা থরা গাগুজগে, অহুগা ছুটিস্থু খাদোকপীরো অগাংশি সি পুজথ্রুগে।” রাসি তাবদা ঐ গুকপদগী হেন্দোকুনা খোইদৌসি কনা কজনা লংখংলি, মিহুনসি নিংথিনা কাগুগি, অহুবু কাগুলিবা মিছন্দু তগ্না ফাথরগা থুমখি,—ইবুংঙো নহোয়না ক্লাসতা চগুহুনা রা গাংবা হায়বসি খজিক্তং ফজবা য়াংলি, কাগুজৈবুংগুম্বা লম্পাক অমদা গাগুনা ফরোইত্রা।” অমনা তুংলোমদগী তাপ হেক্তো ওক্ককই,—“হেরা! রা য়াম্না গুনখেদা অরেম্বদা মতম মাগুহম্নবা, ঐখোয়না তৌগদবহু হেক তৌরগা লোইরে।” অম্বুম্না হায়রম্লগা মখোয় ২/৩ ক্লাসতা চগুহুনা করিনো থরা গাংলুরে। ঐনা ঐগী কাদা মখোয়গী ব্যবহার লমচং য়াওদবহুগী মরমদা খল্লুনা হুমাং কাংনা ফমহৌই। মহুনস্থু লোইত্রি, রা গাংবহু লেয়রগা কংশিহু ক্রিং-ক্রিং খিগুখিররে। অহুদগী অগাংশিংহু মুকথ্রুবী পাইথোরকপগা চপ মান্নৈ, খা-রাং থগুদে,—থরনা লাইরিক য়েপ্রুনা চেনখি,—থরনা বেঞ্চ মখাদা লোংলি, থরনা য়েম্রথারেমদা চেনখি, হিংচাবা মানবা ৫/৬ না লম্পাক্তা কোয়ত্তান তান্নৈ, অগুকপগী থৌওংনি,—ঐগী লাইরিক তমদগীনা ওজা ওইবগী শাংলবা চহী ৫০/৬০ শুরবা মতম অসি ফাওবদা অসিগুম্বা থৌওং অসি

অমুক্তা. থেংনখিত্রি। মতৌহ্নদা ঐদি উপায়দি লৈতবনিমা মাঙোন্দা লেপ্লগা লাউখি,—চৎকন্দবা চৎলো লৈহৌগদবা লৈহৌরো।। ওইন্নিবা মওংসি তশেংনা হায়রবদি অঙাংশিংগা ঐগা ত্রামা শন্নবনি।

"অতুম্বা মী হৌদোকপা লায় তুমদবা মী থৌদোকপা লুই;" য়াম্না চুমখ্রবা ৱানি। ভাব তাদবা অঙাংদি ভাব তাহল্লগা য়াই, ভাব তারবা অহল্দি ঙাংনবা য়াম্না ৱায়। ক্লাস ফোরগী কাসি লাওন্নখ্রে, ওজা লৈত্রা হায়ত্তুনা য়েংলুই,—লৈরমদে। করম্না ওজানো হংবদা,—ওজা "ক" নি খুম্নকই। ওজাশিংগী বমন-রুমদা চঙত্তুদা ওজা "ক" দা হায়রুরে,—"ওজাগী ক্লাস লৈ মাল্লে।" ওজা "ক" না অমুক খুম্নকখি,—হৈমা! ঐদি থার্ড পেরেট্টা লৈবোই নিঙভি, অনিম্নংদা ওইরে।" ফুক হৌগত্তুনা চৎখ্রে, ঐদি ক্লাস চঙখ্রবোই নিঙভি, মাদি কাউরবরা কবিনো খঙদে, ক্লাস থিদ্রা লৈরিবা ওজাত্তু কোথোক্লগা খোঙজীন্দা ঙৈহাক লেপ্লগা ৱারী শানৈ, লোইরগা চঙখি। ক্লাসতা কোয়না চত্তুনা য়েংই ওজা খরনা থবায় য়াওনা হৈরসম্ম মতাগুম তম্বি খরনা টেবলদা মমায় উপশিন্দুনা উইরিত্রা নত্রগা ৱাখল তৌবিত্রা খঙদে..।

ওজাশিংগী কমন-রুমগী সমস্যাসিবু ওস্থোক্লা লুখ্রবা অমনি। হৌজিক্কী মতমসিদি ওজাশিংগী পোত্থানবনি হায়ত্তুনা শাম্নবা মখল তমা নত্রগা তমদি শোয়দনা লৈরে। শাম্নবদি ঐস্থু পামদবদি নত্তে, অদুবু ঐগী মঙদি, মফম অমস্থুং মতম খঙনা শাম্নসি হায়বনি, মখোয়না হায়রিবনা ঙৈহাক্কংবু শৎলবদি হক্তা শাম্নসি হায়বনি, অদুনা শাম্নবদা পুন্নিং লুপখিবদগী ক্লাস নাম্থোকখিবস্থু কোঙ্গায়নি। মতাঙ অসিদনি ঐনা খোয়দৌসি থিংলিবসি, ঐস্থু খোইদৌসি শাউগৎলিবনি।। খেন্দু খন্না কল্লপ হায়রুরে.—মত্তুদা ওইরে, ওজা মন্নাম্না ঐবু "ফত্তে, ফত্তে" হায়ত্তুনা পাউথোক্লিবসি। অদুবু করিগুম্বদা ঐনা হৈনিঙলুবা তাঞ্জা থোক্ল-গম্থ,—কদাইনো নঙগী মকাত্থ ঐ পায়বিহৌরগে হায়রগা ক্লাস চংহনখিবম্থ

মক্তাওই,—মসি ঐখী য়াথঙদি, মুংঙাইনা লেনমিন্নবা পুন্সি হায়বত্নি হায়না লৌই।

সরকারগী থৌদোদা পুক্নিঙদা পেন্দবস্মু কয়াম্না থোকখি। স্কুল তোক্লু, শেন্দিয়ু,—না-ওইনা তাখিদে. ছাত্রগী হোল লৈত্রে শাবিয়ু, মতৌদি শাদ-শারদোংমকা মালহন্নি, মফমগী য়েংহুনা নাপ খন্দুনা চংখৎহন্নি! মতুগী মরা মথোল অমতা তাখিদবসিনা, ঈশিং সমুদ্রদা লৈতুম হুম্বংগা চপ মান্নখৎহন্নি। ছৌনবী ওইবমান্নে হায়দুনা ঐস্মু অনিরক অছুম্বক ওফিসতা চত্তুনা হায়জরম্মি অদুবু—শেল লৈগা, লৈতেগা, য়ার্ক প্রোগ্রামদা য়াওইগা-য়াওদেগা মথোয়গী মরেল ময়ামসি ভাব তাংকুহনা অচুম তোক্লু। অসোমদদি; স্কুল শেন্দিদে, হোল শাদিদে হায়দুনা ছাত্রশিংগী য়াথোক অমা ওইরক্লু, ঐস্মু তৌকম খঙলক্রবনিনা,—ইবেম্মহোয়, ঐগী শেনগাওদগী পুথোক্নুনা শাবা ওস্নপোত্তি নত্তবনিনা করি উপায়দি লৈবি! কয়ারক ইরে, কয়ারক চংলে মরোল ফাওল্রবনিনা নথোয়না অপাম্বা তৌবা তারে। মথংগী মুমিত্তদি ক্লাস চঙদবী ...... ষ্ট্রাইক.... । অঙাংশিংগী ইরাং থোক্লবা মতমদুদদি মকোক্নি হায়দুনা ঐবু কৌবীবক্লগা অকন্বা য়াঙাং ঙাংবিরক্লে,—"ওজান", করিগীনো অঙাংশিংবু ষ্ট্রাইক তৌহল্লিবা?" ঐস্মু অচুম্বদি মাঙহল্লিংদবনিনা খুম্বা তাখি,—করি, য়ানো, অঙাংনা হায়রিবা পুন্নমক লাল্লে, হায়না হেক্তা লৌবা য়াত্রা? মথোয়না হায়জরি-বসিদস্মু অচুম্বা য়াম্না য়াওরিনা, মথোয়না হায়জবশিংহুদি অমতা তাবিদবনিনা শাওরকপা হায়বসি মশানা তাবা নত্রা! অঙম্বা মৈ হৌনা শাউই হায়রক্লই;—ওজানা হেন্না ভাব তাবিখিদ্রেনে, সরকারগী সেনগাওদা শেল-লৈনলৈতে হায়বসি খঙবিদ্রে! অঙাংশিংনা লম হেল্লিবসি থামজিন-বিগেদি হায়বিক্রগা ওজানা হেন্না হিংদোকবিরেনে!" পুক্নিংদদি চপ চাবা পাউথুম পীনিংলম্মি, তৌম্মু তৌরোইদবদা করিগী মতৌ মালহল্লি-বক্নো। নথোয়গী য়োং তাংশিংহু লোয়না খঙনৈ। অদুবু অশোনবা খরা লৈন্নিবগী অত্তু হায়বা ওয়খিদে।

অমুন্না অফ-ফত্ত খরা, অৱা-মুংঙাই খরা, নিঙবা থুংবা অমসুং থুংদবা খরা য়ান্নৰুনা ঐগী চহী কুন্থ্রা খরা হেল্লকপগী পবক্কী পুন্সি লোইশিনখি। ইং কুমজা ১৯৮৪, জনুয়ারি তাং ১, ঐগী পুন্সিদা থোইদোক্লা কাউঙমদবা মুমিংনি। মুমিৎ অসিদা হল্লকখি ঐনা ইদোম তরক, পামখিদে কাইন পিরাং শিন্থবা, নিঙশিং খুদোল তম্নবা। লাকখি ঐনা তুম্মিন্না ইতোমর্তা থাদোক্লম্নগা ঐগী মতম কুইনা তিম্নজরক্লবা মরূপ মপাঙ পুন্নমক।

মীওইবগী পুন্সি মখল-মথেনগীনি,—অচিকপদসু মুংঙাই; অরাঙবসু পোথাই। অদুবু পুন্সিগী তাক্কক মতুং ইন্না ঐহাক হৌজিক চিক্লা পোথাজবা পান্নে, পুন্সিদা পাঙথোকচনিঙবা থবক খরা পাংথোকচনবগী মতম ফংজনসিনা হেন্না মুংঙাইজরে। ঐনা কায়নরবা মতুংদা ঐগী মরুপ-মপাঙশিংদগী মুংশি রাহৈ খরা তাজবা মসিমসু পুন্সিদা মহয় য়ানবনি লৌজে। থোইদোক্লা হেন্না মুংঙাইজরিবদি থবক্তগী পোথারগা লৈবাক্কী অমসুং সমাজগী খরতা ওইরবসু সেবা তৌবা ফংজবসিনি,— ঐ পোথাজরে, মুংঙাইজরে!

---

# লমন

য়াকচীংগী ঈংলবা অহিং অমদি, থোঙ থজিক্তুং ফাওবা কাঙথোকপা য়াদবা, উন পুবা মুংশিংনা উরু-রু শিংচিল্লকই, করিগুম্বা মতমদদি হিমালয় চীং মিঙথাইদুনা কীম্বরক্লব্রা থল্লি। খুঙ্গং মচা অমদা, তোঙ্গাউ অমস্তুং মাগী মুপী অমুসনা অনিনা মচা মুপা অনাবদু খুয়া লুখুম ফমদুনা লাইকম্মরি। লাইওং খঙদে, লাইশক খঙদে, অঙাংদু ফ্রন্‌স্ত্র হায়দুনা খাঙডি, মৈতৈ মাইবগী লাই-য়েংদি গুরে, থৌ তৌরে, হিদাক পীজরে, পুক শ্ূরে, অদুবু অনাবদুদি মমায় লৈদে।

অমরোমদা অহন অনিদুগীদি অঙাংসিনা মাঙখিবদা লোইরবনি, মরমদি মসিদগী হেম্না অঙাং অতৈ লৈজব্রবনি, মসিমু লাইথোঙ থুদিং গুরবা মতুংদা পোকচবনি। মরম অসিদগী ধারা মুৎখিগনি কিজবনা মমা মপা-অনিনা খুয়া লুখুম ফম-শেম্নজরিবনি। অমুক্তীনা মুমিৎ ওই, মুমিদাংগীনা থাঙ্গ ওই, মহাক্তবু য়েংজরগা, হিংজরিবনি মমা মপা অনিনা। অনিমক্কী আশা-ভর্শা ওইরবা মচাদুনা লাইশক লাই-ওং খঙদনা নারকপদুদ। অনিদু করি ওইফম থোক্লে! মমৈথংদা উপায় লৈরক্ত্রদুনা খুনগী ডাক্তর কৌবা তাখে্।

মতমদু নোংমাই য়োমিংচিং তৌরে, মী পূম্নমক য়াম্না ফুংঙাইনা ত্ূমথনবা মতম্নি। ঈ়বগী জাত্তি হায়দুনা কাম্নব্রবা মতমসিদা তোঙ্গাউ ঙবোং অমা ইম্নগা মথুক্তা চৈশ্ অমা পায়দুনা ডাক্তরগী ময়্মদা চৎখে্। তোঙ্গাউ, থোঙজিন্দা লেপ্তুনা থোঙদা তক-তক থীল্লি, কনাম্ থুম্নক্লে, অমুকম্ থৌদেম্মি কনা'মতা মু-মা হায়রক্লে। অরোইবা ওইনা থোঙদা কম্না থীল্লি, উচিন-নাচিম্না হন্দকমুক্তি মঙ্গুঙদগী পাউথুম্ অমা

লাকই;—"কনানো? করিগীনো? অহিং অথেঙবসিদা"! তোম্বাউ মাগী পাউথুম তাবদা, মহাক্কা পুন্থনা লাক্লিবা আশাহু থরদি কায়খি, অদুবু হায়দবদি য়াদবনিনা মখা তারকখি,—"ডাক্তর বাবু ঐহাক থুঙং অসিদা লৈজবা তোল্লবা অহল অমনি, ঐগী অমতা ঙাইজরবা ইচা-মুপাহু য়াম্না কন্না নারে, চানবিদুনা অমদি মুংশিবিদুনা ডাক্তর বাবুনা অমুক্তা লেঙবিয়ুনে।" ইমুঙদগী ডাক্তরনা খুম্নকই,—"য়ারোবিবা য়াদে ঐগীদি গাড়ীসু লৈজদে, অদুগীসু মথক্তা মতম অসিনগা কয়া ফত্তবনে, য়ারবদি অনাবহু মফম অসিদা পুব্রিরকউ নত্রগনা ঐহাক হায়েং অমুক ওইনা লাকচগে।" তোম্বাউ মরু-লুক্না ঊহাক রাখল তৌই, হায়রকই;—"অমুক্তদি থোজানবীযু, অনাবহু য়াম্না খুদোং থীরবনি, ঐহাক পাম্বে অমতা লৈজত্রদুনা ডাক্তর বাবুদা চংজরক্লসনি।" ডাক্তর মপুক্লিংদদি শাউরপ তৌই অদুবু অমুক খম্বরুবদা মুংঙাইত্রমাল্লে,-থোঙহু হাংদোক্লে, থোঙজিন্দা অহল অমা থক-থক নিক্তুনা লৈরম্বহু উবদা, থম্মোযদ, করিনো খরা ফাওখিবগুমদি তৌখি, ইমুংদা অমুক থুনা চঙখে। মাগী মুপীনা মঙোন্দা করিনো খরা শোম্বাংননা হায়খিবগুম তৌই, ডাক্তরহু থুনা মপান্দা অমুক থোরকখি অমম্বুং হায়খি,—"ঙসিদি থেঙমনদ্রে, হয়েং ওইনা লাক্লগে।" অম্নুম হায়রম্লগা থোঙহু লোনশিনদ্রে।

তোম্বাউ, নোং খাক্তনা বজ্র কোটিনা কোকথক্তা তাম্রে, অদুবু থরায়দংদি পেম্নবা হায়রম্মি,—"ডাক্তর, নহাকসু নচা পোক্লম্লবদি, মচাগী মৈচাক খঙলমগনি, ঐগীদি খাইদগীসু হেন্না লাইবকথীবনি, মরমদি ঐগী হায়বসি মহাক্না লোইজরবনি, অমুক পোক্লকনি হায়বগী আশাসু লৈত্রবনি, ঐগীদি মহাক অমা লৈত্রবদি থ'রা মুৎপা হায়বহু শোয়দ্রবনি, ডাক্তর নহাক্কী থম্মোয়দুনা মীনুংশি খঙলবদি, অমুক্তদি খম্বিবা য়া-বনি। ইচানা ডাক্তরবু কয়াগীমতিক খোয়াংনা ঙাইহৌবা, মহাক্না হংলগনা ঐনা করি খুম্বা! "মহাক্কী য়া পুম্নমক মহাক্না পেঙ্গদবগী ঙাংজবনি,

শ্যাউখুমদি কুনাদগীসু লাকখিদে। তোঞ্জাও, খেঙলবা অহিংবুদা, ইল্লকখি মতোমতা তরক্লা।

মচাগী নাহে মখোল তাগনি খল্লুবদা তোঞ্জাও ইমুঙদা চঙনিঙত্র-বনি, মপান্দা ভৈহাক লেপ্তুনা ব্রাখল তৌই। খোঙগী নাতৈ কাঙ-দুনা য়েংই, মমানা খুয়াদা ফমদুনা মখোঙ-মখুৎ নানবিরি, মচানা ভৈ-হাক্তুং ফাওবা পোথাবা ঙমদে। মমাদা অমুক্তুং য়েংলগা কৌরকখি,—ইমা......। মওঙদু উরুরগা তোঞ্জাউ চঙদবনা ফরব্রা অমুক খল্লি, অহন্নগা ওইশিল্লকপনে, লায়রবা ইমুঙগা ওইবনে, মায়কৈ খুদিং য়েং-লুবদা অরাংপগী অরাংপা ঙাক্তা। নারবস্ত ইনাকখুনবগী ইমুঙ ওইরবদি হিংনিংঙাই পান্থে খরদুম মরৈ, লায়রবা ইমুঙগীদি কদাই,—নাবু নারক্ল-বদি মতোমতা ফজরক্লগা ফজরে নত্রবদি শিবা নত্তনা অতৈ করিস্ন লৈতে, তোঞ্জাউগী ইমুঙদা তারিবা দযাস্নু মসিমক্লি! তোঞ্জাউ করিস্নু তৌনিং-ঙাই লৈতে, ইমুঙদা তপ্পা চঙলকই, মচাগী লুখুমদা তুমিল্লা ফমথরৈ। মপানা মচাগী মকোক্তা নানবি, মিৎলু অনিদগী পিগী ঈরাস্নু থিংবা ঙম-দনা শিন্থরি, মমানা মচাগী খুয়াদা ফমদুনা, মখোঙদু চৎখিগন্নু হায়বগী মতাঙুম কোন্দুনা থম্লি। মমানা ফনা খামজবনি, মপানা চেৎনা কোন-শিঞ্জবনি, অদুবু কনানস্নু খাম্বা য়াখিদ্রে, কান্তি অমুক হনগ্রে মপুগী খুয়াদা।

মচা কায়নরবা মতুংদা মখোয় অনিতগী ওইবা পুন্সিদু ওঙ্খোক্লা চিক্লা তরক-তরক লেল্লি। ইগী য়ুম মচাদুগী মমুঙদা মখোয় অনিদগী হেন্না অতোপ্পা জীব অমা লৈত্রবনি। মুমিদাংগী চরা চারগা ফুঙ্গা রাংমা-রাংমা ফম্মিন্নদুনা অরা-মুংঙাইগী রারী ভৈহাক তৌরগা ফমুঙদা চঙনৈ। অস্নুম্না কুমজা অনি-অহুম লেল্লক্লবনি।

মুমিদাংব্রাইরম অমদি, তোঞ্জাউ অস্নুম কোয়থোক্লবদা পাও অমা তারকই,—খুনগী ডাক্তরদুগী মচামুপাদু লিম্না চিক্তুনা কম্না লায়কল্লরি।

লিনগী মাইবা কয়াশমু কৌরম্ননা য়েংনরি, অমুবু কপৎলকপগী য়াদি কয়া তাদে। তোম্বাউ পাউসি তাবদা নিঙশিংলকখি নোংমগী য়ারিমু, থম্মোয়দা ঙাওখি মপা ওইবনা মচাগী দময়ক য়াবা অমমুং মুংশিবা। তোম্বাউ থুনময়ক ময়ুমদা হল্লকখি। মুমিদাংগী চাক চারগা মখোয় অনি ফুঙ্গা য়াংমা-য়াংমা ফমদুনা য়ারি-য়াতায় খরা তৌনৈ অদুবু তোম্বাউদি য়ারিদুদা থোইনা পুক্লিং চঙলুদে অতোপ্পা য়াংখল অমদা লুপ্পগম তৌই। ফুঙ্গা ময়াদা ফমদুনা হিদাক্তু হাল্ল-হৈদোক্লা তৌদুনা লৈরে। মতৌদু উবদা অমুসনানা মুম্না য়েংলগা হায়রকই,—করিনো তৌরিদুবো।

কৈস্থ তৌদেনা।

হিদাক্তু লোইরনিনে, নোংঙান ফাওবা চৎনররোই।

তোক্লগে-তোক্লগে, তূম্মুরোদনা নহাকস্থ।

ঐবুদি তুম্মুরনি, নহাক্তিনা?

ঐস্থ তূম্ননিনা।

অম্মুম্না অনিদু অওক-অথোং খরা তৌনরবা মতুংদা ফমুঙদা চঙনখ্রে। তোম্বাউ তুম্না যাদে খল্লি,—"ঐবু ৎেশিবা, চংকনুসিবা! ঐনা কবিগুম্বা কনবিবা ওল্লবদি মহাক কয়া য়াম্না হরাওগনি।" অমুকস্থ নিঙশিংলকই মহাক্কী হে়খিবা মরমচত্তো, থংনবা মিকুপ্তা অমুক হায়জে মতোমতা,—হে! নত্তে, নত্তে, লাল্লে, য়াখন্দো লাল্লে,—মহাক মপানি মচাবু শোয়দনা মুংশিরমগনি, কনবিরুবনা চুম্মি।" তোম্বাউ ফমুঙদগী হৌগৎলগা মপান থোকখিবগী শউম ফংবগম তৌদুনা অমুসনা-না হায়রকই,—"কদাইদনো হৌজিকপু অমুক ঈংঙবা মতমসিদা?" "কৈস্থ চৎলোই,, মপাল থোকউগে তৌবনি," অম্মুম্না খুম্লগা তোম্বাউ অমুক হঞ্জিল্লকুনা হিপখ্রে, তুম্না য়াদে হৌগৎলগা মহাক্কী কোয়েৎ অমমুং চৈস্থ লৌরগা মপাল থোকখ্রে। অমুসনা-না হংই,—"কদাইদা চৎকদৌরিবনো?"

"ডাক্তরগী মচা লিন্না চিক্নুনা শিগদৌরে হায়, ঐ অমুক্তা চৎলুখিগে," হায়রম্নগা থোকপ্রে।

ডাক্তরগী ইমুঙত্ পুন্নাঙ লাঙডি, লিনগী অমাইবা অমাইবীনা পিক থল্লি, মানা মানা হৈবা মহৈ-মশিং পুথে কুনা হোৎনৈ, নারিবা অঙাংতুনা য়ামপ ক তাত্নুনা লৈরি। মাইবশিংনা হিদাক-লাংথক, মন্ত্র-জন্ত্র কয়া কামত্নুনা য়েংই, অত্নবু 'লঙ:দ। মাইবশিংনা য়েংবা লোইরবা মতুংদা তোঞ্জাউনা তপ্পা চঙশিল্লগা অঙাংতুগী মিহুল পায়ত্নুনা য়েংই। মহাক্কী খঙজবি অমা লৈবগুম, মঙোন্দা থাজবা অমদি পোকই। মহাক্কী হিদাক খাউদগী হিদাক অমা লোথোক্লগা লিন্না চিকখিবা মফমত্নুদা থোম্মি, খোইদোদা মখুত্তু তপ্পা থম্মি, মিহুল য়েংই। ময়াম পুন্নমক মঙোন্দা মিৎ অমতা ওইনা য়েংনৈ। ডাক্তরনা হায়রকই,—"ওজা মাই-বা, থরায় য়াওনা অমুক্তা য়েংবিয়ু, মহাকসি ঐগী ইচা অহল্লি।" ডাক্তর-গী মুপিনা অমুক হায়জে,—"ওজা মাইবা, নখোঙ পায়ত্নুনা থুরুমজরি, ইচাগী মথ্বায়সি অমুক্তদি কনবীয়ু।" মখোয়না হায়বা অমতা তাদনা মাইবনা অঙাংতুগী খোইদৌ মিহুন্দা মনাকোং থম্নগা মুন্না তারম্মি। অম্নুন্না পুং অমরোম লাক্লরবা মতুংদা,—"য়ারগনি হৌজিক্তি, করিম্নু চিং-নিংঙাই লৈত্রে," হায়রকই।

ডাক্তর বাবু অমসুং মহাক্কী মুপী অনিনা হরাওমনখিত্নুনা, ওজা মাইববু হল্লা হল্লা থাগৎখি। মতুংদা ডাক্তরনা মচাগী মনাক্তা চঙত্নুনা মিহুন পায়ত্নুনা য়েংখি, থোইদোক্লা অকায়বা লৈত্রে, ঈংলম্বা মশাক্তসু শাগৎখ্রে। তোঞ্জাউ খরা লাপ্লপ্পা ফমত্নুনা য়েংই, ডাক্তরনা হংলকই,—ওজা মাইববু কদাইদগী ওইরবনো? তোঞ্জাউনা তপ্পা থুমখি,—ঐহাক থুল অসিগী চিদাইদা লৈজবনি, ডাক্তরগী অঙাং লিন্না চিক্লে তাবদা ঐনা অঙম্বা মতেং খরদং পীবা ওম্মা য়েংগে লাকচবনি, হৌজিক্তি ঈশ্বরনা থৌজানবিরে, য়াম্না মুংঙাইক্লরে, ইচাইবুংঙোসি কুইনা পুন্সিবা

গুইসন্থু।" অস্নুম হায়রম্লগা তোঙ্গাউ চৈও পায়ত্ন্না চংখ্রে। মাইবা চংগ্রবা মতুংদা ডাক্তর, অঙ্গিংত্নগী থৌদোক্তু থগুনিগু নিগুশিংলকখি অমস্থং মহাক্কী অপিকপা পুকচেল অত্নগীদমক মশা মতোমতা নিন্দা তৌজখি।

---

# "এবু য়াম্থংপিগনু"

চাউবা অমসুং তোম্বা অনিসি মতম কুইনা য়ুম্নোম্নবা ওইনা লাক্লি। নোংমতসু চীন্দা পাউদাননা খংনদে। লৈত-লায়র তাথোক-তাশিন তৌদুনা অমনা অমগী মতেং পা নদুনা, য়াম্না পূকচেল খোইজেল তিম্ননা হিংমিন্নে। মখোয় অনি মচা মুপা অমমম, মুপীনা চাউবগীনা অনি অদুগা তোম্বগীনা অহুম্লি।

নোংমদি চাউবগী মচানুপা ব্রোজেন্না হায়,—"বাজি, ঐখোয়গী কাবক্তা হৌরিবা হৈক্রেং, পাম্বীসি য়াম্থংলসিনা, করি কান্নগনি, মহয়সু চবা য়াদে, মপানসু চাবা য়াদে, অরেম্বদা মনা কেল্লক্কুনা ব্রাইনা চাইরিবা, উরুম্না লাংলিবা, কান্নদে মসি য়াম্থংপনা ফরে।" মপানা তপ্না খুমখি,—ইবুংঙো, অদুবু মসিগী হৈক্রেং পাম্বীসি কুইরবনি লাই-ওইরবনি, অদুগীসু মথক্তা নখুড়া তোম্বগা ঐখোয়গা অনিগী মরক লোন্নবসিদা হোবন্নিনা মখোয়গী ব্রা অমসু তাদবা য়াদ্রি।" ব্রোজেন, য়াম্না শাওগনবা পখংনি, মপাগী অসিগুম্বা হৌন-লোনচং য়াওবা ব্রা-ঙাংসিদা ফ্রং কাপ্পি হায়রকই,—হেরা, বাজি অদুক পাঙদবা মওংদু কহিগী উংকদৌরিবনে! করিসু কান্নদবা উ পাম্বীসিবু কোক য়াম্থংলগা লোইরে! "মদু হেক য়াদ্রিনে ইবুংঙো, ইপা-ইপু হাক্তক্তগী কায়নবক্রবা নখুড়ানিদো অদুগীসু মথক্তা উজাউ অসিমা লৈবসিনা ইঙ্খোনগী সিমানা অসিমু লেঙদনা লৈরিবনি, অদুনা নখুড়াগী মত অদুক হুংখিবা তারি।" মপাগী ব্রাসি ব্রোজেন য়াদি-য়ানিঙদে অদুবু অহনগী মরানিনা খরদি ঙাইখিবা তাখি।

মুমিৎ খরনিগী মতুংদনি, নোংমদি চাউবনা তোম্বগী পূক্লিঙ য়েংগে হায়দুনা হায়রম্মি,—ইবুঙো, হৌজিকসি লম্নগা চিন্নরকপনে, উগী

মনানগা চাইবনে, অদুগী মথক্তা উরমস্থু লাংদুনতা লৈয়র্বদ্রিনা, মসিগী হৈজ্রেংসিবু য়াম্থৎলসি হায়ববু ইনাওনা করি খনখগে ? তোম্বা, হৈছাক রাখল তৌরগা তপ্পা হায়রকই, "করিম্বুদি থোইদোক্লে, অদুদা ইপা-ইপু কয়াগী হাক্তক্তগী লৈরক্লবা উ পাম্বীনিদো, মৈতৈ রাহৈদা হায়রগা, "লাই-ওইরবা" পাম্বী হায়বত্নিদো, মসি য়াম্থৎলুরগা অক-ফত্ত ফলনা করি লাকনি হায়বস্থু খণ্ডবা ওমদে, অদুনা অখণ্ড-অহৈ, অহল-লমন্দা তাম্নরগা হংনরগা তৌবনা ফবোইদ্রা।"

তোম্বগী মচামুপা বাজেনস্থু ঙাংনবিবা রাফমসি মুন্না তায়, মহাক-স্থু খল্লি,—উ অমা হৌবা হায়বসিদি কৈনা, থোইদোক্না কায়দেনা, মসিদা মখোয়না য়াম্থৎলসি হায়দনা অস্থুক কম্না তকশিল্লক্লিবসি করিগী-নো ? উনা ভারক্লবস্থু মখোয়বোমদা ভাবনা মখোয়না শিৎলি, ঐখোয়-রোমদা তাবনা ঐখোয়না শিৎলি, মখোয়না রাবস্থু নত্তে, করিগীনো মখোয়না য়াম্থৎলসি হায়রিসিবু ! মসি কনাগুম্বগী থৌ-ইনশিন তমা শোয়দনা য়াওরম্বা তাই।" রাজেনস্থু রাফমসিদা থরায় য়াওবা খরা হেঞ্জিল্লক্লে মপাদা হংই,—"বাবা, উ পাম্বীসি হৌজববু করি তৌবগে, ঐখোয়না মচিঞ্জাক থাক্লবস্থু নত্তে, নত্রগা মসিনা ঐখোয়দা য়াম্না থী-না অকায়বা পীবস্থু নত্তে !" মপানা খুম্নকখি,—মহুনিনে ইবুংঙো, ইপা-না খল্লিবস্থু, অস্থুক মুংশিন্রবা উ পাম্বীশিবু য়াম্থৎসি হায়রিসিবু করিগী-নো হায়দনা ওক্লিবনি !" রাজেন্না শোম্থাংননা শোনখি,—মহোয়গী তামো ব্রোজেন্দ্র, হৌজিক মতমসিদা করিনো'মা তৌরে হায়বনি, অদুনা মহাক্না য়ানিওদবা খরা লৈরম্নগনি।" তোম্বনা মচাবু অস্থুম্না থেমজিন-খি,—অমবু ওইরবস্থু, অমবু ওইস্নবস্থু, ইবুংঙো খৎন-চৈনবগী থবকশি তৌবা যাদেকো; নিংথিনা ঙাংনরগা লোইরে।"

চাউবহোরম্বী ইমুণ্ডদদি, মসিগী রাফমসি চাউরবা রাথোক অমগুম-শ্রে, কনাগী মচা মুপা মুপী পুম্নমক য়ৌ-য়ৌ......মখোয়না হায়রগা

য়াম্রা, 'য়াম্থৎলু 'করিগী মখোয়না উশিন্তনা পঙহাম্ব হায়বা য়াম্রা, ঐখোয়না মখোয়বু করিস্থ উশিন্তে, ফুজিল্লগা লোইরে·········অসিনচিংবা খৎনবা ফুনবগী রাতনা ইমুঙত্থ পুমথন থনগ্রে। তোম্বহোয়গী ইমুঙলোমদনা করম্না তাইশিন্নসিপে হায়বসিনি।

করিস্থ লৈতবা রাকমসিগীদমক ব্রোজেন, নোংমা নোংমগী শাউবা অস্থম হেঙ্গৎলকই। মুমিৎ খুদিংগী শুমাঙদা মাঙ্গান্দা হেক্তা লাউবকই,—উ পাম্বীসি মুংশিদবনা লোইরে, নোংমদি ঐনা শোয়দনা য়াম্থৎলগনি, ঐনা য়াম্থৎপদা কনানো থিংলগদবা! অসিনচিংবা..   । রাজেনস্থ চাউবদি মাম্নরবনি অদুবু মহাক্না মী খরা কবা নত্রগা ভাব তাবা হায়গদ্রা, থোইদোক্না মহাক্না মাম্নগে হায়বগী রাখল থল্লুদে। ব্রোজেনগা মান্নরম্নবদি নহাম্না অমা নত্রগা অমদি শিনবা য়ারবনি। রাজেন মতোমদস্থ নত্তে, মখোয়গী ইমুঙগী মী অম্নাম্না ব্রোজেনহোয়গী ইমুঙদা য়েংথৌবা মিৎ-য়েংনা খক য়েংদে। অহানবদদি মহোয়গী ইমুঙনা ব্রোজেনবু খামজিন্দুনা লাক্লম্বনি অদুবু হৌজিক্তি মহাক্না শাউবনা অস্থম হেঙ্গৎলকপা অসিদা মখোয়স্থ মাগী মতুং ইনবনা ফরবরা খনবদগী ব্রোজেনগী অশাউবদা য়াওগ্রে।

মুমিৎ থরনিগী মতু দনি, অয়ুক অঙনবা অমদা ব্রোজেন, শীংজঙ অমা পায়দুনা হৈক্রেং মখোঙদা চঙশিল্লক্লে। মতম অদুদা রাজেনস্থ শুমাঙ রাই শিন্দুনা লৈরম্মি। ব্রোজেনগী অদুগুম্বা য়াম্না উশিৎ-থৌওইদবগী মতৌদু উবদা রাজেন মপুক্লিঙদা হাইফেৎ রারৌগ্রে খনগ্রে,—"হেরা মহাক্না মুপারা; মহাক্না তৌবা ঙম্‌্রা, ঐখোয়স্থ মী-নিনা, মুপাগী থৌনা, মীগী রাখল শুনা য়াওরি, ঐখোয়স্থ শুৎলায় পায়বা হৈ, মাতনা পায়বা হৈবা নত্তে", অম্মুম্না খল্লগা রাজেনস্থ ইমুঙদা প্রপপ্রপ চেনশিনখ্রগা শীংজঙ অমা পায়দুনা চেম্থোরক্লে। মদু উবদা মপা তোম্বনা,—তৌরিসি করিনো মাঙবা তারে," হায়দুনা মচাগী মতুং

ইন্দুনা চেঙ্খোরক্লগা মখ্বাও কোন্দুনা খাম্লরে,—"নঙ্গে ইবুংঙো, মচুম্না তৌবা হৌনদে, মীগী মমাঙদা ইকাইদ্রা। লৈকায় পাল্লি, খুন পাল্লি, অচুম-অরাল পুম্নমক মখোয়না বিচার তৌগনি।" রাজেন পুক্লিঙদদি য়ানিঙদে অদুবু মপানা খাম্বদগী, মীগী মমাঙদা লম্ব হেনবা তারগনি খন্দুনা নেমথখ্রে। তোম্বনা ব্রোজেন্দা অমুক খামজিল্লরে, ইবুংঙো, খংন-চনবা হায়বসি য়াম্না ফত্তবা থবক্নি, মহাক্তসু ঐখোয়না হায়বসি য়ানিঙদ্রবনিনা, খুনগী অহল-লমন কৌরগা মখোয়গী বিচার অমতংদি তাকনা চুপ্প্রা, অদুগী মতুংদা য়ানিঙলবসু-য়ানিঙদ্রবসু থবক মখা চথবনা চুমগনি খল্লি। মত ফাওবা ব্রোজেনদি কয়া য়ানিঙদে অদুবু মপা অমসুং ইমুংগী মীশিংনা খরা খামজিনবদগী মহাকসু খরদি নেমথখ্রে।

হায়নবা মতুংইন্না তোম্বনা খুনগী মচীন চৎপা অহল-লমন খরা কৌরুরে, মখোয়গী শুমাঙদা তিল্লরে। খাইগীমকোক অহন্দুনা মখোয়না খংনরিবা রাফমচুগী মরীদা মুন্না তারগা, অতৈ খুনগী মীওইশিংদুদা মখোয়গী মত হংলম্মি। ময়াম্না খন্নরবা মতুংদা অস্তুম্না লেপ্লম্মি,— মায়কৈ অনিমক্কী রাসি তারগা ঐখোয়না খঙলে মতুদি পাটি অমনা উ য়াম্বৎপা পাম্মি, — রাই চাইবদগী অমদি উরুম লাংবগী মরীদা অদুগা অমনা য়াম্বৎপা পামদে মতম কুইনা লৈমিন্নরক্রবা অমসুং মীহৌরোল কয়াদগী হিংমিন্নরক্রবনি হায়দুনা। অনিমক্কী অচুম্বা মরম অদুম্মক মরৈনৈ অদুবু ঐখোয়গী মত ওইনা পীবা তারবদি,—য়াম্বৎতবনা ফগনি।" মসিমক তাবদা ব্রোজেন মমিৎ লংখংলকই, খুমগে তৌরকই, অহল অমনা খাম্মি। অহল মকোক্তুনা মখা তারকই,—হৌজিক্কী মতমদা উ পাম্বী য়োকখৎপা হায়বসি, লৈবাক্কী ওইনা য়াম্না মরু ওইবা অমনি হায়না লৌনরবনি। থাইন মমাংঙৈদদি ইখোলদগী উ য়ান্দুনা শীং থানরম্মি, চীং-মান অমসুং উমঙ রাম্ভঙদগী উ য়ান্দুনসু শীং থানরম্মি, অরেংবদসু মাঙহল্লম্মি, অদুবু হৌজিক্কি মতু য়াদ্রে, "উ পাম্বী অমা য়াম্বৎলগা

অনি থাজিল্লু",, হায়বা খোল্লাউ অমা খোরল্লবনি, মসিগী মরমস্থু মতিকচানা লৈতবা নত্তে।

অতোপ্পা অহল অমনা মখা শমথরকই;—উ য়াম্বৎপা য়াদে হায়রিবসিগী অতোপ্পা মরম কয়ামরুমস্থু লৈরি, খরা মরু ওইবশিংদি হৌজিক্কী মতমসিদা মী-শীংসি য়াম্না হেঙ্গৎলক্লি, মী-শীং হেঙ্গৎলকপা মতুং ইন্না লম যোৎপা, লৈকম চিন্নকপা; মুংশিং অশেংবা ফংলক্তবা, অসিনচিংবা হকচাংদা অকায়বা থোকপা য়াবগা লোয়ননা অনাবা মখল কয়াস্থু পোরকপা য়াই। খাইদগী মরু ওইরিবদি অশেংবা মুংশিং ফংদবসিনি। উ পাম্বীনা কাম্নবনা উনাশিংনা মুংশিং শেংদোকই অমসুং হকচাংদা য়ৈবদা হকচাংসি তেকখৎহল্লি অমসুং অশেংবা মুংশিংনা হকচাংবু লায়না তীন্না কয়াদগী কল্লি। মরম অসিদগী উ পাম্বী হৌবা অমসুং থাবা ফৈ হায়নরিবনি, অত্তুনা হৌরিবা অচৌবা হৈক্রেং পাম্বীসি য়াম্বৎপগী মহুত্তা, হার অফবা হাপচিন্দুনা হেনা পুন্সিনবা অমসুং ফনবা তৌবনা চুম্মি।

ব্রোজেনগী রাফমশি কনা-নস্থু শোগত্রবদা, মহাক খোয়দৌ শাউগৎলি অমসুং ইমুঙদা থুনা য়াঙনা চঙখ্রে। চাউবা অমসুং তোম্বা অনিমক খুনগী অহনশিংগী রাইনি, অত্তুগী মথক্তা অফবা রাফম্নিনা করিস্থু য়েংথনিংঙাই লৈতে। অমরোমদা রাজেন্দি অহনশিংগী রাইদা য়াম্না মুংঙাইবা পোকচৈ, ব্রোজেন্দি মপুক মনুঙদা শীংনবা তোক্ত্রি,—"খঙনি, নোং ঙাল্লমদাইদা হৌগৎলগা য়াম্বৎকে, কনা-না করি তৌবা ঙম্বগে য়েংগে।"

ব্রোজেন, য়াম্না মুংঙাইতনা শাওনিঙ শাওনিংনা তুমথখি হেক তুমথবগা মশক মতৌ ফজরবী লাইরেম্বীগী শক্তম লৌরবী মুপী অমা মমাঙদা চপ হেক লেপ্লরে। ব্রোজেন ঙকপোই করিবোই হংখি,—"নহাক কনানো? মুপীত্থনা নোকফেৎ তৌনা খুমখি,—"ঐহাক বনগী

লাইরেম্বী হায়রবীহুনি।" "নহাক কয়ি তৌবা লাকপনো ?" ব্রোজেন্দ্র মথা তানা হংখি। "ঐহাক নহাক্তা উম্নবা লাকপনি," "কয়িগী ?" ঐ ব্রা খরা হায়রগে তাও.—নহাক্তা কয়িগী ঐগী ইচানুপা অহল, হৈক্রেং পান্বীসি য়াম্বুৎলগে হায়না খল্লিবনো, মহাক্তা নখোয়দা পীরিবা ক'ন্নবহু নহাক্তা কয়ি'মতা খঙ্গে। ম্রেংউ, মুংশা শারবা মতমদা মহাক্তা নখোয়দা উরুম পীরি. মুংশিৎ পীহুনা ঈংহল্লি, মশা থাহুনা শীং ওইনা থানরি। মহাক্তদি নখোয়দা কান্নবা কয়ামরুম তৌবিরি, অতুগা নখোয়না তৌবি-মল উৎপগী মহুত্তা হাৎপিগে তৌরি। তাইবং-মী নখোয়গী অসি-গুম্বা হৌন-খঙদবা লমচৎ অসিমক্তনা, নখোয়না অরাবা কয়া নংলি-বনি। নঙগী নরান পুন্নমক কোক্কে হায়রবদি হয়েং নোং হেক ঙান-বগা উ মখোঙসিদা ধুপ-থাউমৈ থাহুনা লাল্লে হায়না খুরুমজো, অতু ওইরবদি নহাকপু ঙাকপিগনি।" অমুম হায়রম্নগা লাইরেম্বীহু মাঙখ্রে।

ব্রোজেন মিকপ খংখোক খোকই, মঙলা তাইবংলা হায়কম খঙদে। মপা হৌদোক্তনা ব্রা পুন্নমক তাম্ন। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপ-দা মপা-মচা অনিমা হৈক্রেং মখোঙহু য়াই তৈথোক্লগা ধুপ থাউমৈ থাহনা পুজা কৎখ্রে অমম্মুং মরাল ঙাকপিয়ু হায়জখ্রে। তজ্ঞাহুদা অথাপ্পদগী খোঙ্গেল অমনা লাউরকই,—"হে! অপঙবা ঐবু য়াম্বুৎকম্নু, ঐদি তাইবং মী নখোয়গীতা মুংঙাইনবা তৌবনি, ঐবু য়াম্বুৎলগা নখোয়-গী মুংঙাইবগী মহুত্তা অরাবা ওইগনি।" ব্রোজেন মপা মচামক মুমিৎ অতুদগী হৌনা হৈক্রেং পান্বীহু মুমিৎ খুদিংগী ধুপ-থাউমৈ থাহুনা পুজা তৌবা হৌখ্রে।

---

# "অমম্বা সংসার"

ঐদি অম্ম্বা খল্ল্দবনি, চুন্নতা রা অমা'নি ঙাংনগদবগী ওইরবোই নিঙথি, অহুগদি জেললোমদা অহুম থাজিনবিরে। ওঙ্খোকপনি! অহানবগীহুদি য়াম্না হৈনদে,—কা অমদা ইতোমতা লৈহল্লগা মপাল্লোমদা থোঙ লোন শিন্দুনা থম্বিরম্মি। ঐনা খনখি,—তেনরা. মোংনা. চোঙামু্বি, অসিনচিংবা উচেকশিং অসিনা পোন মমুঙদা মখোঙ পুনশিন্দুনা থম্বিরগা, পাইনিঙবগী রাখন্দা মখোঙদা থাংলিবা জিঞ্জ্রহু ময়ানা চিকথৎলিবহু, মসিনা ওইবা তাই। খল্লি ইতোমতা অমম্বা কাহুগী মমুঙদা ফম্নগা। কাহু অম্মকী মতিক মম্মি মহুদি মমুঙহুদা মুমিংকী মঙাল চঙফম লৈতে নত্রগা থাজগী থাবল লিংপিনফম লেতে,—মতম পুম্বদা মমহুনা অহুম লৈবনি। "মুপী দফাদার"নি হায়নৈ চুম্বা লানত্রা খঙদে, মখোয় অনি অয়ুক মুংথিল অনি শিল্লেন-শিঞ্জিন তৌনৈ অহুবু ঐদি শিনবম্মু য়াদবনিনা কাহুগী মমুঙদা অহুম লৈবা তাখি। কাহু মপান্দগী শো লোনশিল্লি, মখোয়গী দরকার লৈরগা হাংবনি। শো পায়রিবা মুপাহু মখোয়নদি, "ওন্দার সাব" কোই. করি হায়রিবনো খঙদে। মুপী অনিহু ফাদোক শঙলিবনি. অহিং লেক্লিবা মুপীহুনা অয়ুকী শিনগদবা মুপীহু লাক্রি ফাওবদি চৎপা য়াদে। অদুনা শিনগদৌরিবা মীহু খরা থেঙনা লাক্লবদি চৎকদৌরিবা মীহু য়াম্না শাঙই, মতোমতা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈফম চাফম খঙদে, অয়েবা ঐ ফাওবা লৈফম খঙদে।

কৈঙম শঙগী রাশিদি খল্লবদা তু চুংদবা ঙমদে। কাহুগী মমুঙদা দফাদার মুপীহুগা ঐগা অনিসিদি শোয়ত্রবনি। মরক মরক্তা মুপী অমা'নি চঙলকপম্মু ময়াওই, মখোয়হু কুইনা লৈতে, নোংঙাল্লগা হেক মখোকখি। ঐনা খনবদা মখোয়সি অচৌবা মরালগী ওইরম্লোই খল্লি।

থবক্তি শুদে অতুনা মতম লেনবা য়াম্না রায়। ঐগী হায়ববু নোং ভাল্লগা ফমুঙদগী হেৌগংলগা, ঐগী লুখুম্নগী মিহুৎথোঙগী বারহু পায়তুনা ফম্বনি। করিগুম্বদমু চা-কপ অমগী রা নিঙশিংলুব্রে, মিহুৎথোঙহুদা ফমতুনা, রাংলবা কৌবল্যা পাম্বীশিংহু য়েংলগা, মিংনা উরিবা মখে মশীং থৌবা, লোইরগা অমুক লেপ্পিবা—সম্ভ্রীদা য়েংবা অসিনি। তুমতুনতা লৈরবনিনা তুমনিঙবমু ফাওব্রে, তুম্বগী মুংঙাইবমু লৈব্রে। ঐনা খল্লিবা হায়নবু,—করিগীনো, ঐসিবু অমুক রানা থম্লিগসিবু? ঐবু মীগী মপোৎ হুরাল্লুবমু নত্তে, মীগা থৎনা-চৈনরুবমু লৈতে, করিগীনো ঐবু অমুক চেকশিন্না থম্লিসিবু! চেজেৎ অমগীদমক অমুক চাউবা দণ্ডি, মতুমু অওইবরা ওইদবরা খঙদে। মখোয়গী রাখল্দি ঐসি রাজনীতি য়াওই,—অসিনি। অতুবু ঐনা য়াওরুব্রিবা রাজনীতি অতুদি মনাক নক্লবদনি, মহাও য়েংলুবতনি। তশেংনা রাজনীতিদা মথরায় লুপচরবা কাঙবুহুদি কয়া য়াম্না রারমগনি!

মতম অহুদদি ঐহাক ভাব কয়া তাখিদে, হৌজিক্কা ভাব তারক্লবা মতমসিদা নিংঙমদবা কয়া পোক্লকই। মতমহুদা ঐনা ভাব তারম্লবদি পুন্সিগী রামায়ন, মহাভারত কয়া থোক্লম্বা য়াবনি নত্রগা মতমহুগী লৈঙাক শাসন্না মী অমগী পুন্সিবু মতৌ করম্না মাঙহনবগে হায়বসি। মীওইবগী পুন্সিবু শাম-পোৎকুম থলম্বা মতমহুগী শাসন্না মী কয়াবু মাঙহনখিবা থল্লুবদা তু-জুংই। অতুবু খ্বাইদগী লুব্রিবদি চেজেৎ অমা কাওবা ফংখিদে, অচৌ-অশাঙদা রাকৎনবা। অতুগা অঙকপা অমনা, মতমহুগী কৈদি-দি মথল থায়দোক্কে, পুম্নমক কা-অমদা পুল্লপ্পি,—অঙাওবা, হুরানবা, মীহাৎপা, রাজনীতিরালা, পুল্লপ্পা মফম অমদা থমজিনবনি। মসিনা মী অমগী রাথল লোইনা মাঙহনবনি। ঐমু অমুক্তি অঙাওবী অমগা লৈমিন্নখি অতুবু মহাক্তি মীঙোন্দা থোইনা অকায়বা তৌবা নত্তবনিনা অকায়বা করিমু থোকখিদে।

করিগুম্বা মতম্দশু ওন্দার সাবনা মপানগী 'থাঙজাওহ্নু হেক হাংদোরকপসু য়াওই, মহুদা ঐ হৈরাওবসু পোকখি মরমদি অঙানবা সংসার উগদোরমান্নে খল্লবা; অহুবু চঙলকপদদি অফিসার অমগা লোয়ননা চঙ্মিনরকই, হংই,—"করি পাম্বি, করি হায়নিংঙি," অসিন-চিংবা খল্লা। ঐসু মখোয়না হায়বগী মতুং ইল্লা করি করিনো খরদি মহায়. অহুবু মহু মহায়না হায়বহুনি, কনাসু তাবিবা নত্তে। অহুনা ঐনা হায়নিঙলিবা, ঙাংনিঙলিবা পুম্নমক্তু পুক্লিঙদা ইতোমতা হায়জরগা, ঙাংজরগা পেঞ্জবা তাবনি। হৌজিকসু খল্লবদা ইতোমতা ঙক্কেবা ঙমদে,—মতম অহুগী লৈবাক শাসনগী মওংহুগা হৌজিক্কী ওইরিবসি-গা! তৌবগীবুদি মতমহু লংদাই সরকারগী মতম ওইবনা তঙ তাবা মতম অমা ওইদবদগী ওইরবসু য়াই মরমদি মতম অহ্ ফাওবা মলেছ লৈরি। হৌজিক মতমগী কৈদিশিংগা মতমহুগীগা চাংদম্নরুরবদি কয়া-গীমতিক খেন্নখ্রবনা। মতম অহুগী কৈদী অমগী অধিকারদি নোংমদা চরা অনিদং, মহুসু শিদনবা। মুমিৎ খুদিংগী চাক-এঞ্জাং পুখম-তেঙ্গোৎ চপ মান্নে, খেন্নবা অমতং হায়ববু মুমিৎ তরেৎনিগী মনুঙদা ঙাহিংনা য়োম্নবা ঙা খোংবা অমুক্তং পীজবনি। হৌজিক্তি কৈদীশিংসু ভারতকী নাগরিক অমা ওইবগী অধিকার খরমখৈদি ফংলে হায়বা য়ারে।

ঐহাক রা ঙাংবসিদা খরায় খরা য়াওজে অহুগা হৈবসু খরা হৈ হায়বা তাই। ঐনা খাইদগী মুংঙাইজরিবসি ঐনা রা ঙাংবদা ময়ায়া খরায় য়াওনা তাবিবা অমমুং মুংঙাইবা ক্ষোংদোকপা ওইনা মরক-মরক্তা খুবাক খুবিরকপসিনি। রাজনীতি য়াওবগী হাকম ঙাক্তা নহুনা সভা তিননা চংপা হায়বসি ঐঙোন্দা পামজবা অমা ওইনা তৌই, হৌজিক ফাওবসু চথরি। অমুহা মিচিং খুদিংগী মুপীশিংগী অর্থীক অমনুং সমাজিক ফিভমগী মরমদা ঙাংরসিদা ঐসি সরকারগী মন্ত্রি য়ায়া খুদোংথীনিংঙাই ওইরবা মী অমনি হায়না লৌবিহুনা ফারিবা

ওইরমাল্লে, ঐদি মতুমক্তি নত্তে, করিগুম্বা মতমদা ঐনা লৈবাকী মাঙ-ননবা খনখিবা অমত্তা লৈখিদে, মছত্তা চাওখৎপা তামস্নুং মুংঙাইবা লৈবাক অমা ওইহন্নবদি খনখি। অতুবু লাইবকথৗবদি ঐগী ইমুংগী ফিভম্মা য়াদবদগী ঐগী পামজবা পুন্নমক থাদোক্তুনা পুন্সি হিংনবগী লানকমদা চঙবা তাখি।

অমম্বা সংসার হায়বসিমক অচুম্বনি,—মফম তসিদা মপানগী ঈ-পাউ অমতা তাবা লৈতে; "ওন্দার শাব" কা দফাদার মুপী অনিহুগা শগাই মথক্তা লেপ্লিবা সন্ত্রীহুগা, মখোয়শিং অসিনা লোইরে। মহৌ-শাগী ফজবদা কৌবিল্যা পরেংগী জগোই; নিংথম থাদা লৈচিলগী মপৈ, করিগুম্বা মতমদা চাকথুমগী এঙ্গাওগী মনম,মচুনা লোইরে। অতুবু পুন্নমক হৌজিক্তি ঐহাক হৈনরক্লে মরমদি চহী অমরোম মফম অসিদা, কা-অসিদা লৈরক্লবনিনা। অহানবদদি থোক্লিঙবগী রাখল অমসু য়াম্মা কম্মা লৈরম্মি, অতুবু হৌজিক্তি মতুম্ম মাঙল্লে, পুন্নমক হৈনবা ওই-রক্লে, অনৌবা অমা নত্রে। অমম্বা কাসিদা লৈবসি রাখনগী ময়োন চোংবগী মছত্তা ময়োন থদংপনি, মরম অসিদগী ওইবা তাই, অমম্বা কাসিদগী থোরকপদা হকচাংসি পুমতেক তেক্লিবা, হৈনিঙবা পোক্লিবা! অহৃদগী থোইদোক্লা অঙকপা অমনা লৈরিবা কৈদৌশিংডু অহিংদা মশাং থীনবা অমা চৎনৈ, মশাংসি মথং-মথং থীনবনি, পোত্থাঙনি অমনা অমদা পীবনি। করিগুম্বদা চাউকান-কানবসু য়াওরকই, তুম্মিঙবনা হেক্লিল্লক্তুনা। মসিগী মরু ওইরিবা রাখন্দি বন্দী মশাং রাৎপরা য়েংবা, অমনা চেনবা ঙমদনবা। অতুবু করিগীগুম্বা মতমদদি জেল ফাউবা থুগাই-তুনা চেনখিবসু য়াওদবা নত্তে।

চহী অমা হেল্লকপা অতুবাইদা ওইবা তাই, নোংমদি ওন্দার সাবনা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা পাউ অমা হায়রে,—"হয়েংদি নহোয় কে.র্ত্তা পুং ১০ তাবদা থোকনি বিচারগীদমক।" ঐ হায়কম খঙখিদে, হয়েং হায়বতু

ঙম্মিক ওইহন্নিঙঅম্মি, মরূমদি মীওইবনা অংনবা হায়বসি মতম পুম্নমক্তা পাম্মি। অমরোমদা পোন্দা মতম কুইনা ফাজিন্দুনা থম্বা উচেক্কা থাদোক-পিবদা কয়াদা হুরাওনা পাইজখিবা,—অন্দানি করিম্নু খেন্নদে, ঐস্নু চহী অমা হেন্না কা অমগী মন্নুঙদা লেঙবা য়াদনা লৈরবনি, হয়েংসি মপান থোক্কনি খনবদা থম্মোয়দা, হায়ফম খঙদবা রাখনগী ঈরাং অমা ঝৌরক-পনি। অহিংহ তুম্বা য়াদে. ঈফাঙলবা রাখনগী ইচেল কয়া চেম্বরক-পদা, অমুকম্নু খল্লি, বিসার তৌরবা মতুংদা ঐবু কাসিগী মন্নুঙদা অম্নম লৈথখিবা তারিব্রা! কাসিগী মন্নুঙদা ঐনা খ্বাইদগী মুংঙাইজখ্রিবসি, খোঙ-হামফমশি য়াওবনিনা, মনমসি য়াম্না মুংঙাইতে, ইকুজবগী থবকম্নু মসিগী মন্নুঙদা তৌশিনবনি, তোঙানবা ইকুজফম লৈতবনিনা। মুং-শা খরা হাইগংলক্লবদি, মনমম্নু অয়ম হাইগংলকই। পুম্নমক্কী মথক্তা ঐহাক মপাল থোক্কনি খল্লবদা মুংঙাইতবদি ঙমদে।

রানা ঙাইজরবা অহিংহ লোইরহুনা উচেক-নাচিন্না নেংদি ঙাল্লে। ফমুঙদগী হৌগংপদা নিতিগা মান্নদে, ঙসিদি হকচাংশি খরা খিঙভি, হৈনিঙভি, থবক খুদিং থুনা য়াঙনা লোইশিল্লি। চাকম্নু পুরক্কে, অহুবু থোইনা চানিঙবা পোক্কে, চবিৎ-চবিৎ খরা চারগা লোইশিল্লি। ঐহাক ফিসরাল শেৎচিল্লগা পুং ১০ গীদমক শেম্ন-শাহুনা লৈরে,—ওন্দার সাব লাকপা ঙাইরি। তম্নাসিমকুদা অচৌবা গেক্ত ক্রোক-ক্রোক হেক লাউরকই, ঐহাক খঙভি, ওন্দার সাব লাক্লে। ওন্দার সাবনা খোঙকাম্নু লাওনা লাওনা কাল্লগা ঐগী কাগী থোঙহ হাংদোকই, অহুগা ঐঙোন্দা হায়রকই,—"ঙসিদি মুংঙাইরেনে! চৎলাকো, অমুক্তা-হনবিরক্লম্নু, ইবেম্মা।" ওন্দার সাবসি মীয়ায় চল্লপ তৌরে, মীওই-মাতৌ চাউ-থাংই, মখোন মল্লা মান্না চাউই অহুগা মবুক্তি কম্না লোমদে। মহাক্কা দফাদার মুগী অনিহুগা হায়নরা খৎনবসি, ওম্বোক্কা কম্না হায়রৈ,খংনৈ, অহুবু ঙৈহাক লৈ রগা অহুম মচম্রৈ।

ঐখোয় ফনা য়াম্মি বিচারগীদমক চৎলিবত্নু, চাউরাক্লা ২০/৩০ রোম ওইগদ্রা খল্লি। মুপা ময়ামত্নুগী মরক্তা মুপীদি ঐহাক ইতোমতনি। ঐখোয় পুল্লপ্লা চৎথিন্নৈ, সিফাইনা নাকল অনিমক্তা চৎলি, ঐখোয়না ময়ায়দা চৎলি. চংল্লিবা ময়ামত্নু রা অমতা ওাংনদে। ঐখোয়না চৎলি-রক্তু হৌজিক্কী ওল্ড সেক্রেটারিয়েটকী শঙ অসিদনি. মতমত্নুদদি মসি দরবার হোল হায়নসু খঙনরম্মি। ঐখোয় পুন্নমক হোলত্নুদা চঙলগা মায়কৈ অনিদা পরেং অনিথোক্লা ফম্মি। মসি ওইরমাল্লে বন্দীগী বিচার হায়বত্নু। ঐহাক ওসিসু নিঙশিংলি, মুমিত্তুগী বিচার তৌগ-দৌরিবা মুপাত্নু অঙৌবা সাহেবনি, মমিংসু ই, পি, মুন, কৌই হায়। মহাক্লা লৈরিবা মীশিং অত্নুগী মপক্তা পাল্লিবা কেসশিং অত্নু অমমম লো-খঙ্‌না য়েংই। ঐনা অসুম খনবদা মহাক্কীত্নু কেসকী অরম-অয়াঙ য়েংবা মাল্লি। সাহেবনা মুন্না য়েংলবা মতুংদা ঐগা লোয়ননা মী ৫/৬ তি মরাল কয়া লৈতে হায়না লৌবা তাই, করিগীসু লৈরুনি, চে-জেং অমা ফংবগীবু। মরম অত্নুনা ঐখোয় ৫/৬ সিদি পাদোক্লে, চৎপা য়াররনি হায়রে। ঐখোয়দি থাদোক্লবনি হায়ত্নুনা অমম্বা শংসারদগী অঙানবদা লাক্লে। ঐগা লোয়নবা মরুপশিংত্নুদি অমুক হন্না অমম্বা সংসারদদা চঙখ্রে। ঐদি থোরক্লে অত্নুবু লৈহৌরিবা মখোয়ত্নুগীদমক্তি রাদবা ওম-খিদে, মরমদি নহা ওইরিবা পুন্সি ওাক্তনি, পুন্সিগী লম্বী শেম্বা মতম্নি, অত্নুগুম্বা পুন্সিগী ফজরবা মতমত্নু জেলগী অমম্বা কাসিদা লেনবা তা-থিবনি। ঐখোয়না খঞ্জরিবদি ইরৈবাক্কীদমক থবক খরা তৌজরিবনি হায়না খল্লিবনি অত্নুবু মসি কদাই ফাওবা মীয়াম্না খঙবিরোইদৌ-রিবা হায়বসিনি। মরৈবাকপু মুংশিবা অমসুং সেবা তৌজববু, অচৌবা পাপ অমা লঙজবগুম্না পুন্সিচুপ্পা জেলদা লেনখিবসু কোঙ্গাররনি,— মদদা পুন্সি মহয় রানখিবসু ময়াওই, অয়াম্বনা খঙবিদনা মাঙখিবনি।

মতাঙ অসিদা ঐনা ওক্লিবদি, মী অমগী পুন্সিবু অচুম-অরানগী

বিচার হায়বছু মশক খণ্ডনা চহী অমা হেন্না বন্দী থম্বিরিবসিনি। ঐস্নু খন্দি মখঞ্জরম্মি,—লৈবাক্কী সেবাসি খন্না মপুং ফানা তৌজগে, অদুবু মীওইবগী লাইবকনি হায়গত্রা নত্রগা ফিভমনি হায়গত্রা, খণ্ডদে, মরক্তা থৎপা তাখি। তশেংনা হায়রবদি ঐগীদি ফিভম্ননি হায়বা তাই, ফিভম্না য়াদবদগী পুন্সিগী হিংনবা লানফমদা খোঙদাবা তাখি অমম্লুং অকনবা লাম্ভেংনবা তাখি। অদুবু থম্মোয়দদি সেবাগী রাখন্দি তত্তনা মমি তাখি।

---

# "অনৌবা পুন্সি"

(অহানবা)

খংনব, কাহ্নুনা লাউ-খোংই; ওক্-ওক তৌই, "শিরে-শিরে", হায়না ফ্রুং-ফ্রুং ওল্লি। অসিগুম্বা মওং-মতৌশি কমলগী মমা অমস্নং মপাদা অনৌবা নত্রে। অত্নুখকপু মহাক্না কা হেন্না তৌশিল্লক্লবসিদদি, মপাস্নু খাওবা ওয়ক্রুত্নুনা মমাদা হায়ব্রকই,—নওবু মমা নত্তব্রো, নচাসিনা লাউ খোংত্নুনা তৌব্রিবসি খরা য়েংবিয়ুদনা।" মমানা থৌ শাদনা খুমখি,—করিনো, নওস্নু মপা নত্রো, মচা মুংশিবগী থবকসিবু মমাগীদরো, মপাদি য়াওদ্রো! মপানা মপুক্লিডদা নোকই,—"কয়াদা পওখ্নবনো, অওাংবু থোংনা নৌনা তৌবিবা অমস্নং শিংপি-নানবিবসি মুপীনা খরা হেন্না হৈবগীদমক হায়রনি অত্নবু মহাক্না ঐবু মচা মুংশিদবগুম লৌরি, ওংগ্নাকপা হায়বত্নুনি!" অমরোমদা কমলদি লাউ-খোংবা লেপত্রি, মমাত্নু খাওবা ওয়ক্রুমাল্লে "কৈদৌশিগে" হায়ত্নুনা চওলক্লে। মচা মুপা-না মমা চওলকপা উবত্নুদা অমুক্না খোম্থাও হাপ্তুনা লাউবা হেক্কংলকই, মমানা থৌ শাদনা হংলকই;—"করি তৌসি হায়বগে?" কমলনা শাউনা খুম্মকই,—উদ্রো, ঐনা তৌরিসে!

মমা:— উরেনে, অত্নু করি তৌসি হায়বগে।

কমল:— মচাগী অরাবদা শরুক য়ানিওদবা মমা-মপাদা করি অমুক হায়-গনি!

মমা:— নওনা হায়রিবদু য়াম্না লাল্লে, ঐখোয়না নওবু কয়ারক হন্না লায়েংলে, নহাক্না শিনবতা মহোৎনৈ, ঐখোয়নরা শিবো!

কমল:— মচানা কয়ারক হন্না লাল্লবস্নু মমা-মপা হায়বসিদি মচাবু ওাক-

পিগদবনি। অদুনা ঐনা কয়ারক হন্না লানথুবসু নখোয়না চুম-থোকদবনি।

মমা:— ফরে. অদুদি মপাগসু ভানদবা য়ারোই মরমদি নঙবু অমু'মুক লায়েংবদা লুপা লীশিং ২/৩ চঙলিবনি, মদু ঐনা পুথোকপা ওন্বা নত্তে, অদুগীমথক্তা নহাক্না লোইবসু নত্রি নচিন-ননাও অমুক য়াম্বা লৈরিসিদি, নহাক্না লোইনা লোইথোক্নবা য়াবা নত্তে। অমুন্না মচা মুপাদা হায়বা ইন্দবগী মুংনাওবা অমগ। লোইননা মুংঙাইতবা রাফম খরা ফোংদোক্লম্লগা মতোমদা মাগী কাদা চঙদুনা রাখল তৌখ্রে। "কয়াদা খোয়দৌ শাউগৎখুবা রাফম্নো! হৌজিকপু কদাইদা অতুগা হনাদা অমুক পুদুনা চৎকদোরিবনো। হোসপিতালদা কয়ারক হন্না লৈরুরে ডাক্তর কয়া'মা য়ুমদা কৌদুনা তুমিন্না য়েংলে, ফরে হায়দুনা অমুক লৈরে, খরা লৈরগা অমুক হেক্তা হৌরকই,—ইমুঙদগী পোৎ-চৈ খাওবা ওমদবা, অউ-অউবা পুদুনা পায়দুনা চৎখিবা অসিগুম্বা মওং অসিবু কনা না হৌনরিবনো, সমাজগী মমাঙদসু মায়সি থমকম লৈত্রবনি।" রাখন্না উংলিঙৈসিদা মপুরোইবা বিপিন্না অমুক হায়রক্লে,—নমা নচা করি রায় তানরে? কদাইদা চৎপা তারে, ডাক্তর করম্না য়েংবা তারে, মখোয়গী মরুপ-মপাং খরসু অখাইদা লৈহোহ, মখোয়সু কন্না নারে হায়বত্তুদা চঙদবা ওইরমগনি।" বিমলাদি কমলগী মমানি, ফরবসু ফত্রবসু মমানা মচাবু মুংশিবা হায়বসিদি ইশ্বরনা পীরকপা। মু শিবগী খুদোল ওইবতা নত্তনা প্রকৃতীনসু পীরক্লবনি, মরম অদুনা বিমলাদি মচাবু মুংশিদবা ওমদে, ঙৈহাক শাউরুরবসু। মপুরোইববু য়েংলগা শাউরপ্পা হায়রকই,—"ফত্রে, হায়তুনবু, তীনফা-কাকৈগুম্বা লাক্লুনা লংথোকখিবা য়াত্রা! য়েংবা তাবনি, তাবা ...।

বিপিন. ঙৈহাক তুমিন্না তায়, মহাকসু খল্লকই,—"ফত্রবসু ইচা-নিকো, মমা-মপা ওইবশিংনা মচাবু ফনমবা শেম্বা হায়রশিমসু মখোয়গী

থোঁদাংনি, অদুগীসু মথক্তা মহাক অমা শিরগা তৌদবা য়াদবনিনা ঐখোয় শ্রাদ্ধ শোনবা ভাবনি অদুনদি শ্রাদ্ধদা চঙগদবা শেলদুনা মহাকপু ফনবা লা-য়েংবিবনা ফবা তারে। অদুবু খাইদগী লুপ্পিবদি মহাকপু থমগদবসি কদাইদনো, মাগী হান্নগী সঙ্গ-পঙ্গ মরুপ-মপাঙ পুন্নমকসিদগী থাপ্পা লৈবা ভাবনি নত্রগদি করিসু কান্নবা ফংলোইদৌরি।" অমুন্না তরা-মঙা থোক্লা খল্লবা মতুংদা বিমলানা হায়রকই,—ফরে, অদুদি করম্না য়েংসি হায়বগে, হোসপিতলদা পুসিন্না নত্রগা য়ুমদা য়েংসিন্না ?
"বিমলানা হায়রকই,—মাই'পাকু, হোসপিতালদা ঙৈহাক লৈতনা পুবা হায়বসি মীগী মমাঙদা য়াম্না ইকাইনিঙঙাইনি, অদুগী শরুকপুদি মওং অমা হোংদুনা য়েংলসি।" "করম্না" বিপিন্না হংই। "ডাক্তর কৌরগা মশা ফনবা হিদাক লাংথক্তি কাপহনসি অদুগা লায়েংবদি মাগী হান্নগী লৈরিবা রাখল, লমচৎ, অসিদগী হোংদোক্লবা হোৎনসি,- মসি নত্রবদি উপায় লৈরোইদৌরি।" মসিনা বিমলাগী মতনি। মসিসু ফত্তবদি নত্তে, অদুবু বিপিন্না থাজবসি সুকপোক পোক্তবনি, অদুমকপু মহাকসু হন্দক্তি লাইবক য়েংলগে হায়না খল্লে।

মখোয় অনি ফজনা খন্নরবা মতুংদা কমলবু রিহেবিলিটেসন কেম্প হায়বদি মহৌশাগী ফিভমদা অমুক হন্তিনহন্নবা হোৎনরিবা সংস্থান্দা থম্বা হায়না লেপ্পরে। রাফম অসিমক মচান্নুপা কমলদা হায়বদা মহাকসু য়ানিঙবা পোক্লক্লে। ময়ুমদা ডাক্তর কৌদুনা কমলবু হিদাক-লাংথক কাপ্পুনা, চাদুনা মশাদু থরা ফহল্লে, চানিঙ থক্লিঙবা ফাওহল্লে, য়েংবদা থরা মুংঙাইবা পোক্লবা মতুংদা, অফবা হুমিৎ অমা য়েংলগা কেম্পতা চৎননবা থোঁরাং তৌরে। থরা ফরকপগী মতাঙসিদা কমলগী হান্নগী মরুপ-মপাঙশিংদুনা থোক্তান্দা মুনা য়েংবা অমুক হৌরক্লে, কমলসু মখোয়গা অমুক ভিন্ননিঙবগী ঈরাং অমা তৌবগুম উরে। মতাঙ'সিদদি কান্নররোই খল্লদুনা মমা-মপা অনিনা কমলবু কেম্পতা পুদুনা চৎখ্রে।

হায়গী পুন্সি খোঙচত্তা হুজিল্লরুবগী কেম্প অসিনা লৈরিবা মফম অসিসু য়েংবদা থোইদোক্লা পুক্কিং হুনিংঙাযনি। সহরদগী কিলোমিটর ৭/৮ লোম লাপ্পা মফমদা লৈবনি, মফমতুমক চীং মচা-মচানা কোয়শিল্লি, চীং-খোঙ ওইরম্বা পিক্কক তৌবা শাংলপ তৌবা পুখ্রি মচা অমা লৈ, পুখ্রি-তুগী অকোয়বদা লৈ-শু, য়েঙ্খাং-নাপী ফজনা থাই। ইখোলতু লৌ পবি অনিবোম চাউগনি, সবকাবনা থবক অসিগীদমক, খাক্তুনা থম্বা লমনি, মসিগী মযাযমক্তদা পিক্কক তৌবা লুববা যুম অমা লৈ, অরাং ওইবম্বা লাইশঙ মচা অমসু লৈবি, লাইশঙ অসিগী মমাঙদনি, য়ুম অসিদা লৈবিবা মী পুম্নমক মুমিং খুদিংগী অমুক অমসুং মুমিদাংল্লাই-রমদা ঈশ্বরগী নাম শোল্লিবা। তৌবগীদি মফম অসিমক্তদা হেক চঙখিবদা রাখনসি ইতোপ-তোপ্পা খনবনি। কবিগুরুদসু ওইদবা, নত্তবা থবক তৌনিঙদে। মসিনা ইতোপ তোপ্পা ঈংখ্রবা সংসাব অমদা লৈবগা চপ মান্নবনি।

মফম অসিদা লৈরিবা মীশিংসি অহানবদদি কমলগুরুগা অমসুং কমলদগী হেনবা মী ঙাক্তা ওইরম্বনি, শন্না হায়ববদা সমাজনা তুক-চনববা মখোয়গা মায-য়োক্নবতুনা রারী শামিন্ননিঙদবা অতুগুম্বা মীওই ঙাকনি, অতুবু মখোয ঙসি অনৌবা পুন্সি অমা ফংজতুনা, পুন্সি করিনো মশক খঙজরবনি, সমাজ হায়নসিনা কবিগীদমক লিংজিবনো হায়বগী অর্থ ফজনা খঙলবনি। ঙসিদি মতম কুইনা তমতুনা লৈকববা কমলসু মফমসিদা লাক্লে,—পুন্সিগী অশেংবা মশক থীবা, সমাজদা হিংবগী অর্থ খঙননবা।

কমল য়াম্নমক ফত্তবা অঙাংদি নত্তে, ইমুঙ-মমুংনা অমসু সমাজগী ইরাংনা মহাকপু ফংহল্লবনি। লাইরিক-লাইশু ফনা ফবা অঙাংনি, অহল-লমম্না লুনা চাম্না অমসুং মুংশিনা তৌজবনি। মহাক্তা হায়রিব-মখৈ য়াবনি। মতমগী মতুংইন্না মহাক মরূপ-মপাংগা তিন্নদবা য়াদবনিনা

ত্রিম্বা হৌরকপনি, মতম্গী চিঙ্গাক্না হৈনরবা মরুপ-মপাং কয়াগা ত্রিম্বরকপদগী মহাকম্ হৈনরকপনি থবকশিংদুদা। মহাকী অহানবা ময়ামগা মান্নদবা থবকশিং অদুদা অহল-লমম্না চোকশিনহৌদবদগী; কমলনা ঙসি ফিভমসি য়ৌখিবনি। অদুবু ঙসিদি কমল মফমসিদা লাক্লবা ম্যাক্লগী পুন্সিদা অমুক হন্তিনবা ঙম্লা হায়বত্থ য়েংলি। মসি অহানবা চাংয়েংনি,— ঙম্বা য়াই, ঙমদবা য়াই, অদুবু য়েংদবদি য়াদে। মফম অসি আশ্রমগুম্বনি, লৈরিবা মীওই খুদিংমক মশা-মশাগী থবক তৌজবনি, মশাদা য়াওরিবা মোৎলবা লৈকাং চুরবা রাখল কয়ামরুম তাম্থোকখিবনি, অনৌবা ফজবা রাখলনা অমুক নৌ-হৌনা পুক্লিঙ হকচাং অনিমকপু য়োকখৎপনি।

কমল হৌজিক অনৌবা পুন্সি অমদা খোঙদাবা হৌরে। নুমিৎ খুদিংগী মতমচানা হৌগৎপা, থবক তৌবা, শাম্নবা, লাইহিক পাবা, হকচাং শাজেল, অসিনচিংবা আশ্রমগী নিয়ম-নিতী কয়া চাং নাইনা পাঙথোকই; মরক মরক্তা অখণ্ড-অহৈ পণ্ডিতশিং লাক্লুনা হীরম কয়াদা মমুৎ তানা নৈনবা, অচুম্বগী লম্বীদা চঙশিন্নবগী লম্বী, অচুম্বনা করিনো অমসুং অরানবনা করিনো অসিনচিংবা পুন্সিগী মরমদা নৈনবনি। মরু ওইনা নৈনরিবা রাফমদি,—মীওইবনা সংসারদা খোঙদারক্লিবসি মাগী মাগী মথৌ অমমম পাঙথোক্লবনি, হায়রিবা মথৌ হায়বসি, জগৎকী মঙ্গলগীদমক অঙম্বা থবক অমমম তৌরম্বনি, হায়বদি—মহাত্মাশিংনা মীওইবগী অমসুং জগৎকী য়াইফনবগীদমক তৌরম্লিবা থবকশিং অমসুং ফস্তবা মীওই কয়াবু অফবা লম্বীদা পুরক্লবগী লম্বী তাকপীবা অসিনচিংবনি।

মশানা অফবা ছাত্র অমা ওইনা হৌরকপনিনা, জ্ঞান লৌশিনবদা য়াম্না য়াঙই, থম-নৈনবদা মহাক্না মপুং ওইবা শরুক য়াই,—মতম মাঙহন্দে অফবা ধর্ম অমসুং কর্মগী লাইরিক লাইক্ত পাই; তাংলংবক মহাক হৌজিক্কি মপুং ফানা শেমদোক্লবা 'অফবা মী অমা' হায়বত্থ

ওইরে। কমলনা খল্লি,—"করিগীনো মীনা ফত্রিবসে, মীওইবদা ঈশ্বরনা পীরক্লিসিদি অফবা ঙাক্তনি, করিগীনো মীনা ফংত্রিববো!" অমুকস্থ মতোংতো খুমজে'—খঙলে, মীনা অফবা অমসুং ফত্তবা ওইরিবসিগী মরম'সিদি মাগী অকোয়বদা লৈরিবা ফিভম অদুগী মতুং ইনবনি, মতুদগীবু শাস্তোকপা ঙম্লবদি কনানস্থ ভত্তবগী লাংদা তারোই, অমুকস্থ অহল-লমন্দা মরাল শীরকই.—করিগীনো মখোয়না, ঐখোয় ফংত্রে হায়বা খঙলবা ফাওবদা, হৌরকপদা ঙায়রিঙৈদা কনদিনবা হোৎনত্রিবা! অদুবু পুন্নমক হৌখ্রবনি, ঐহাক হৌজিক ফনবা হোৎনরগনি, ঐগী মরুপ মপাং কয়াস্থ মতেং পাংবীদুনা অফবা লম্বীসিদা চিংশিন্নবা হোৎনরগনি।"

কমলগী মমা-মশা অনিমক ইতত্তনা আশ্রমদা লাকই; মচাবু য়েংবা। অঙাং মচানা নোংম-নোংমগী জর-জর চাউখৎলকপা উরগা মমা মপা অমসুং মচি-মনাওশিংনা মুংঙাইজবগুম, কমলনা নোংমা-নোংমগী অফবা লম্বীদা চঙশিল্লক্তুনা হান্নগী পুন্সি ইচেন্দা ইতিল্লবসি উবদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওবা অমসুং মুংঙাইবা পোকচৈ। মমা-মপা অনিমক মচাবু উজবদা অরাবা অমসুং মুংঙাইতবগী পোৎলুম পুন্নমক থাংথখ্রে, মচা পোকচবগী মুংঙাইবা মশক খঙজরে। মচাগী হিদাকী শেল ছুল্লম্বগী মহুত্তা, হৌজিক্তি অফবা চিঙ্গাক অমসুং অফবা লাইরিক লৈবদা শিজিন্নরে। ইমুঙ মনুঙগী মীতা মত্তনা লৈকাইগী মী ফাওবা কমলনা অস্নুন্না অফবা মী অমা ওইবা ঙমখ্রে হায়বসি তাবদা মুংঙাইবা ফাওনখ্রে।

মহৌশাগী মহাকী পুন্সিদা হঞ্জিল্লক্তুনা কমল ময়ূমদা হল্লক্লে, মশা পূম্বা পূমশেং শেংবগুম তৌখ্রে। লাইরিক লাইশুদা অমুক হন্না পুক্লিং চঙবা হৌখ্রে। মহাক ময়ূমদা হল্লক্লে তাবদা মাগী হান্নগী মরুপ মপাওশিংনা মহাকপু উন্নবা লাকই, হান্নগী কঙত্রবা লম্বীদুদা অমুক হন্না পুন্সিন্নবা হোৎনদবস্থ নত্তে, অদুবু কমল, লম্বীদুদা চৎলুবগী ফত্তবা অমসুং অরাবদু মুন্না খঙলবদিনা, লম্বীদুদা অমুক হন্না চৎনিঙদবগী খুদমদু

পীবা হৌরক্লে। মহাক্কী হান্নগী মমান্নবা কয়াদস্সু হান্নগী লম্বীদু থাদোক্লবা হোৎনৌ হায়বগী পাউতাক পীবা হৌরক্লে। কমল লাইরিক ওন্না-তন্না মরুপ-মপাংশিংদা ন্নারী ন্নাতায় কয়া শাদুনা মানা লৈরুর্বা আন্সমদুবু পামহন্নবা হোৎনৈ, অনৌবা ন্নাখল কয়া পীশিল্লি' অয়ুক অমসুং মুমিদাং· ন্নাইরমদা ময়ুমদা নত্রগা চখোকপদা অতে ন্নারী অমা শাখিদ্রে নেশাসিগী ফত্তবা ন্নারী ভাক্তা শাগুবনি, হান্নগী মমান্নবশিংনা মহাকপু তিন্ন-নিংদবা উৎলক্লে। কমলনা মমান্নবশিংদু নমদুনা তিন্নৈ, মখোয়না তানিঙ-দবা ন্নাদু নমদুনা তাহন্নবা হোৎনৈ। মমৈথঙদদি মখোয়দু তল্লকুনা মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনরক্লে, অদুবু মহাক্লা নমদুনা তিন্ননবা হোৎনৈ। অসুন্না নম-নমদুনা তিন্নবদগী মমান্নবা অমা'নিদি মহাক্কী ন্নাদু খরা খরা তানিঙলক্লে, তাবসু হৌরক্লে। মতাং অসিদদি কমলসু মপুন্নিংদা আশাগী মঙাল অমা লাক্লে, মঙোন্দা গুরুনা শিন্নরকপা থবক অমা মায় পাকপৎম থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈথক-ঈন্নাং ভমা হৌরক্লে।

ইকুই কুইদনা কমল মখোয়গী মমাঙ শঙ্গোয়দা, মহাক্কী ওইজবা কা অমা শেমগ্রে, মতুদা ফকচিংবা ফিদা খরা থাদুনা য়ামন্নবা মী তরামুক্তি ফম্বা য়ানবা মফম অমা শেমখে। মহাক্লা শেম্নিবা কা অদুদা য়াম্না চম্বা হায়বদি অফাওবা ধর্মাবতারশিংগী, সমাজ সেবকশিংগী, লৈবাক্কী লুচিংবশিং, অসিনচিংবগী তসবীর থেৎলি। কাদু ধুপ-থাউমৈ ফজনা থাই, মনম মুংশি শম্না হায়নবদা মফম অদুদা হেক চঙবদা পুক্নিঙসি ইশেং হেক শেংবগুম তৌই। মমান্নবা লাকপা খুদিং মহাক্লা মাগী কাদা পুশিল্লি ন্নারী শামিন্নৈ, মহাক্কী প্লান হায়বদি থৌরাং থৌশিল ময়ামদু উহল্লি। মহাক্কী য়াম্না ফজবা অমনা, মানা তৌরুন্নিবা অন্নানবা পুন্নমক ন্নারী শাদোকই, কদাই ফাওবা শানবগে হায়ববু মতম অমদা মখোয়না পঙবদগী অমদি খঙদবদগী মপাগী ফুরিৎ-খাউদগী শেল হুন্নানবা মমাগী ফনেক ফাওবা য়েপ্তুনা পুবা, নেশাগী ময়াইনা মদু পুন্নমক



ভাংনবগ্গা মখোয় ময়াম নোকক্রিরে, থবায় তানা। মথংদা অতুপ্পা নেশাক্তুনা থোকহল্লিবা অমাঙবা হায়বদি,—হকচাং, শেল, রাথল পুক্লিং অসিনচিংবা। অরোইবদদি থবায় ফাওবা নেশাগা শিন্নরকপা। অস্লন্না কমলগী পুন্সিদা অহোংবা অমা লাকখে, লোইননা মহাক্কী মমাম্নবা থরস্থ হোংহনখে, হায়বদি মহৌশাগী পুন্সি ইচেন্দা অমুক হন্না তিলহনবা ঙমখে।

হৌজিক কমল মহাক্কা লোয়ননা মী ৫/৬ পুনশিন্দুনা মাগী কাঙলুপ অমা শেমখে। মসিনা লৈকাই নত্রগা খুল অত্থদা লৈরিবা নেশা চাবশিং মশীং খঙদোক্লবা হোৎনরে। নেশা চায় হায়না খঙলবা মীওইশিং অত্থ মখোয়গা তিন্নবা হোৎনৈ, মখোয়গী মতম মঙহন্নবা তৌই; নোংমদা য়ামত্রবদা পুং অমতা ওইরবস্থ রারী শানবা থোবাং তৌই। কমলদা অখণ্ড-অহয় শাই হায়তুনা মীনা চৈবীবস্থ য়াওই, মত্থদা মহাক থোইনা শাউরুবা তৌদে, মরমদি মহাক্তি জ্ঞান তাববা মীনিনা, মশানা মশাবু মশক খঙজরবনিনা হায়বদি মহাক্না সংসারসিদা লাক্লিবসি করিগীনো হায়বসি মুন্না খংলবনিনা। কমলনা হৌজিকমক থব্রায় হকচাং য়াওনা হোৎনরিবস্থ মসিনি। মহাক্কীস্থ পীক্লবা কাসিগী মন্নুঙদা থবক্তি চাউরবা সমাজ শেমগৎপগী অমস্তং মীওইবগী লমচৎ শাজৎ চুমপোকপগী থোইদোক্লা পুক্লিঙবু অফবা লম্বীরোমদা চিংশিনবগী থবক পন্নমক তৌরিবনি। অসিগুম্বা মীয়ামগী ওইবা, সমাজগী ওইবা থবকসি তৌরে হায়রতুনা মশাগী থবক তৌদবস্থ নত্তে, মশাগীস্থ মহৈ থব্রায় য়াওনা তমত্থনা মী ওইননবা হোৎনরিবনি। কমল মশাদা পুং ২৪ সিগী মন্নুঙদা তৈহাক্তং তম্বসি নত্তনা পোথানিঙঙাই মতম অমতা লৈত্রে।

নেশাগী মনাই ওইরম্বা কমল ওসিদি য়েক্লবা ওইরে। কমলনা নুহা খুদিংদা হায়রি,—মরুপশা, নেশা চাবা তোক্লসি, নেশানা ঐখোয়গী

হাণ্ডোক্লে, নেশানা ঐখোয়গী ভোংলা য়াওরিবা ঊ পুরুমক লৌইনা চুপল্লে, ইশাদা হৈনিঙবা পোকহল্লে, নেশানা ঐখোয়বু খোঙ্গং চুহল্লে, ঐখোয় অমুক হন্না নেশাগী মনাই ওইরগনুসি...... ।" কমল চুম্নতা পাউজেলসি পীবা নত্তনা লৈকাই খুদিং চত্তনা, নেশা চাদনবগী-স্কুল অমমম লিংখৎপা হায়বা হৌরক্লে। কমলদি লিন্না চিকথ্রবা মীনিনা লিনগী মহুত্ত কজনা খঙলে মখম অত্তুনা মহাক্কী প্রচারগা চুন্নগী নেশা থিংননবগী লৈরিবা সংস্থানশিং অসিগা মান্নদে, মহাক্কি হুগী মৈচাক ফংলবা মীনিনা, মৈচাক্তগী অশেংবা মতৌত্ত হায়রবদি — অমাঙ-অতোং অমসুং হুসিদগী কবন্না লায়েং-গনি, অসিনচিংবা কয়া মহাক্কা মীয়ামদা শন্দোক্লা তাকপনি।

মহাক্কী থবক অমসুং মতমগী মতুংইন্না কমল, হৌজিক্তি খ্বাইদগী হেন্না থৌ চিনবা সমাজ সেবক অমা ওইরে, লোয়ননা নেশাগী লা-য়েংবা ডাক্তর অমসু ওইরে। মহাক্কী লায়েংদি য়ান্না চম্বনি, মহৌশাগী লায়েংনি,—রারী শামিন্নবনি, কোয়মিন্নবনি, লাই নিঙমিন্নবনি। বিপিন অমসুং বিমলা মচাবু সুংশিজবনি, অদুবু হৌজিক্লা অমুক্তা হেন্না সুংশিখে, শিরুংদগা হল্লকপগা চপ মান্নরবনি, মরম অত্তুনা মচানা হায়রিবমখৈ য়াদবা লৈখিদ্রে। মচানা লৈয়ু হায়বা পোৎ-চৈ, লাইরিক-লাইশু শান্নপোৎ অসিনচিংবা অমতা য়াত্তনা লৈবি, মত্তুনা লাক্লিবা মাগী মমান্নব-শিংতুগী ভৈহাক পোত্থাফম ওইত্তুনা লৈরিবনি। মতাঙ চারে থল্লক্তুনা কমলনা মাগী কাঙলুপকা লোয়ননা কমিটি অমা শেন্নে, কমিটিত্তুনা নেশা চাবা লায়েংনবা আশ্রম মতন্নগা স্কুল অমা লিংখৎনবগীদমক অকনবা থবক পায়খৎখে।

মীওইবনা ভৌগে থল্লক্লবদা ওমদবা করিসু লৈতে, হোৎনবগী মখা পোনবনি। কমলনা মাগী কাঙবুত্তুগা লোয়ননা লৈকাইগী য়ুমথোঙ খুদিং চঙত্তুনা মানা-মানা অঙন্না দান থন্না-থন্না নিজরগা লৈকাইগী ওইনা লৈরিবা শান্নবুং অত্তুগী মচী অমদা য়ুম মচা অমা শাজয়ে,

মতুংদা অহানবগী ওইনা লাকেংবা হৌদ্রে। মতাংদা অখণ্ড-অচৌবা কয়া কৌতুনা য়েংলি, নেশানা চায়বা মীওইশিংগী অহল-অমনশা খুনতুনা নারী থাক মখোইদগীসু শেলগী মতেং নত্তগা নাখেলগী মতেং লৌই। অহল লমমশিংদসু মটাদবু করম্বদি হায়তুনা পামুবা নৈতনা পী। অতুগা থুরা লাকরবা পীবা ওবাদবা কাওবূদা লৌসু অতুম ময়েংই, কমলগী মংংংদি,—“মী কয়গা লোয়রে হায়রলিগি” মরম অতুনা মতোংদা লেনবী মখোলদি কয়া নৈতে। হৌজিক্তি কমলগী লমজিং মথাদা লিংখৎচবা নেশাগী লায়েংশঙসি,—“কমল নেশা লায়েংশঙ” হায়না কাওগে। নুংমং চুংলিংগী মীনা অতং-অথম নৈখিরে, মহাকা লোয়রবা মমাংব-শিংসু লায়েংশঙগী থবক অমিদা লোইনা য়াওরে। মমৈথঙদদি সরকারনা মহাকী অসিগুম্বা প্রেমগৎ-খ্যাগৎপগী থবক অসিদা পেন্নতুনা,—“সমাজ সেবক মেডল” কাওবা পীতুনা ইকাইখুম্নখ্রে। অসিদসু নত্তনা শেনগী মতেংসু পীতুনা অচৌবা শঙ অমা শানবা প্রেম-শাবা হোখ্রে। শঙ অসি শানবা লমসু সরকারদগী লৌতুনা ফজরবা, কান্নরবা যম্র অমা মতম পুম্নমক্কী ওইনা কমলনা শাজদুনা থম্লে।

রাকরদা বাল্মীকী ওইতুনা বিশ্বজগত্তা কাওরবা মহাকাব্য ইখিবগুম মংলিবরবা কমলনা ওসিদি মশাগী কত্তবা অমসুং অশোয়বা কয়া চুম্দ-শোক্চতুনা অফবা মী অমা হায়বতু ওইবা ওমখ্রে। মশাবু চুমথোকচতুনা অফবা মী অমা ওইবতা নত্তনা মীওইবা সমাজবুসু সেবা তৌবা ওমখ্রে। মসিমক মীওইবগী পুন্সিদা ওমহোকা চাউখ্রবা পুন্সি থোয়রাং অমা লৌথোক-বনি হায়দবা য়ারোই।

# শক্ক খঙনবা

হোসপিতালদু পুম্নাঙ-লাঙই, নর্স ময়ামদু কোইচেন চৈন্নে, অমনা হায়বা অমনা তাদে, মখাদা থাদুনা হিপ্পা ফাওবা কান্দুনা চৎলি, ডাক্তর মকোক্তুদা তাক্লুরে মহাকস্থু লাকই, মঙোন্দা নর্সশিংদুনা কবি কবিনো খরা হায়। ডাক্তরদুনা ফমুঙ অমদা হিপ্লিবী চাবোকপী অমদা হংই —নহাক খঙহৌব্রা ? করম্বা মতমদা চৎখি ? চাবোকপীদুনা খুমখি, "ঐদি মমুঙদা খোঙ হাপ্পা চঙলুই, হন্দোক্নকপদা লৈরমদবনি, ঐস্থু খঙহৌদ্রে।" ডাক্তরদু কনাদা হংগদগে, হংকম খঙদে, পুম্নমক 'খঙদে' ঙাক্তা হায়রকপদুদা। ডাক্তরদুনা য়াম্না থরায় য়াওনা থিবিরদুগী মরম্না মঙে ন্দা অঙকপা'মা ফাওবনি, মরমদি মুপী মৌ নহা অমনা কনা'মতা য়াওদনা ডাক্তরখনাদা মচা পোক্লগা মুম্নিং তরাম্নি লৈরম্বসিদা। মমৈথংদদি ময়ামদু নম্বর তরাগুবা ফমুঙদা লৈবী চাবোকপীদু মচা পুদুনা চৎখে, হায়দুনা পুম্নাঙ লাঙনখে।

ক্যামিনী মুম্নিং তরানিগী মচানুপীদু পুরদুনা মহাক্কী পীক্লবা খুঙংদা অমুক হল্লক্লে। মীগী মচৌন্দি মেনবা য়াদবনিনা মহৈ. মহৈ, ঙাংনৈ,— "ক্যামিনীদসে মচা অমা চেল্লগা অমুক লাক্লেনে। মহাকসিবু ফনা মরম ওকপী, হায়ব' ইনবী অঙাং অমা ওইখিবনি, অদুবু করম্না মহাক্না ঙসি অসি য়োৌখিবনো হায়বসি খনবদা ফনা লুনা থোকই। লৈকাই মচে অমনা অমুম হেক ওক্লকই;—"অসিনিনে. ইবম্মা, হৌজিক্কী মতমসিদবু কনাবু থাজনি কনাবু থাজরোই; খঙদেদা লাইবক্না তম্বা হায়ব' মস্থু লৈরি, কনাদবু তাইনরুনি!" "অদুবু মহাকপু মুপাদুবু মশক খঙহৌদে হায়বসিবু চুম্নিদ্রে!" অমুনা অমুক মখায়াংদু লাউনা নোক্লগা হেক খুম্নকই,—

"করি য়ানোদা, মহাকস্মু মরোল থোক্লিবা অশুাংমকস্মু নত্তনা, মশা কল্লবা পংহায় হায়বনি", মমৈথংদা অম্মুন্না লোইশিন্নরকই;—হোয়দা, মীওইবগী লাইবক হায়বসি তম্বা-ওম্বা পোৎ নত্তে, য়ামদ্রবদা মহাক মুপীমচা অমনিনা, মহাক্না য়াবদা ঐখোয়স্মু শরুক য়াদবা য়াদে। মুপীবু সমাজনা অতোনবা থাক্কী মীনি হায়না লৌরিবসিমদি, ঐথে য়না শীংনকম থোকই নত্রবদি "মুপী" কদৌডেদস্মু অসিগুম্বা নৈহৎপ রবা সমাজ অমদগী মগুক হাইগৎপা ওম্মোই।

য়াকম কয়া অসিনা লৈকাইগী ইচেম-ইনেম কয়ানা খন্নবিবা য়াফম্লি, অদুগা কামিনীগী পুক্লিনা অতোপ্পা মখল অমনি। কামিনী ময়ূমদস্মু চঙদে, লৈকাইগী মবুং অমগী মমাঙশঙ্গোয়দা খ্যাজিন্দুনা শিক্লিরী মচাদুগা মহাক্না লৈখে। তোমালনা কামিনিগী য়ুমদু লৈবা য়ানবা মঙং তানা শেম্বি, মহাক্না কামিনীগীদমক তৌবিরিবদু উবদা কনা মতনা মবানি পোকমিন্নবা নত্তে হায়বা থাক্লরোই। কামিনীনা থবক ইন-খাঙ নোম্বা চৎপ্রিডে কাওবদা, করিগুম্বা অশংবা মতমদদি মচা পিশক অদু ফাওবা লৌবি। কামিনীগী য়াখনগী থাকস্মু অঙকপনি,—লাইরিক লাইশু হৈজদবীনি, উপায় লৈজদ্রবীনি হায়দুনা মীঙোন্দগী নিদুনা নত্রগা ফত্তবা তুকচনিংঙাই ওইবা লমচৎ চত্তুনা শেল তানগে অমস্মুং মচা য়োক্তে হায়বসিদি মহাক খক খল্লুদে, অমরোমদা শুরগা নোম্লগা অশেংবা হুমাং-মন্দুনা মচা য়োক্তনি অমস্মুং মপুক থনগনি হায়বা য়াখল অসিনি।

কামিনীগী মচামুপী হৌজিক্তি খয়া চাউজরক্লে, মখোঙ কাবক-কাবক থাংজরক্লে। মতাঙ অসিদদি মমাগী অরাবস্মু মুংঙাইবস্মু অনিমক পুম্না লাক্লমিন্নৈ,—চাউরকপগী মুংশিরকপা, কয়ম্বা খুদোংথীবা হায়বদি ঈশিং-ম্যাইশিংদা তাগত্রা হায়বগী চিংনবা। মীঙোন্দা ঙাক্তা শিন্নদুনা থম্বস্মু য়াদবনিনা কামিনী মচাদু পোশিন্নগা নোংমগী চয়া তানবা চৎলি।

মহাক্ক থবক্কী মহাও থিদে, অফংবা অমা হেক্তা শূবনি। জুগালী ফংলে শুগনি, মীগী থবক য়াওরে য়াওগনি, কনাগুম্বা ইমুস্তগী থবক খরা তৌবিরগা নোংমগী চরা পীরক্লবস্থ য়াই। অস্থুম্না মহাক, নোংমগী অরেপ্পা লৈতনা শু-নোমথুনা শেল তাল্লি। মমা মচাদা চাজবনি, অথুগী মথক্তা মচাদি চাবা য়াওদ্রিবনিনা মহাক্না নোংমগী থোকচবা শেন্দুগী শরুক খবদি অতম লেম্বা ঙম্মি। অস্থুম্না অরেম্বা শেল খরা তুংশিঞ্জবনা, শেল্লেতু লুপা চনিরোম শুরবা মতমথুদদি মহাক কারবার মচা অমা তৌগে হায়না খল্লক্লে। কামিনীনা মবুং তোমালদা মখোয়গী থোঙ্গান্দা শঙ মচা অমতং শাবিম্নু হায়জবদগী তোমান্না ইনা কুপ্পা শঙ মচা অমা শাবিরে। কামিনী হৌজিক মুমিৎ খুদিংগী শেল তানবা চৎপা তোক্লে, মখোয়গী থোঙ্গান্দা হোটেল ওই পোৎফম ওই তৌনা ফম্বা হৌখ্রে।

কামিনী পোৎফম ফগথুনা শেন তানবসি মঙোন্দদি য়াম্না চানবা শিনফম ওইনা থোকখ্রে। মুমিৎ খুদিংগী লুপা ১০/১৫ রোম তোংজৈ, মথুনা মমা-মচাগী শেৎপা চাবা পুম্বা তৌথ্রবা মথুংদা শেল ফজনা লেম্মি, মথুনা মচাগী মহৈ-মশিং তম্নবা তূংশিজে। কামিনী, সমাজনা অক-ফম্বা ঙাংনরবস্থ, মাগী রাখন্দা অমস্থুং মশাদা থোইদেদক্না লমচৎ নাইদবীগী শাজৎ উদে, অথুগা মহাকস্থ পোকখিব্রা অঙাং অসিগী মরম-দদি খন্না খন্দবা ঙমদে, মাঙোন্দা হৌজিক য়াম্না কন্না য়ৈরিবা চৈ-থেঙসি,—"কনানো মহাক্তো?" হায়বসিনি। অমুকস্থ মতোমতা খঞ্জে,— "অয়ম্বা! মুপা মান্দবা, মহাক্কী পুন্সিদা করম্বা শীংথানবা য়াবা থবক অমা পাঙথোকপা ঙমগনি! ঐগী ইচাম্নুপিদি মহাক্নুম্না অয়াম্বা মীদি ওইবা য়ারোই, ইচাবু ঐনা অফবা মী অমদি ওইহন্দবা য়ারোই লোয়ননা মতিকচাবা অমস্থ ওইগদবনি। ঐনা ঙসি শিংনরি মাক্কু ঐনা মপক হেক খঙলকপা মুমিত্তা মঙোন্দা মতিকচাবা লমন খুমগনি। ইশাম্নি য়াই শংনা অমস্থুং মুংঙাইনা হিংবা পাম্নবদি, ঐনা অঙাংসিবু

ঈ মতৃম ওইবিডৌদা মাওহল্লপা য়াবনি অতুবু ঐ মতু পামখিদে,' মরমদি ঐ মুপাগী মখক্তম লমন খুন্না পাদ্দি।''

অসিগুম্বা অচেৎপা ব্রাখল অমগা লোয়নন‌া, কামিনী সমাজদা হিংলিবনি, মহাক্কী হি বর্গী অর্থসি চুমগী ফজবা শেংপা, অহাওবা চাবা অমসুং ঝুংঙাইবা কুম্মৈ য়েংনগীদমক নংত্তু, পুন্সিগী পৌদাং অমা পাও-থোকপনি হায়না লৌই। মরম অসিদগী মহাক সমাজনা হঙৌই-নিংঙাই ওইবা থবক অমত্তা তৌদে, মহাক্কী তৌজরিবা কারবারতুদা থৱায় য়াওনা হোৎনজে, কনাগুম্বগা ব্রারেন শত্তুনা মতম মাওহন্দে। মহাক্কী লমচৎ কাইদাত্তুদা মঙোন্দা মীনা উশিত্তবসু ওমদে। মঙোন্দা পোৎ লৈবিবা মীশি মশীং থাবা ওদে, অহানবদা মতোমদা হোৎ-নরম্বদগী ওয়ক্রত্তুনা হৌজিক্তি মী অমসু মতেং পাংলবনি। মবক মরক্তা মবুং তোমানসু চা থকপা ওইনা হেক-হেক থোবকই, মচনগী মনাক্তা ফমত্তুনা মহাক্কী মতেং ওইবা থবক খরসু অত্তুমক মতৌবী। হৌজিক্তি কামিনী, শেল শিজিন্নবা হৈবী, শেল পাযদী মুপী অমা হায়বত্তু ফজনা ওইরে, মীনসু মহাকপু ব্যবহাব তৌনা চৎলে। মহাক্কা লৈবিবসি বিষ্ণুপুরদনি, মফম অসিদদি মক ওইনা অফিস যাম্না লৈব-মিনা মীসু য়াম্না লৈ, অত্তুগা পোৎফমসিস্তু মচিও খরা চৎপনিনা, অফিসকী মী অয়াম্বা মঙোন্দা চংউি, মঙোন্দগী পোৎ লৈ। কামিনী শাবান মুত্তি চুং-ফিরান চাবীনি, কুচুত্তু কুলে কুচনি, শক্তুসু রাশি লৈজে, মীবু চিংশিন্নবগী শক্তি অমা মঙোন্দা য়াওরি। অত্তুনা ওইর-মাল্লে, মাবু হুন্দোক্তুনা অতেপ্পা মী অমদগী থক লৈরুদে।

কাম্নিকীগী মসামুক্তী থাজমাবী, এপুশ্তরে কাচংে চাউদাস পাং-দ্রুমি, ফেংবদা মিল ফেরারে। লাইরিক কাইগু মপুং ফানা থেরারে। বি, এ, পাস তৌরমেং মথাক্তু শুত্রথামিসিন্না খামিত্ত পাম্মবকী কায়র্মা কম্নিকই, শাবিনবা কম্নামী জিত্তকৈ; 'মী জাই' অনির্মক্লা 'পাক্সা মঙাম্ন।

অত্থুবু থাজমানবীদি কনাবু কল্লকউবা নত্রগা মিতারুবা লৈতে, মশাগী মহৈ-মশিং তম্বদা অমসুং সমাজদা মী অমা ওইনা ছিংবদা মতিকচাবগী মরম্মদা কন্না খল্লি। মহাক থবক তৌগে হায়রবদি য়াম্রবনি, অফিসতা করিদা মমাগী খওন-চান্নজবা মরুপ মপাংস্মু লৈজবনি, অত্থুবু মহাক অদোমদা কয়া থক্সায় চওদে, মা অমা ওৎবা তারব্দি, হান্নুনা মহৈ মপুং ফানা তম্বা তায় হায়বা ব্রাখল অসোমদা কন্না খল্লি, অহনা মহাক বিশ্ববিদ্যালয় তম্বগী ব্রাখলদা লেপথ্রে। মমাগীদি পোইদোক্লা হায়নিংঙাই লৈজদে, মচাগী নিঙবা থুংনবা কন্না শু নোম্বা নত্তনা। মচানুপীস্মু চাউরক শাংলক্লে অত্থুগী মথক্তা মহৈ-মশিংস্মু নিংথনা হৈরবনিনা একুপ-মপাঙ কয়াস্মু ময়ুমদা মরক-মবক্তা লাকপনিনা, মখোয়গী য়ুমথু খরা ফজবা মওংদা শানিঙলক্লে। মবুং তোমালগা খন্নরগা খরা ফবা য়ুম অমা শাজরে থাজমানবী, বিশ্ববিদ্যালয়দা তম্ব তারবনিনা, ইস্ফালদা লৈবা ত্তারে, চথোক-চৎশিন খুদোংচাননবগীদমক নতাং অসিদনি কমিনাদা অবাবমা ওইরিবসি' ইস্ফালদা মাগী খওনা-চানবা মী পংলৈ-লৈতে, মরী-মতাস্মু লৈতে, কমদৌনি' মমা-মচা খন্নে। মমানা মচানুপীদা হায়, —"তোক্কে হায়রগা তোক্লোদা, মতংগা কত্তবানে মীগী মমুন তমদা লৈশামী নঙ নতোমতা লৈরুবা হায়বসি ঐ য়াম্না নুংঙাইরোইদোরি।" থাজমানবীনা ইবায় লায়না খুমদোবকই,—"ইমা, মত্থুগীদি ঐ কবিস্মু চিংনদে, ঐস্মু মীনিনা, করিগী পংলাক-লাকচবা য়াত্রা!" "হোয় অত্থুবুচি অত্থুনি,....অত্থু..দা হৌজিকসিনদি লৌহেদবা, থোকহৈদবা চাক্তা থোকপনিমা করিবু থাজানিঙঙাই লৈবগে!" থাজমানবী ঙৈহাক ব্রাখল তৌরগা হায়রকই,—ইমা, কুইবেনে ঐনা ইমাদা ব্রা অমতং হংগে খল্লিবসে। করিনো হায়য়ুদনা।

ইমানা মোংমতস্মু বাবাগী ব্রা অমত্তা পন্দবসিবু করিগীনো?

ইস্! মত্থুদি ঐদি সুখও-খওত্রবনি, মহাক্কু কদাইদা লৌরিবা, হিংলিব্রা শিরব্রা খওদে।

অঙুদি ইমাগী ব্লাসিদি .......।

অং ........ অওইবনি, ঐ মাগী মরমদা মুল্লা খঙদে। অদুবু নোংমদি ঐগা মাগা শোয়দনা উনরবা য়াই, নঙগসু মশক খঙনরবা য়াই।

থাজমানবী ব্লা মখা তাদে, মরু লুকখতুনা লৈখি। কামিনীসু ব্লা মখা তাদে, মাগী তৌগদবা থবক ইংখাঙদা পুরিঙ চঙখি। থাজমনাবীদি, খঙহৌদনা হৌরকপা নোং-হৌংম, মাগী থমোয়ত্ত পাল্লেপফম খঙদবা ব্লাখল কয়ানা ঈহৌরকখি।

কামিনী, চহী কুনলোমগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অদুবু নিঙশিংলগা ভু চুংই হায়ফম খঙদে, তৌফম খঙদে, মতোমতা প্রোক প্রোক চাকই, লাকচৈদা খল্লি। অদুবু অনিশুবা ব্লাখন্দা, করিনো, মানা লমন খুম্বা ঙমদ্রগসু পুন্নমকপু উবা অমদি লৈব্রিদনা, মহাক্না শোয়দনা অচুম-অরান ব্লায়েল্লক্নি। অসুম্না মতোমতা অমুক লাকশিঞ্জে। কামিনীনা ঙসি ফাওবা মাগী ব্লারি কনাদসু হায়দোক্তে মতম ঙাইরি, লাকখিনিসু খল্লি।

থাজমানবী বিশ্ববিদ্যালয় কাবা হৌখ্রে। মমান্নবী অমনা মাগী যুম অমা ব্লাইবিদুনা থম্লীরে। যুম্বতু মবুক কৈ হায়বা তাই, অঙাং মচা আহুমগা মমা মপাগা মখোয় মঙানি। থাজমানবী, তোঙান্না খোংদুনা চাগে য়াদে মখোয়গা পুল্লপ চামীম্নৈ হায়দুনা মহাক্না থবক পুম্বা তৌবগী ব্লাকম লৈতে, মমা শাবীদুনা ইমুং-মচুংগী থবক পুন্নমক তৌই, কব্লি-গুম্বদা মমাদুনা চাক-ঈশিং থোংবদা খুদোং চাদ্রগা মহাক্না মতেং খব্লা পাংবিবতনি। যুম্বরেম্বা কুমারসু অদুক হাক্লা কত্তবা মী নত্তে, থাজমানবীবু মুংশিনা অমসুং লুনা তৌবি, মহাক্কী অরৎ-অপা কয়া'মা মহাক্না মেনশিনবি। মহাক্কীদি মচাসু লোইনা পিক্লিবনিনা খরচসু অদুক-হাক্লা তৌনিঙঙাই লৈতে মরম অদুনা থাজমানবীগী অব্লাৎ-অপা মেমবিবদা মঙোন্দা খোইদোক্লা অব্লাবা-ওইদে, অদুগী থক্তা মমা-মচাদা লৈজবনি

রানা মহৈ তমজবনি তাবদা অমুক্কা হেন্না মুংশিগ্রে। কুমার ইম্ফাল ইন্টকী এস,ডি,সি,নি, তলব চাউই মীনা ইকাই খুম্নৈ, শেঙ্গা-থুমজা থোইনা তৌরুবা লৈতে, মরম তন্থুনস্থ মীশিংনা মহাকপু ইকাইখুম্নবনি অমস্থুং কিনবনি। থাজমানবী, কুমারহোয়দা অঙাংশিংদুগা অমতা ওইনা লৈমিন্নদুনা ওহ্থোক্না মুংঙাইরবা পুন্সি অমা ওইনা লৈরে।

কুমারনা থাজমানবীবু অমুক্কী মতিক লুনা তৌবী মতুদি মমিঙ ফাওবা কৌদে,—"মেম" কৌই, মপা লৈজদবনি, মমাগা হিংমিন্নরকপনি তাবদা অমুক্কা হেন্না মুংশিগ্রবনি। কামিনীস্থ মরক মরক্তা মচাগী-মনাক্তা লাকই অদুবু কুমারনা অফিস কাখিদা মতম ওইবনা উন্নবা ইফং-ফংদে কুমারগী মুপী ইবেমহলগদি তন্তুনা উনৈ, অন্না-মুংঙাইগী রারী কয়া শানৈ, মচাগী অচা অথক খবস্থ পুরকই হায়বদি চেঙ-ঙা, অসিনচিংবা অদুগা ইবেমহলগী মচাশিংগীস্থ পুবিরকই। অদুবু তশেংবদি কামিনীদি মাগী-দুকান মচাসি থাদোকপা য়াদবনিনা কয়া তোয়না লাক্তে। মহাক্না অমুক' লাকপদদি ইমুঙগী অমস্থুং মচাগী ফজনা পুরকই। ইবেমহলস্থ মীকৌ-মীরমদি য়াম্না ফজবীনি অদুগী মথক্তা পুকচেনস্থ ফজবীনি, অদুনা কামিনী লাকপদা ইবেমহন্না তরাম্না ওকই, মহাক্কী পেন্নবা সেবা তৌই। কামিনী করিস্থ হায়নিংঙাই-লৈতে, মচাবু" মুংশিনা তৌবিয়ু, মতিকচানা লমন শিংজগনি, হায়বা নত্তুনা। অস্থুম্না মতম কুইনা শম্নরকপনা হৌজিক্তি মখোয়সি ইমুঙ অমতা ওইনা লৈমিন্নবগুম তে

য়াম্না মুংশিরিবা রাখল অমদি থাজমানবীনা মতম কুইনা মহাক্ক পুন্সিদা রাত্তুনতা লাক্লবা মপাগী মফমদু কুমারনা মেনখৎপিবসিনি। কুমার অমস্থুং থাজমানবী অনিগী মবীশি উরগা লৈকাইনা ফাওবা কুমারগী মুপী অহন্না পোকপা ওইরমাল্লে হায়না খন্নরবনি। অঙকপনি! মীওইবগী মুংশিবগী 'লীপুন' হায়বসিস্থ,—মমা, মপা, মচা, থাযদে, পুক্লিঙবু তিন্ন-রুরবদি, থন্নায়নবু তারুরবদি, হেক্তা মন্নুংশি। থাজমানবী অমস্থুং কুমারগী, ইমুঙ-মন্নুঙগী মরিস্থ মসিনি।

কুমার, থবক ফবা মীনি, মহাক্কী ফমসি মথং-মথং কারতুনা মহাক হৌজিক এস,ডি,ও, কারে, লোয়ননা মহাক বিষ্ণুপুরদা মহাক্কী থবক তারে। কুমার থবক্তা থরায় য়াওবা মীনিনা ঙৈহাক্তং ফাওবা-মী অমগা য়ারী শাবা ফংদে। হেক লাকপগা অফিস্‌তা ফম্বা, পুং তারগা ময়ুমদা কুম্বসিনি। মরক্তা করিগুম্বা চা নত্রগা কাগুম্বা চানিঙলবস্থ চপ্রাসী থাহনা লৈহল্লুবনি। কুমার; মচিন্দা তুমিন্না লৈজরবস্থ মপুক্লিঙদদি তুমিন্না লৈবা ঙমখিদে, লমদম অসিদা হেক খোঙদারকপদা চহী কয়াগী মমাঙদা খোকখ্‌বা খৌদোক মথং-মথং নিঙশিংদবা ঙমখিদে। করিগুম্বদা ফম্বা মাররুবা মতমদা মপান্দা ঙৈহাক খোক্তুনা :কায়ন চত্তুবা :পাংথায় মতম অমদা মহাক্না খঙখিবা মফমতুদি ঙসিদি অমতা লৈরমত্রবনি, মহুত্তা ফুড়া, দলাল কৈথেল অসিনচিংবনি!

নোংমদি কুমার, কৈথেলস্থ য়েংগে, হকচিকস্থ লাংগে থন্দুনা, গাড়ীদগী কুমথরগা কোরচং-চংতুনা য়েংই, কোয়না য়েংলকপদা কামিনীগী ছুকান্দা মিংয়েং তারুরে। মশক্তি থঙদে অতুবু সুপীসি চুং ফিরান চায় হায়নদি খল্লি। চপ্রসিদা ফা মতপ-অমতং লৌরকউ হায়তুনা লৈহল্লগা চায়; কৈথেন্দগী-লাফোয়, শোইদোন্নচিংবা থরা, লৈরগা য়ুম্নোমদা হল্লক্লে। লম্বীদা রাথল কয়া লমফাঙননা লাকখি, নিঙশিংলকখি মথং-মথং, মহাক্না মেট্রিক পরিক্ষা থাবা চংপদা বিষ্ণুপুরদা লৈখিবা, য়ুমতুগী মশক-মতৌ চঙখোল্লবী-চম্র অমদা মহাক্না মিতারুবা, থঙহৌদনা অহিং অমা কারগী-ঈথক হৌরতুনা চম্নুতুগী কাঙখল হায়দোকুনা চঙলুবা, চমুত্তুগী লাঞ্জব্রবী নৌজরবী মায়থোংতু য়েংলগা মানা তৌরুরিবা থবক অতুগীদমক ইকাই ছুংশি য়ামখিবা, অসিনচিংবা..... কুমার লম্বী চংন-চংনা গাড়ী মমুঙদা মথল মথেনগী রাথল কয়া খল্লি, অমুকস্থ চিংনৈ, ওইরিগরনে! মহাক্তো! চহীনদি কুইনা উনত্রবনিনা মশক অশোংবতু লাকপা ঙমত্রে, করিগুম্বা ওইরম্বা তারবদি—ও! মথাতানা থম্বা ঙমদে।

মথংগী মুমিত্তনি, কুমার ওস্তানা হৌগৎলি, অয়ুক্কী থবক ইনখাও লোইশিল্লি, চাক থরা ওন্নু হায়। মহাক্কী অসিগুম্বা নিত্তিগা মাম্নদবা মতৌসি উবদা থাজমানবীনা হংই—"পাবুং করিগীনো ওসি অয়ুক ওন্না হোবে-হোবে, তৌরিসিবু?" কুমার তপ্না খুম্মি, —"ঐ ওসিদি কেশ অরুবা থরা লৈহৌই অত্নুনা থরা ওন্না চত্তবা য়াদ্রে।" কুমার গাড়ী তোংত্নুনা অফিসতা লাক্রে, য়েংলম্মি কামিনীগী পোৎকমদা উবদি উরক্তে। অফিসতা চৎলগা চৌকিদা ফম্মি, থবক্তদি পুক্লিও চণ্ডবা ওমদে, রাখন্দা পুক্লিও চণ্ডি, "মহাক্কো মান্দি মাল্লি, শকুকমদি ওল্লে, তাংদাংবা অমদি থওনিওত্তি। তোম্বা চপ্রাসী কৌশিল্লি,—"তা-তোম্বা, অসিদা কম্বী-পোৎ-য়োনবীত্নুদগী কা মতপ অমতা লৈরুচো, অত্নুগা মহাক্কী মমিং অমসুং মযুম্নচিংবা থরা হংলকউ।" "করিগীনো সাব'না পোৎয়োনবীত্নুগী মমিও-মথা লৈফম্নচিংবা থওবা পাম্বিরিবদি?"

তাতোম্বা নহাক থওলোই, হৌজিক্কো রাখল অমা লাক্লে।
এঃ করি রানোদা, ইবেম্মা, মেমশাবহোয়না তারগা করি হায়গনি।
মত্নুগী রা নস্তেদা তা-তোম্বা, অতোপ্পা রানি।
হংবুদি মহংজরুগে, মসিগী মুপীসিম্নু মীতা'মনি।
কম'দোগেনে তা-তোম্বা?
ইস্! মসি মুপীশিদি, মুপাসি অমতা কজনা হায়দে।
ও, হায়জসমুদা, মাগীসু পেন্দবা থল্লা লৈজত্নুনা তৌরিবনি।

তোম্বা কামিনীগী পোৎকমদা চৎলগা হায়রুরে,—"ইচে, সাব'না কা-মতপ অমতা হাউনা তপ-পকউ হান্নবে অত্নুগা ইচেগী মিং অমসুং লৈফমসু থর হায়বিরকউ হান্নক-এ।" কমিনী করিগু থোশাদনা হান্নরকই, করিনো তোম্বা, মাই'কাত্নু চায়গা লোইরে, অমুক....মিং হায়বনে, লৈফম হায়বনে, করি তৌগে হায়রিবনো! এ ইচা লৈশাবী ফারে, এম, এ, তম্মি এ,—মিং-থাকৈকা হংবগী করিমতা দরকার লৈতে, ইচা অমতং

লৈজরিবসে, মাগীনি ঐনা হোৎনরিবা পুন্থসি—অচুননে. তোম্বা, নহোয়' সাবতুদা হায়যু.—ইচেগী- অশাউবীদি মুপানি, মরূম অদুনা মিং অমসুং লৈকম হায়বগী কবিস্থ দবকার লৈতে।"

তোম্বা ক্বাতু পুবগা প্রপ-প্রপ লাকই তম্মু,—"সাব, ইচেতু মনা পায়বা য়াদে. মমিঙ-মথা কৈকা হংলুবদি হায়কনু।" "তচুদি, মা, যাম্না শাউগন জাৎনিংনা.।' কুমারনা ফাগি তৌই, "ফবে, অদুদি ঐনা হেক্কা চৎলগা ভাংনবা তারে", মখা তাখি। কুমাবস্থ মুপাদি থোকপা মীনি। কেস অমা, অনি শব শর লোইশিল্লি. 'ভসিদি খরা ওন্না চৎপা তারে' হায়তুনা মপোৎ-মচে লোইশিল্লি। তোম্বদা হায়বকই, "তা-তোম্বা পোৎ চৈ হাপচিল্লো চৎলসি।"

গাড়ীতু কামিনীগী পোৎফম মপাদা থক খাম্মী, কুমাব, গাড়ীদগী-কুমথরগা কামিনীগী দুকান মনুঙদা চঙখি। তোম্বা অমসু' ড্রাইভব ইঙক ঙক্লা য়েংতুনা লৈহৌই। কুমারনা হঙ্গোইদনা হাযবকই —"কনানবু হনগদবনো খঙদে, চা অমতা শেম্বিরকউ।" কামিনী থৌশাদমা য়েংখৎলুই, তোম্বগী শাবতু ওইবম্মি. মফি-মরোল খবা শেমজিল্লি. পুরিঙদা খল্লি, "করিগীনো মচাক্লা অমুক থাজদনা মফমশিদ!!" কুমারনা অমুকস্থ নোৎ-শিল্লি" চাননবস্থ লৈববদি অমগা পুথোকপিববউ।" মুপা মচা অমনা চা অমসুং বোড়া প্লেট অমা পুথোকুনা পী। কুমারদি চা বোরা পামতুনা চঙলকপদি নত্তে, খঙনিঙবা ব্লাকম অমগীদমক চঙলকপনি, মরূম অদুনা চাতু থকপোই থক্তবোই তৌরগা রা মখা তারকই,—করিগুম্বা অমতং হংজবা য়াগত্রা ? কামিনীনা লায়না খুমদোকই,—"করিগী য়ারোইদবনো, হংবিয়ু।

কুমারঃ—অশ্বাই হায়বদি মাঙও অমা লৈরিবসিগী-মনিঙদা কামিনী কৌবী অমা লৈ-রাকপ্রা ?

কামিনীঃ—হোয়, লৈদি-লৈ, কবিগী ওইবিরবনো ?

কুমারঃ—করিগুম্বা ব্রান্নী অমতা শাজগে তৌবনি।

কামিনীঃ—হোয়, হায়দি হায়জগে, অদুবু মদু মীতা অমা ওইনা তৌইনি।

কুমারঃ—ইবেম্মদুগা অমুক্তা উনবিবা য়ারোইদ্রা ?

কামিনীঃ—করিগী য়ারোইদবনো, হয়েংদু মখোয়গী মমুমদা হেক চৎবি-
বক্রো।

কুমার চিংন-চিংননা চৎখ্রে। মপুক্কিওদদি খল্লি,—মহাকসি শোয়দনা ওইরমগনি, ঐগী থম্মোয়না য়াম্রি, মহাক হায়রি। মচানুপীসু এম;এ, তম্মে হায়রি, ইম্ফালদা লৈসু হায়রি, অদুবু য়াম্না-মাল্লবসু, মতম্নদি শাংখ্রবনিনা মাস্ন, ঐস্ন খঙলবসু ইচিংদা চিংনরবনি। হয়েংদি মহক্কা উনদবা য়াদ্রে। চিংনবা পুন্নমক শেংদোক্লবা তারি। অস্মন্না ওইগদবা ওইরোইদবা রাখল কয়াগা লোয়ননা কুমার মমুমদা হেক য়োৎবগা থাজমানবীদা হায়, "ইবেম্মা, চা কপ অমতা হাউনা লোল্লকউ, ঙসিদি ইপা খরা রাত্রে ভৈহাক পোথাগে" কুমার রাখল অমা লাকই, থাজমানবীনা চা পুথোরকপদা হংই,—"মেম্মা, নখোয়গী য়ুমসিবু কদাইদনো ?" "পাবুং ঐখোয় য়ু মদি বিষ্ণুপুর কৈথেল মনিঙদা মাণ্ডব অমা লৈরিবদুগী মনিঙদনি," থাজমান-বীনা খুম্মি। কুমারনা মখা তারকই,—"ঐবু নহানমখৈ ইহং-হ দে, নখোয় ইমাগী মমিঙ করি কৌবগে ?" থাজমানবীনা শন্না খুমদোকখি,—'কামিনী।" কুমার শ্বাই লাউখি, থাজমানবীদা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। মথংগী মুনিওদি কুমার, মহক্কী মরম খঙনবা কামিনীহোয়দা চৎখ্রে। কামিনী চাকচা তোক্লগা দুকান থোক্কে হায়দুনা থৌরাঙ তৌদুনা লৈরম্মা, তাঞ্জাদুমক্তদা কুমার চঙলুরে। কামিনীদি থোইনম্ন থল্লদবনিনা ঙকপোই করিবোই; "খুদা-শোমদা লেঙশিনবিয়ু", হায়দুনা মোরা অমা থাই। কুমার য়াম্না হঙোইনা ফম্মী, রাহোদোক ওইনা অহল-লমনগী মরমদা রান্নী খরা শানৈ। কমিনীনা য়াম্না শন্না- পাউথুম পীখি,—"অহল-লমনসু অমতা লৈজদ্রে, য়ুমসু-তেকখিদুনা ইবুংগী য়ুমদা শাইদাংদুনা লৈজরিবনি।" কুমারনা মখা তারকখি,--ইপুরোইবদি ?" "কুইরে, শিখিবা, অঙাংসি পু চনুঙদা থমম্লগা

শিখিবনি," কামিনীগী পাউথুম্মি।

কুমারঃ—ইপুরোইবগী মিংকৈকাদি?

কামিনীঃ—পল্লুদুনবু করি কান্নগবনোদা......।

কুমারঃ—মহাক্না করিগুম্বা লৈরি হায়দুনা থোক্লক্লবদি....?

কমিনীঃ—ঐ মহাকপু মশক খঙলরোই, খঙননবসু হোৎননিঙত্রে।

কুমারঃ—করিগীনো অদুক য়াম্না য়ারৌরিববো?

কামিনী;—মদুগী য়ারীদুদি য়াম্না শাংগ্রবনি. সাবনা করি হায়বিগদবা হেক্তা তাকপীয়ু।

অসুম্না হায়রম্নগা কামিনীদি ইমুঙদা চঙত্রে। কুমার ঙৈহাক্তং, কুপ্লংনৈ, করম্না হৌদোকনি খল্লি, অমুকসু—"ঐবু হৌদোক্লরগা, শাথিনা চোপ্লত্রা, হৌদোক্লগনা করম্না....ইস, লুত্রেদা!" অসুম্না মখল কয়াথোক্লা খল্লিঙৈদা কামিনী চা কপ অমা পুরদুনা থোরক্রে। কামিনীনা চাদু থম্মি, মহাক্কী য়ারীদু লোইশিন্নিঙবগী ইরাঙ অমসুং উৎলি। কুমার চাদু অমুক্তং চুপ্লগা হায়রকই,—"মমাঙৈদা ইবেম্মহোয়গী য়ুমদা কুমার কৌবা মুপা অমা লৈরম্বা?" কামিনী,—হোয়; মখিঙ ফাওবদি কাউদ্রি, মশক কাউগ্রবসু।" "মশকুবু নিঙশিংবা শুকঙম-ঙম্বিররোইদ্রা?" "হোয় শুম মথং-মথং কৈকা নিঙশিংনরবদি ঙম্বসুময়াই অদুবু মদু ঐনা কান্নবা থবক নত্রে হায়না খঙরে।" কামিনীনা মখা তারকই,—"সাবকী য়াদু তাকপিরো।" কুমার, "ঐনা য়াম্না পামজন্নিবদি অদোম্না ইপুরোইবগী মশক নিঙশিংবিবা অদুনি।"

মদুনা সাবকী করি কান্নবা?

কান্নবা য়াম্না লৈ।

অদুদি ঐ অশংবা মতবদা নিঙশিংনবা হোৎনজগে।

ইচাবুপী অমসু ইন্দালদা লাইব্রিক তমদুনা লৈ হায়বা নত্রা?

য়াম্নি।

"হৌক্লিক ঐ নঙোন্দা অশেংবা হায়রগে, ঐঙোন্দা মুম্না য়েংউ, নহাক্কী নপুরোইবা কুমার হায়বদো ঐনি। মতম অম্মুক ক্ইরবসি ঐহাক ইচাম্নুপী অমম্মং নহাক্কী মরমদা থিবা ঙমদবনি, ইচাম্নুপীনা লৈরিবত্তুম্থ ঐগী য়ুম্নদনি, ঐহাক ঙশিদি নহাক্কা উনবা অমম্মং চমথোক্লবসিদা য়াম্না নুংঙাইরে, নহাক করি থল্লিবগে" ? কামিনীনা শম্না খুমখি,—য়াম্না নুংঙাই-জরে, মতম কুইনগী মতুংদা ঐগী ইপুরোইবনি, হায়ত্থনা থিবিরক্লিবসি, মানম্থ মাল্লি, ওইম্থ ওইরমগনি, অত্থবু ঐদি অত্থগুম্বা মহাক্কী মুপী অমম্মং মচাবু মশক খঙদবা, মুপা অমগা অমুক হন্না লৈমিন্নবা হায়বত্থদি ওইথোক্লরোই অত্থগা মুপীমচাত্থদি তশেংনমক নহাক্কী নচানি; মহাক্কী দায়ীত্ব পুংমক্তি নহাক্না ঙসিদগী হৌনা পুবিরো।"

# পাপ্পা পাপ চায়

তোমাল মতোমতা লৈজবা লৌউ, শিংউ, ইখোল কোইবা য়াম্না কল্লি, শয়া হায়রবদা নোম্বা য়াম্না কঞ্জবা মুপানি তৌবতবু মহাকসি মরম্নাইগী লৌদি লৈজদে, খুল্লকী, ইনাকখুনবী ময়াম্না শামুলোইবী হায়না খঙনবী হয়বী অমগী লৌ শাঞ্জবনি। চহী অমগী লৌপুগী ফৌপোং ১২ তমথ্রগা লেমহৌবতুদি মাগী ঙাক্তনিনা, শেন্দি ফনা য়াম্না পায়রে। শেল য়াম্না পায়রক্লবসিদা রাখনসিস্থ মওং অমা হোংলকপগুম তৌরক্লে, কেনিঙবা, কোয়নিঙবা, ফি কজবা শেংনিঙবা, অসিনচিংবা। করিগুম্বা মতমদসু লৈশাবী মচা নত্রগা মৌ নহা হেক উনরুবদা লক্লবগুম্বসু হেক তৌরুই, অদুদা লৈশাবী অনসুং মৌ নহাশিংনা খুদোংচাবা লৌদুনা অচা-পোৎ চাথোকপিবনা মরোল অমা অদুবু তোমালদি মতুদা হরাওজরিবনি, মুং-ঙাইজরিবনি।

তোমাল শেনসি ফনা নিংথিনা পায়রে, থায়নগী অহনগম্না মথমদি অসিনি, কোম অমা তৌথোক্লে, মতুদা চফু খরা চাউরপ তৌবা অমা ফুমজিল্লে, মচিন্দু কাতোক্লগা মপুম থুমজিন্দুনা থম্মনি। মহাক্কী শেনসি চফুদু থনকোক তৌনা লৈরে, চাম চৎপী, য়াংকে চৎপী, তরা চৎপী....। তোমানসি শামুলোইবী-ইনাক খুনবীগীদা য়াম্না ওয়ায়না চৎলি, শেল-থুমগী, ফৌ-চেঙগী-হিসাব তৌনবা। ইনাকখুনবীগীসু কমা'মতা লৈজদে, মহাক্কী ফৌগু-চেঙগু অমসুং চাক-ইশিং খোংবনচিংবা লৈনম্বীদগী হেন্না। লৈনম্বী চহীদি হাইফেৎ লিজরবনি অদুবু তাঞ্জা অমা নাম্থোকখিবদগী ইনাক খুনবীগী সেবাদা পুন্সি কখোক্তুনা লৈজরবনি। লৈনম্বীগা তোমালগা ইতত্তুনা উনৈ, রারীসু শামিন্নৈ, লৈতবা-লায়র, অরা'না করাগী। অসুক কুইনা তিম্নরকপদগী পুকচেল খোইজেন্দি ফনা নিংথিনা খঙনরবনি।

নোংমদি তোমালনা য়াম্না চন্থা অমসুং মীনুংশি খঙবগী মওংদা লৈনম্বীদা হায়খি,—"ইবেম্মা, নঙবু নয়ুম নকৈ পান্দুনা নচা অমা'নিদং লৈহৌরগা নপুন্সিছু অকম অমা খঙনা লৈহৌবনা কত্রনে ? কনা ম খঙগনি হক্কে ইদোন' বেম্মা, ইনাকখুনবীনা লৈখিত্রগা, মীওইব হায়বসি লৌনিঙবা, ফংনিঙবা ঙাক্তনিনা, মরি মতানি হায়ত্তুনা অশাবা মরি-মত্র কয়া'মা চোংথোক্লরবদি, নঙবু নপাক্নদা রাত্তুনা তোক্লোইত্রনে ?" লৈনম্বী রাখন্দি তৌই, খুড়া তোমালনা হায়রিবসি চুমদি চুম্মি, অদুবু হৌজিকপু ঐনা কনাদা করি তৌরুদৌরিবনো ! অসুক কুইনা...... । ফো'না হায়রকই,—"খুড়া চুমদি চুম্মিনে, অদুবু হৌজিকপু ঐনা.... । তোমালনা হরাওনা খুমখি, এ !—এ !.........মদুগীদি নঙ করি'মতা চিংনরুগম্বু খুড়ানা ইচাদোনা হক য়োক্লগা লোইরেদনা !"

অদুবু খুড়া, অবোক্তা অমুক্তা হায়বনা চুম্লোইদ্রৌ ।

হায়গেনে মদুবুদি ।

অবোক্তবু য়ারবদি ঐগীদি বেরা লৈতে ।

য়ানিদা !

অদুদা....ঐনা চৎত্রবদি মাগীদি কনাসু লৈহৌরোইদৌরিবা ।

মাগীসু অমা'মুক থিবা হায়বত্তুনিদনা ।

হোয়, অদুবুদি মী অমনা মী অমগীদমক্তি মাঙবা ভমত্রদো !

অসুম্না তোমাল অমসুং লৈনম্বী মখল মখা কয়া পোক্লা ঙাংনরবা মতুংদা নোংমদি, লৈনম্বী কনাসু তাক্লমদনা খুড়া তোমালগী মতুং ইন্দুনা চৎখে । ইনাকখুনবীনা খলহোই,—"ওয়োকপনিদা ! মহাক্না-অহন্দুনা চৎখিরদো, ঐঙোন্দা রাহৈ অমতংদসু হংলম্বদি অক-কত, খক্তিজং খম্বা য়ারম্বনি । মহাক্না চৎখিবদুগী অর্থদু মওঙ মমাম্বা ওইত্তুনা চৎপদি ওইরম্লোই, অহন্দুম্বী মরল-মথুম খরা পামত্তুনা চৎপা শোয়দনা ওইরমগনি । অদুবু, যবে, মহাক্নসু মাখী মুংঙাইনবা মওং অমা য়েংজখিবনি, ঐনা

অম্মুম ফাজিন্দুনা থম্বদি য়াবা নত্তবনিনা। ঐগীস্তু ঈশ্বরগী তম্বা-অমা অত্থমক মরাক্তনি।" অম্মুম্না ইনাকখুনবী মতোম্মতা পুক্নিংবু থেমজিন্দুনা লৈহৌই তামালগা লৈনম্বীগন্না ময়ুম পানবগী পুন্সিদা নোৈনা খোংদাজখে।

খুঙ্গ গী মীশিংনা য়া-য়া লাউনখি,—ইমাই' পেম্মা! লৈনম্বী হায়বী ইনাক খুনবীগীদা লৈবিদো, মাগী লৌ উবা তোমাল হায়বা হমুবত্থদা লৈম্রে হায়নে। ময়ুম পানগে হায়রগনা মতমচানা শালহৌগনি, অত্থক কুইনা লৈবগা, হৌজিকপু লিবা হৌনবমখে লিবগা-ময়ুম পাল্লত্থবো-কখি কান্নবা কংগদৌবিবনো! অমনা হেক খুম্মি,—নখৌ লৈদ্রৌ! মীবু য়াহৌ ভনবা কয়াম্মু লৈ, থেংবা করাম্মু লৈ, মামী-মাগী অপাম্বা হায়বত্থনি। নচা, ইচাদা হেক চেকশিঙ্গবগা লোইরে" পুন্নমক ভাংনবরা মতুংদা অম্মুম্না লোইশিনখি, মহাক্না, লিরিবা মরিত্থগা হংম্বক্তরদি খুড়াত্থগা পান্নবনা চপ চারেদা।"

হৌজিক তোমানগা লৈনম্বীগা অনৌবা য়ুম্বাম্নি। তোমাল ভম্বা হৌগংলি, লৌবুক্তা চংলি, হল্লকপদা চাক লোইত্থনা লৈরম্মি, চাক চাবা হেক লোইবগা হিদাকফুদা শাম্বক অমা পানশিল্লি, তোমালনা তোংজৈ প্রোক-প্রোক চি ই, হিদাক থকপা হেক লোইবদা কা-মতপ অমা মত্থ চাবা লোইরগ লোইফাত্রিভৈদা ফমুংদা পোথাবা চঙতি। ফমুংদগী মুন্নিদাং-য়াইরমদা হৌগংলগা, তোমাল, থাঙজো অমা পায়রগা লৌবুক পাংগ্রে লৌ পেংবা অমম্মুং নাপীনচিংবা ফায়বা। মত্থ লোইত্থনা কারকপদা লৈনম্বীনা চাক লোইরম্মি, থাঙ-খুৎ হাম্নদোক্লগা চাক চারে, ভৈহাক য়ারী-য়াতায় শাম্নরবা মতুংদা ত্থম্নখি। অম্মুম্না তোমাল অমম্মুং লৈনম্বী অমিগী পুন্সি ওস্থোক্না মুংভাইম্নবা পুন্সি অমা ওইনা লেনবা হৌম্নকখি। তোমালদি মহাক্না মঙ কাওবা মঙখিদবা পুঞ্জিম্নি। অম্মুকী মতিক মঙোম্দা মুংভাইবা কাওখে মত্থদি,—"ব্রহ্মাগী ফংভমগ্রবা মীওইবগী পুন্সিনি', হায়বসি মঙোম্দদি অচুম্বা ওইনা লোকখ্রখনি। তোমালগা

লৈনহৌগা অনিগী পুন্সিসি অমতা ওইরবনিনা, তোমালগী অচিক-অকোম পুন্নমক লৈনহৌনা খঙলবনি, করি অমুক হারগনি, তোমালগী তু:শিঙবা শেল ফাওবা মবানি পুথোক্তুনা থীগিন্নরবনি।

থুল অদুদা পাখঙ শরি তোনানবা অমা লৈ। ময়ুম পানবগী মতমদি হেন্দোক্লা হেল্লবনি, অদুবু করিগীনো খঙদে, হৌজিক ফাওবা ময়ুমদি পান্দ্রি। মো নহা নত্রগা লৈশাবী অরিবীশিংগী মনাক্তা ফমদুনা ৱারী শাবসি মহাক য়াম্না হৈনৈ। পাখঙনদি অরিবনিনা ময়ুমদস্মু অহল লমন নত্রগা মচন মচেনস্মু ৱা ঙাংবা হঙ্গোইনরবনি। মহাক্কী মথৌ হাযববু নোং হেক ঙানবগা ফি শেত্তুনা থোকখিবা অদুগা ৱারেম ঙাংলুবনি। মহাক্কী থোইদোকপা গুন অমনা ইশৈ ফজনা শকপনি! ওঝা গুরু নাইনা তম্নবদি নত্তে, অদুবু মহাক্না হৈতবদি য়াওদে, মখোয়গা মুংশিব-নিনা তাবদি অদুম ময়ায়। মশক মতৌস্মু য়েংবা য়াই, চাউদম শাংদম্মি, কুচু কুমেন থোকই, য়েংবদা থোইদোক্লা অচৌ-অশাং ইমুঙদগী থোরকপা মাল্লি। মহাক খুঙ্গংদা লৈজরবস্মু খরা তোনানবনিনা, লৌউ-শিংউগী থবক্তি তৌদ্রে, লবুক্তা চংলগা ৱারেম ঙাঙলুবা অমস্মু লৌরিদা ফম্নগা ইশৈ শক্লগনি।

হৌজিক ইনৌ-নৌনা মঙোন্দা হৈনবী-অমা পোক্লে, মুংমিদাং শন্ধ্যা য়াইরমদা লৈনহৌহোয়গী মনিঙগী লবুক্কী লৌরীদা ফমদুনা ইশৈ শকপনি। মহাক্না মুমিৎ খুদিংগী লৌরীদা ফমদুনা শক্লিবা ইশৈসি মখল শুবনি। বাশক, অধুনিক, খুল্লং ইশৈ—। মহাক্কী ইশৈদু মুংশিবনিনা লৈনহৌস্মু চাক থোংন-থোংনা খুৎচুম হৈদোকপা থোকপদস্মু অদুম মতায় অদুগা মহাকস্মু শক্লিবদু কনানো হায়বদুদি মুন্না খঙদে।

তোয়াইমা, নোংমদি মুংথিল অমা লৈনহৌহোয়গী মাঙ্গোন্দা ফম্লে। লৈনহৌ মাঙ্গোন্দা ফি শাদুনা লৈ, তোয়াইমনা থোইদোকপা হঙ্গোইবা তোদনা হংলকই,—ইতৈমা, তাদা তোমালবু লৌবুক্তা চংখি ত্রা। '' লৈন-

ম্বী খোইনা খল্লবা লৈতনা খুম্মি,—"অং, ইবুংঙো চৎখি, করি হায়বগে" মখা তাথরকই, তোয়াইমা মোং-হাদনা খুমখি,—"কৈস্ম তৌদে-দা, সুম হংজবনি" অমুকস্ন মখা তাথরকই,—"ইতৈমবু ময়াম্না তা-তোমালদা যুম পাল্লি হায়দুনা ঙাংনরিবসি তাবিদ্রে ?

তাদেনে, ইতৈমদি, করম হায়না ঙাংনরিবনো ?

হি..ই ময়াম্না হন্নুবসিদা লৈদনা মাঙলেদো........— . ।

করিনোদা ইবুংঙো, অদুম্না হেক ঙাংনবরনে ?

অওইবনিনে ইতৈমা, নমিত্তা নচাস্ন উররোই, করি কাম্নগনি হন্নুবাসিদা........।

লৈনম্বী, মানা ঙাংলিবা ময়ামসি তারগা খল্লি,—"করিগীনো মহাক্না ঐগী যুম পানবগী মবমদা অম্নক য়াম্না ঙাংলিবশিবো, মশিবু কবম্না মীওই-নো। অদুবু মহাক্না হাযবিবশিং অসিগী মনুঙদা, ঙসাইগী অঙাংগী না অমা যাওখিবদুদি, ঐস্ন খজিক্তুং খন্দ্রবা ঙমদে, হেবা ! মদুস্ন ঈশ্বরনা তৎনিদা ! ঐবু, অম্নক লুনা, মুংশিনা তৌরিবশিবু করম্না মীৱায়গদৌরিবনো। "লৈনম্বী, রাখল্দা ঙৈহাক ঈশ্বরগী হাযবসি খঙলদুনা অমুক্তা নোক-শিল্লকই,—"ইতৈমা, মুপী ওইবশিংনা খাইদগী মুংঙাইজবসিস্ন মতম্নক্তা মচা অমা পমজরেগা নোক-খেদুনা ঙৈহাক পোশ্থাজবদু নত্রগা, মদু ইতৈমগী লইবক্তা তমগনি হায়বসি ঐ কয়া উক্লদে। "লৈনম্বীনা লায়না খুমদোকখি,—"খঙদেদা, ইবুংঙো, নঙ ঐনা তম্বা ঙম্লনে; পুম্নমক ইবুংঙা মাগী নোংদম্মি।" "এং ইতৈমদি লাইকৈকা য়াম্না থাজবিরি পোৎনিনে, লাইনবু অঙাং শাবা চৎপা, থায়নগী চৎনবিদু য়াত্রবনি।" ফরে, ইতৈমা, ঐ'সুম ঙৈহাক মুংঙাইদুনা রারী শাজবনি চৎচরগেকো,—রারৌবিবা য়াদে, অম্নম্না রারোইশিল্লম্নগা তোয়ইমা ছই-খোংদুনা চৎখে।

সন্ধা রাইরম য়ৌবকপদা তোয়াইবগী থবক হোৎখে,—লৈনম্বীহোরগী মনিঙগী লৌরাদা ফম্নগা ইশৈ হোৎখে। অহানবদা বাশরা হৌই,—

থন্না থন্না হৌখিবনা অহিং অসি লোইথবে
লাকখিদরে মহাক্তি...... ।

মথংদা শম্মথরকই আধুনিক

হে, মুংশিবী থন্নারুগী থন্নায় ওইরিবী
লাক্লো মঙবু ঐগী নাক্তা......

অরোইবদা থুম্লংইশৈ

শাবী ইবেম্মা মুংশিবী
পাথঙ করি ওইরম্শিগে
মুংশি নঙং লাংগী·······

লৈনম্বী, চাক থোংনা-থোংনা তায় ঈশৈহু, খন্নি.—"খোঞ্জেনসি ফনা মুংশি তাবদি অতুম ময়াই, অতুবু করিগীনো নিংথমগী অহিং ঈংথ্রবসিদা মহাক্লা-দঙ্গিদোনা লৌরীসিদা ফম্লগা শক্লিসিবু! কনাগুম্বা মহাক্লা তাহন্নিঙবা-য়াওব্রা ? নত্রবদি করিগীনো মহাক্লা অহিংসিদা অন্নারা থাঙগদোরিসিবু! তৌববুদি মীগী, মীগী-পামজবী,-মুংঙাইজবী-হায়বম্মন্নু মরৈ, করিবু ওইরমগদবনো খঙদেদা।"

লৈনম্বী, চাক থোঙখিরে, তোমালগী থিবিরে। তোমালনা চায়িঙৈদা লৈমম্বীনা ইশৈগী রাসি তম্মি। তোমালদি হায়না খঙবনিনা হায়রকই,—মতুগী তোয়াইমা হায়বা পাথঙ শক্লিহু ওইরমগনি, মহু মথোং য়ায়া হুক্তবনিকো, মুপী মনাক্তদা ফম্মি, অতুগা মুপীমু অয়াম্বা মতমদা মীগী ময়ুম মকৈ পাল্লিবী, মপুরোইবা লৈবী মুপীগী মনাক্তদা ফম্বনি। মহু অমুকম্মু তা-চাউবগী মুপীদা করি-করিনো তৌরম্মি হায়দনা য়ায়া থীনা খুথ্রবনি, চেৎকপ্পিজোকো চোপচপনি। মামা নঙগী ননাক্তা লাক্লিবদো খঙব্রা,-নহাক মীনৌনি মাবু মশক খঙলম্লোই হায়দনা তৌরিবনি। ইশৈহু ফজনা মুংশিনা শক্লগা মাবু কৌরম্লবা তৌম্লিবনি, বাঁশী কৈকাম্ন খোংলকখিনি,— অঙকপা মীনি,—অঙকপা !

তৌমালগী য়া ময়ামসি তারগা ওসাইগী মানা ঙাংলস্থা ময়ামদু অমতা চিথদয়া তারকপগুম তৌখি। মাগী লমচৎস হায়রিবা অদুমক তৌরমগনি, খনখি। অদুবু লৈনস্বীনা মখোয়দা লাক্লস্বগী য়াদি হায়দে, মপুক মনুংদতা খঙজিনবগী য়ানি। তৌবগীদ তোমালসু অহল ওইজরবসু মমিত্তা মচা অমতং উজবদি পাখি ময়মদি মহাক্কী থাড়াসি মূৎহল্লিঙদবনা। অদুগা মরক মরক্তা মবানি হেক-হেক খন্নৈ.—ইবানিবু অঙাংসি অমতা লৈররোইজ্রা! লৈনস্বীনা খরা লিজরবসু মুপীনিনা ইকাইরপ-তৌনা খুম্মি,—"করিনো, ঙাংলিহুবো মীগী মমাঙদা ইকাইজ্রৌ, ঈশ্বরনা তস্বা হায়বতুনি, নঙ ঐনা তস্বা-ঙস্বে!!" "হোইদা-হোইদা, অদুবুদি অদুনি, অদুদা 'সুম পামজবগী অদুক মনিঙশিংবা হায়বতুনি। "অদো, কায়দে লাই-নিঙলগা লোইরে, পুন্নমক ইবুংঙো মাগী মখুত্তনি।

ওয়াংগী মতৌগুম ঙসিস্ন তোয়াইমা লাকুনা ফম্মরে, লৈনস্বীগী ফিশা য়োংখম মনাক্তা। লৈনস্বী থোইনা য়েংলুদে মাগী ফিডু লোইনবা শাই। তোয়াইমা অচিকপা থুগাইহুনা হৌরকই,—ইতৈমা, ঙসিদি শাউরবরা করিনো, য়া অমতা ঙাংজ্রিসিবো? "শাউদে, ফি-সি লোইশিল্লগে" "করি-গীনো ইতৈমনা অস্থকরানা ফি-বোন শারিসিবো, মুংঙাইনা লৈথোকপা য়াজ্রৌ?" "ঐগীসি পোথারিবনি য়াবা নত্তে।" "কনা কনাগী ফিনোনে শারিহুবো, হেল্লবদি ঐখোয়সু অমতা লোবা য়ারোইদরৌ!" লৈনস্বী য়া মথা তানিঙদে, চবেৎ-চবেৎ ঙাংবগী শাউনিঙবা পোকই। তোয়াইমা, অনম কনবগী মওংদা অমুক হায়রকই,—"ইতৈমা হুয়েংদি লাই থুম্মস্নু-সিনে, হন্দক্তা ফাওবা লাই অমা লৈ হায়নৈ, মঙোন্দবু থরায় য়াওনা মমিত্তা মপী তাহুনা নিজরবদি ফংদবগী য়া লৈত্তে হায়নে।" লৈনস্বী হন্দাক্তি শাউরপ তৌই,—"করিনো ইবুংঙো! অঙাং লৈত্রবসু য়াইনা, করিনো নহাক্না অদুক য়াবিরিবহুরো! "এ....এ....ইতৈমা-শাউবিহু'সুম মুংশিজহুনা তৌবনি।" হন্দক্তি লৈনস্বী চপচমা শাউরে হায়রকই,—নহাক উশিত্তবা

তৌমুকো, হোরেল নহোয় তাদ লাক্লগা কুম্মৈ তৌহল্ল্রা! ঐসি কনানো খঙব্রা? মুপা অমগী মুপীমি মহাক্না উশিন্তবা য়াম্না! তোয়াইমা নোখি-নোখি তৌই,—"ইতৈমা, মিঙ্গৌনা য়াদবগী ইতৈমা কৌবনি, মুংশিত্নুনা তৌজবনি," হায়ত্নুনা মশা শোক্কে হেক তৌবদা, লৈনম্বীনা মাগী পাঙ্গন্দেম মতোন্দুনা খিনবদা মনাতোন্দা শোকখ্রমাল্লে, "ইস্" হায়ত্নুনা মকোক্ লৈবাক্তা লুকথখে।

তাপ্তত্নুমক্তদা তোমালম্নু লৌবুক্তগী হল্লক্লে, তোয়াইমনা অত্নুম্না-লৈরম্বা উবদা, করি তৌরবগে হংই, লৈনম্বীনা শাউনা খুমখি,—"কৈদৌনি, লাপ্পা পাপ-চাবনিদনা!" মমৈদা লৈনম্বীদগী রাম্বী পুম্নমক তারবা-মতুংদা, তোয়াইমা, সরপক্তদা পীথোকখে। সরপঙনা বিচায় তৌরবা মতুংদা লুপা-চাম জোরি তৌহল্লে, অত্নুগা দশিংগী মশক ওইনা মহাকসি খুনসিদা লরবদি অসিগুম্বা থবক কয়ামরুম থোরকপা য়াই থনবদগী-খুন্দগী তাম্মোকখি।

# থাজগী মঙাল

সুমিৎ খুদিংগীনি রুহিনীনা মফুঙ মপাদা ফাৎলিবা মিহুৎ-থোঙহ্নগী মপাদা ফমগা লম্বীদা চৎলিবা অচৎ-অওক পুম্নমক য়েংলি। সুমিদাং-ব্রাইরমদা লিরিবা নাম্বিনা হুম্বদা তেকথরুরবা হকচাংসু তেকখৎহল্লি, সন্ধ্যাগী মন্নিবা মঙান্দা মমুম-মায়কৈ তম্নকপা পোম্বী-চেক্লাশিংনা সুশিং ইশৈ শরুম্নসু থরায় ভানা তাজে, লোইবী-চীংশাঙ মরুমদগী শাংখ-লেম্ন কাখৎলকপা থাজগী মঙাল ফংবদা, পুক্নিঙদা অনৌবা আশাগী-মঙাল ফাওবগুম তৌই। লৈকোনগী লৈরাংশিংদা খোইমুনা লৈহী চুপ্পা উরগা, ফাওই পুন্সিগী ঈথক-ইরাঙ,—মহৌশাগী ফজবা, সুংশিবা পুম্নমক অসি উরুরগা, খন্নুরগা, রুহিনী মতোমতা খঞ্জে,—"এবু ফজবগী মহাও, সুংশি-বগী মনম ফংবা ঙমখিগদ্রা!

রুহিনী, মী-ওই, মীতৌ ফজবী, কুচু-কুমেন থোকপী, মায়থোং ফজবী সুপীমচানি। মহাক্কী মিহুৎ-থোঙ মপাসিদা চৎপা পাখঙ কয়ানা মহাকপু য়েংলমদনা চৎখিবা য়াওদে, মহাকপু শামান্নবশিংনা .মিতারি খনবদা খম্মোয়দা আশাগী মঙাল অমদি তত্তনা ফাওরি। সুমিৎ খুদিংগী উনরিবা পাখঙ ময়ামহ্নগী মনুঙদা অমদি মঙোন্দা য়াম্না থরায় য়াওনা লেংই, অহ্নগা অমুকসু মহাক্কী মিহুৎ-থোঙ মপাদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীহ্নগী মখোঙদা ফমহ্ননা রাথনগী ঈপাক্তা লুপ্পসু য়াওই। রুহিনীসু করিগুম্বা মতমদা মিৎ-চানরুবসু য়াওই, ইকাইজহ্ননা থোঙগী-থোঙনা ঙাশিন্দুনসু খাঙজে। হৌজিক্কি ওস্লোকপা মতৌ অমা ওইরক্লে, পাখঙহ্ন সুমিৎ খুদিংগী রুহিনীগী মিহুৎথোঙ মপাদা লেপ্পা নত্রগা ফম্বা অমদি তৌদবা য়াদ্রে, মহ্ন হেক তৌহৌদবদা মশাদা করিগুম্বা অমা ইরাৎ-রাৎপগুম তৌই,

অশুম তৌথিবদগী হৌজিক্কি মহাক্না হৈনবা ওইখ্রে। করি অমুক হায়রিসিগে নোংমা কহিনীগা উনহৌত্রবদি চীক চওদে. রুহিনীস্থ অহুমওয়ায় পাখঙসি নেংমত উহৌদবদা পুক্কিঙসি হৈনিওবা অমতা পোক্তে। মহাক্না মিহুৎ খোঙদা ঙাইবা হায়বসি হৈনবা ওইরবনি।

রুহিনী মুম্মিং খুদিংগী ফিজেৎ হোংই, ফজ-ফজবা ফনেক শেৎলি ইন্নফি ইল্লি, মরক্তস্থ মতমগী ফিজেৎ, ফুরিৎ খুদাং লাওবা,—খোঙ্গ্যাউ অয়াওবী স্কট ফজবা, অসিনচিংস্থ শেংলি। মতমগী কুমোৎবস্থ চুপ চান্না হৈ, মওং মওংগী শমগী মওং শেম শাবা, করিম্রত্তা য়াত্তে মুঙোন্দা। লাইব্রিকস্থ স্কুল কাজত্রবস্থ মযুমদা খরা খরা তমজতুনা ইবা পাবা মখেদি ফজনা ওম্মি। অতুনা করিগুম্বা মতমদস্থ মহাক লাইব্রিক পাহুনা ফত্রস্থ য়াওই। অহুবু মহাক্না খ্বাইদগী চায়জবা মরুপতি,—শক খঙদবা পাখঙসিনি। মুম্মিং খুদিংগী অসুম উনরক্লবনিনা, উনবদা নোক্লরে, অমগা অমগা থম্মোয়গী য়া ফাওনবে। অতুগা খ্বাইদগী ওকপদি মব্যানি ন্নোংমতা য়ারী শানবদি থক তৌদে। নোক্লরিবা মিনোক, য়েংনব্বিবা মিৎয়েং, য়াহং পাউথুম্মা থল্লবা মিনোক্লি, মিৎয়েংনি। পাখঙতুস্থ ওম্মোকপন্নি। নোংমতং লৈশাবীতুগী মিহুৎ-খোঙ মপাদা লৈপ্লহৌত্রবা নত্রগা হৈনৌ মখোঙদা ফমহৌত্রবদি থম্মোইগী পোখাক্লম খঙরে।

লৈশাবী পাখঙ অনিমক্নী থম্মোয়দা ফাওনরিবা ইহুনরি স্নোংদোক্লিওবগী ঈরাং অমা ঈহৌরক্লে থম্মোয়দা। পাখঙসিমকস্থ লাইব্রিক লাইশু নিংথিনা মপুও ফানা হৈরবা মী অমনি, থবকস্থ অমা তৌজবা মাল্লি, মশক মতৌস্থ চঙখোল্লি, য়েংবদা করিস্থ য়াওনা ঙই, অদুবু মাগী খ্বাইদগী ওক্লিবদি,—করিগীনো মহাক্না থাজগী মওাস্তবু ঙাইহুনা ম্নেওক্লিন্নী রুহিনীতবু থরায় তাজরুরিবা! মহাক্তি মুম্মিৎ খুদিংগী মপাল খোক্লিবন্নিনা ফজবা, অথীবা ফয়া থেংনরিবনি, অতুবু অওকপনি, মহাক্না রুহিনীতবু খোইদারুরিবসিমক! মসিরা? মন্নাম্মা হায়নর্ম্বিবা,—"মুংশিবদি মিৎ

তাওবনি" হায়বসে। নোকমিন্নবা, য়েংনবনদি থম্মোয়গী বা মপুং কানা কোংদোকপদি গুমদবনিনা, নোংমদি, মপুংকানা কাংদোকে খন্নুনা পাখণ্ডতুনা চে-জেৎ অমা পুন্নকই, হৈনৌ মখোগদা লেপ্পগা উংলি। রুহিনী, হৌদি হৌগত্তে, নোকই, পীরকউ হায়বগী মওংদা মখুৎ তিংথোরকই, পাখণ্ডতু উপায় লৈত্রতুনা হৈনৌ পাম্বিতুদা কাখৎলগা চে-জেত্তু পীশিনগ্রে।

রুহিনীগী অনৌবা পুন্সি অমা হৌখে, মুমিৎ খুদিংগী মিহুখোঙ মপাদা কন্নগা তাইবংপান পুন্নমক য়েংবতু গুসিদি, মশাতগী ওইজবা, মরম্মাইগী ওইজবা পুন্সি অমা হৌখে। চে-জেৎতু হন্না-হন্না পারগা খল্লে,—"জগৎ অসিদা ঐবু উবিনবা অমসুং থনবিনবা কনা'মতা লৈত্তে খল্লবতু গুসিদি, ঐবু থনবিবা অমসুং ঐগা তিংমিন্নবা পাম্বা মীওই অমা লৈরম্লে, ঐহাক হিংবগী অর্থ থোক্লা হিংবা গুম্নগনি।" চিঠীতু পারিবমখৈ পানিগুভি, পরেং নত্তনা ময়েক ওইনা ফাওবা পাবা হৌরকই। মচেনা, মমানা কয়া কৌই, রুহিনী তাবা ফংখিদে, অনৌবা তাইবং অমদা লুপখিবদগী। মহাকী মথম্মোয়দা মুংশিগী মুন্ন কন্নানা ঈথক হৌহনখি, পুন্সিগী ঈথক-ইপোমদা রাখনগী জগোই শাখি। অওকপনি! মী ওইবগী রাখল, থম্মোয়, পুক্নিঙ,—কন্দিগী করি ওইরকপা কনা-না খঙবা গুমগনি। মন্ন কোক্লুরবা উপাম্বীনা য়েল্লিং থা লাকপদা অনৌবা মরোল চোংলি, ইচেল কংলবা তুরেল্মা ইপাম্বা লাকপদা, মায়কৈ শলাই খণ্ডদনা ইমায় চোম্না চেম্নরকই,—পুন্নমক মহৌশাগী চৎনবী নত্তবরা! রুহিনীসু মীনি,—কাওরিবনি, তাইবংগী অরা'না, মুংশি-মুংওনগী ইথক-ইপোম থাজগী মওাল্দা।

রুহিনী, চিঠিতু কয়ারক হন্না পারগা খল্লি,—"করিবু হায়না হনসিগে! ঐগী চিঠী ফংলগা মহাকসু ঐগুম্না হন্নাও-মিনোক তমগত্র নত্রগা ঐগীদমক রাবিগত্রা! ঐনা মাগী চিঠী ফংবদা থম্মোয়দা তমখিবা ঈহল, কাওখিবা রাখল, রাইনা মহাকসু কাওবা, নত্রবদি কন্নমা মাগা ঐগা মুংশিবগী

রাখল পোকনি। অসুম্না খল্লতুনা চে কলম পায়খৎলি, খম্মোয়গী রা খররদং ফোংদোকচৈ। চিঠীতু ইবা লোইরগা কয়ারক হন্না পাজরে, য়ারে খল্লতুনা ফজনা থুপচিল্লগা থমখে। রুক্মিনী, চাবা থকপা লোইরগা, মাগী ফম-ফমদা চেজেত্তু পায়রতুনা ভাইখে।

মুন্নিদাংরাইগী তারমদাই মুম্‌লনা চাংন্না থাংলকপা মতমদা, লাক্লে রুক্মিনীনা খোরাংনা ভাইজরিবা পাখণ্ডত্থু, ফম্নরে হৈনৌ মখোণ্ডতুদা। রুক্মি-নী য়েংজে পাখণ্ডতুদা রারী শামিন্নে খোজেন্দি থোক্তনা, মায়খোং অনি য়েংনরগা মতুংদা উংলি মহাক্কী চিঠিতু, হুম্নরকই মখাদা পাখণ্ডতু তম্না। পাখণ্ডতুনা চিঠিতু খুল্লগা, ভৈহাক নোকমিন্নতুনা খম্মোয়গী রারী শান্নবা মতুংদা চংখে। রুক্মিনী, পাখণ্ডতুনা চংখিবা মায়কৈ য়েংতুনা লৈহৌই। পাখণ্ডতু থ_না য়াওনা ময়ুম্নোমদা লাকই, য়ুম হেক য়োরগা,মফি হোংদে মহাক্কী কাদা চণ্ডতুনা রুক্মিনীগী খম্মোয়গী রাহু পায়। মহাকসু রুক্মিনী-গুম হন্না হন্না পায়, অর্থ হল্লি মতোমতা,—"অসিন্না মুংশিবা হায়বর্শিবু," রুক্মিনীগী মিনোক-মিৎয়েং, মায়খোং, উবা হোন্নকই চিঠিতুদা, খল্লকখি,— "ঐগীদি নহাক্কা লোইরবনি, অহোবসু নহাক্কি, অরোইবসু নহাক্কি, ঐনা পামজন্নিবসি নহাক্কবুনি।' অণ্ডকপনি মখোয় অনিগী অশা ভরশা। অসুম্না মখোয় অনি চিঠি থাদোক-থাজিন তৌবদগী নকশিন্নবা হায়বতুমদি ওইরে, অনিমক খোরাংনৈ, ভাইনৈ,—মুংশি মপাঙ। উনবগী লোইবা নাইদে, য়েংনবগী পেনবা লৈত্তে। অসুম্না অসুম লৈবনদি পেন্দবনিনা, নোংমদি পাখণ্ডতুনা হৈনৌ পাম্বীতুদা কাখৎলগা হায়ররে, রুক্মিনী, অসুম্না কন্না কুইনা চখখিগনি, নহাক ঐহাক খম্মোয় মশক খণ্ডনরবনি, ইবানিগী পুক্ষি ঈচেল অমতদা চেম্ন্নিন্নবদা করি অকায়বা লৈবগে। রুক্মিনী, হোয়-মাই হায়দে তুমিন্না লৈ, মশাদি হুমাং কাংখি। পাখণ্ডতুনা অমুকসু মখা তারকই,—"করিনো, নণ্ডগীসু অপাম্বা অমা হায়য়ুদনা।" রুক্মিনী রাখল তোরগা হায়রকই,—"ঐগীসু রাখল খল্লবগী মতম খরদি পীখো-

দনা ।” “ফরে, ঐ হয়েং লাক্নে,” হায়রম্লগা প্যাখঙ্হু চংখে, তুং হুম্না হুম্না য়েংহুনা । রুহিনীস্নু লৈহৌই, ওস্থোকপা পন্থেপাক্কম খুঙ্গুবা রাখুল কয়াগা লোয়ননা । মখোয় অনিমক নোং ঙানবসি ফনা য়ানা ঙাইনৈ, কনাস্নু তুম্বা য়ানদে, শা-ওন, ঙা-ওন্দুনা থাঙনৈ ।” রুহিনীদি খল্লি,—হয়েং মাগী মমাঙদা ঐনা কয়া থোকপা ? ঐবু উন্নগা মহাক্না হায়গনি অতুম থনপত্রা মত্রগা অমা থনখিগত্রা ? “ঙাইবা” হায়বসিনা খ্বাইদগী মুংঙাই-বনি ফংলবদি মুংঙাইবা লোইরে । অনিমক্না য়ানা ঙাইনরিবা হয়েংহু লাক্লে ঙসিদি । পাখঙ নিতিগী মতৌগুম্না হৈনৌ প্যাম্বী মখোঙদা ফমজ্রে । রুহিনীগী ইমুঙলোমদা থুনা য়াঙনা চঙশিনখি । রুহিনীস্নু খুনহৌই, “করিগীনো মহাক্না ঙসি ঐখোয় ইমুঙলোমদা অমুক থুনা চংখি-সিরো !” অস্নুম্না খল্লিঙৈ তাম্না শিমক্কদা মমান্না কৌরক্কুই,—“ইরেম্মা, রুহিনী, নঙবু উম্নগে হায়ফুনা ইবুংঙো অমা লাক্লি-এ !’ য়াসি হেক্ক তাবদা রুহিনী, লুম্লাই শাংখি, হৈক্কহগা লোয়ননা মৈমায়দা ওম্নরকখি ।

---

# অশংবা লবুক

"কবিনো, ময়াম্না তৌরিসিবো ! ইপোৎ নত্তে, হায়দনস্থ পঙ-মাঙ মাঙহনবসি চুমব্রনে ? অস্থক ফজপ্রবা ফৌ অসিবু অস্থম্না লৈবাকসিদা ইত্তা-তাহন্দুনা মাঙহনবসিবু চুমব্রো ? ঐখোয় পুম্বনা শুরিবশিবু ফৌ'সিগী নত্রো ? ঐনা হায়বদি ইপোৎ নত্তস্থ মীপোৎ মাঙহনবদি চুমদে হু যবা । কদৌগে ফজনা থাওবা য়াই, চেকশিম্না য়ৈবা য়াই, মতুদা ফৌ য়াম্না থোক্লগা মহাজনগীস্থ ফবনি, ঐখোয়গীস্থ কাম্নগনি, ঐখোয় খম্না ফজনা থবক তৌসিদা " অস্থম্না মধুনা লৌমী-শিংদা চেকশিন স্বা কয়া হায় । মধুশি তশেংবদি মধুমতি কৌবনি, ময়াম্না শম্না 'মধু' কৌবিবনি । মহাক্কী অসিগুম্বা পোৎ মাঙহম্নিঙদবা মপুগী ফনবা তৌনিঙবসি উবদা শিম্মীশিংদুনা নোকই-অমস্থং করেম্নৈ, "মধু, ইবেম্মা, য়াম্না চেকশিনবিরেদা ! নহাক্কীদা মহাজনলৌ, ঐখোয়-গীদি নত্রো ! য়াম্না চেকশিনবা অমস্থং মপু শাবা পাম্নবদি, নহাক হেক্তা পাম্নরোনে লৌ-শীং পুম্নমক, ফৌগৈ-চেঙগৈনচিংবসে । তুমিন লৈয়ু, কাম্নরোই ঐখোয় নঙগী নথাদা থবক তৌবা নত্তে, মহাজন, জমিদার-শিগী মথাদা তৌবনি । ঐখোয় নহাক্না হায়বা ইনগদবা নত্তে, বাবু সাবনা হায়বা ইনগদবনি, নহাক্কী নথৌ লৈতে ।"

রাদি তাবদা মধু, ইকায়-সুংশি য়াম্নৈ, মহাক্নদি থোইদোক্না ফত্তবা রাখল অমগা লোয়ননা হায়রুবা মত্তে, চুম্নতা পোৎ মাঙহনবা ফত্তে, চুমদে হায়জরুবত্তনি, অতুবু ওম্নোক্না শাথিনা ইকায়বা নংখে । মহাক্না থরংখে, মতুংসিদদি "ঐ করি'মতা হায়জম্নবোই, মাঙলবস্থ তারবস্থ ।" অমরোমদা জমিদার সাবসি, অতুকহাক্না ফত্তবা হায়বদি মহাক্কী থবক

তৌরিবা মীশিংত্বু শাথীনা ওৎপিবা মীতাদি নত্তে। লোয়ামচাবা ওইরবস্থু শেঙ্গাও পায়বা ওইরবস্থু মঙোন্দা মীমুংশিদি য়াওদবা নত্তে মহাক্কী থবক শুবশিংনা মঙোন্দগী শেন্থঙ শেনপু কয়ামস্থু লৌই মতুদা মহাক্কা শেন্দোই লৌবা তৌকদে মখোয়গী খুং-শুমনগা খরা ককশিন্না মহাক্কা খরা কোকপি তৌতুনা মতুম শিংই, শম্না হায়রবদা মহাক শেঙ্গাও পায়রবস্থু মীবু ওৎ-নৈবগী-নীতি মঙোন্দা য়াওদে। মহাক্কী থোইদোকপা গুণ অমনা মুপী অঙাং হায়বদি তুশোন মাশোনবা কাঙবুশিনা খরগা হেন্না মুংশি অমস্থুং লুনা তৌই, মরম অসিদগী কল্লক-মিহো চাউবা মী খরনা মঙোন্দা য়েংশিনবস্থু য়াওই।

জমিদার কমলগী নিঙ-খায়বা ঙমদবা মরল-মথুমশি আ....পারী পুরী হাক্তক্কগী লৈরক্লবনি, মহাক্কি চুম্নতগী লন-থুম ময়ামসি শঙবনি। অতুবু মহাক্কী-পুন্সিগী অঙকপা অমস্থু লৈরি, মহাক কন'মতা লৈত্তে, মতোমতগী পুন্সিনি। মহাক্কী সেবা তৌবিনবা মী অন'নিদি থম্মি। জমিদার কমল থবক য়াম্না চিনবা মীনি, মহাক্কী লৌ ইখোলগী হিসাব শুবা, লৌ-ইখোল য়েংবা চৎপা, খুঙংগী মীশিংগা উন্নতুনা রারী রাস্তায় শামিন্নবা, চাওখৎ-থোরাংগী থবক্কচিংবা খরা পায়খৎপা হায়বদি স্কুল লিং-খৎপা ডিস্পেন্সরী হাংদোকপা; অস্নিনচিংবা থবক থোরম কয়াদস্থু থরায় য়াওবা মীনি। অতুনা মহাকপু খুঙ্গংগী মীশিংনা য়াই। অতুবু মীওইবা হায়বসি অঙকপা জীব মখল অমনি হায়দবা ঙমদে; মখোয়গীদমক অদুক য়াম্না অফবা থবক তৌবিরিবা মীতুগী মায়য়োক্তা ফত্তবা তৌনিঙবা মী কোঙ্গায়মস্থু লৈরিবনি।

পোয়ন্থু ল্লোরোক পাম্বানি, জমিদার কমলগী লোস্নাম খাওবা, য়ৈবা হোরক্লে। মহাক্কী চাউরবা ফৌগৈ, মচি অমদগী মচি অমদা য়েংথিবদা তাম্না উথ্রবা ফৌগৈত্রু-পীক থম্না হাপ্পিবনি, যনগী মপৈনা মরোল অমা, চক্র ইকুনা পৈকম চল্লকতুনা লবুক্তা. লৈম্লৈবনা কয়া, থবক শুবা মীশিংনা

পুথিবা কয়া, লোইবা নাইদে....। থবক শূরিবা শিন্মীশিংগী মনুঙদা থৱায় খরদং য়াওনা অমসুং ওইজবা থিদনা ঙ্গেংবিরিবসি মধু মতোমতনি। মধুসু মঙোন্দা শিন্নবা থবক্তদি থৱায় য়াওনা পাঙথোকপনি, কনা না করি তৌরিবা, হায়বদু মুন্না ঙ্গেংই, লোয়ননা মাগী মথৌসু পাঙথোকই। অদুবু কমলনা মধুবু খরা নুংশিরিবা অমসুং লুনা তৌবিরিবগী মরমদি মহাক্কী পুঁকচেল শেংবা, থবক্তা খোয়জঙবদুগীনি। শিন্মীশিংদুগী মরক্তা খরনা পোৎ-চৈ খরা লোৎশিল্লগা হোরেল ময়ুম চৎপা মতমদা পুথিবসু য়াওই, কনাগুম্বনা লবুক্তগী অদুম য়োম্থোকপাসু য়াওই, মদু উবদা মধুদি য়াম্না হৈনদে, মদু তৌগনুসি হায়না মহাক্না শিন্মীশিংদা ইত্তত্তুনা হায়জে অদুবু মখোয়না মাগী ৱাদু তাবিবা লৈতে। কমলসু ৱাখল খনবা জীবনিনা মদু খঙদবা নত্তে, মরমদুনা ময়ামদুদগী খুদোংচাবদু মঙোন্দনা। খরা হেন্না পী, মদু উবদনি ময়ামদুনা কল্লকইবদু।

লোয়ামচাবা কমল ৱা কয়া ঙাংগন্দে, চীং-লেম্মি, মীওই-মিতৌ চাউ-শাংই, মীয়ায় ওইরপ তৌরবা মীনি। চাউরবা মহাক্কী ৱুনদুদা মহাক মতোমতনি লৈবিবা, মহাক নুপীসু লৈতে, লৈনিঙবগী ৱাখলসু লৈতে মহাক্কী অসিগুম্বা মওংসি উবদা ময়াম্না মহাকসি অঙকপা মীনি হায়না লৌনৈ। নোংমদি শিন্মী খরনা লোঙ্গা লোন্থু্ন্নবা থবক খরা তৌবদু মধুনা উক্তরে। মদু উবদা মহাক্না তৌদনবা হায়রুবদগী মখোয়গা মধুগা য়াম্না থীনা নিঙভাই শা'দানখরে। মখোয় ময়াম্না মধুবু অঙকপা ফংনা থীনা হায়বিরে, অসি ফাওবা য়ৌনা হায়গ্রে মদুদি,—নহাক্কী নরল্লা। মীপোৎনা নপোৎ শারিবা করিগীনো, ইকাইদ্রা, নঙ য়াওরবদি ঐখোয় থবক শূররোই—..অসিনচিংবা। মধু ৱা-য়ামসি তাবদা ইকায়বনা লৈন্নুঙ চঙগ্রসিরা য়ৌগ্রে, মতোমতা খঙখি,—"অচুম্বনি, ঐ লাল্লে, মীগী মীরা-মীথৌদা খুৎ থিংজিল্লুবা তারে, ঐ হয়েংদগী হোনা থবক শূবা লেপ্পা তারে, চৎলরোই।"

মধু, মমা অমস্থং অঙাং, মুপা-মচা চহী-৪রোম শূরবা অমগা মখোয় অহুমতা লৈজবনি। মুমিৎ খুদিংগীদি মধু ঙস্তা হৌগৎলগা চৎকদবগী শেম-শাবনি, ঙসিদি মহাক করিস্থ থৌ-রা শাদনা তুমিন্না ফমহুনা লৈখ্রে। লুরিবদি মখোয়গী ইমুঙদা মহাক নত্তনা থাকপিনবা কনা'মতা লৈতে, মরমদি মমাস্থ থোইদোক্লা অকনবা থবক শূবা ঙম্বা চহী মতাঙ নত্রে অহুগী মথক্তা মধুনা থবক শূবা চৎগ্রগা মমানা অঙাংহু শেন্নহৌরিবনি, অহুনা মখোয়গী ইমুঙদা মধুনা থবক শূবা চত্তবা হায়বসি, চরা হেনবা নত্তনা অতৈ করিস্থ ওইরোই। মধুস্থ মরায়বকথীবী চন্নুরাশিংগী মন্নুঙদা অমা ওইরবনি, মরমদি মহাক্কী মপুরোইবহুস্থ ঙস্তানা কায়নরবনি, মচা পিশক অমা থনম্লগা। মচাহুগা লোয়ননা মপামদা হল্লক্লে, হৌজিক মমা মচা মখোয় অহুম্নি লৈরিবহু। চহী য়ামগ্রবী মুপীদি নত্তে, মী লাইনা পাম্নবা মতমহুমক হেন্দোকগ্রবস্থ, পাম্নবদি মহাকস্থ য়ুম পানবা য়ারিবা মতম্নি, অহুবু মহাক থোইদোক্লা রাখল অদোমদা পুক্রিঙ থিংজিল্লুবা তৌদে, মাগী হায়ববু হিংনবা লম্বী থিবা অশেংবা পাম্বৈনা, মচা মী ওইনবা শেম্বা অসিনি। মধুনা লৈরিবা খুন্দুগা জমিদার সাবনা লৈরিবা খুন্দুগগী মরক্তা খুল অমত' খল্লি। অহুনা খুন্দু য়াম্না থাপ্নবস্থ নত্তে, নরুবস্থ নত্তে। মধুনা থবক্কী রা পন্দনা তুমিন্না ফমহুনা লৈবহু উবদা মমানা হংখি, "কদৌরে, ইবেম্মা, নহাক থবক চৎলরোইদ্রা?" মধুনা শন্না খুমখি, "ঐ য়াম্না রারে, ঙসি ২/৩দং পোত্থাখিগে।"

মুমিৎ ২/৩নিরোম, মধু থবক শূবা লাক্তবদা, কমল চিংনবা পোকলক্লে। থবক শূবা লোইরগা মন্নাম্না পৈশা লৌবা লাকপদা কমলনা হংই,-"কদৌরে, মধুদি, ঙসি ২/৩নি থবক শূবা লাক্তবদি?" শিন্নীগী মকোক তোমালনা খুম্মি,-"মহাক্ত নহাল ময়ামগা রা অম'নি ঙাংনখিবদগী লাক্তবরা করিদ্রো খঙদেনে, ইবুংঙো। "করিনো ঙাংনরিবদি?" কমলনা মখা অখি। তোমাল, তম্না পাউখুম পীখি, "করিস্থ নত্তেদা, ইবুংঙো, ময়ামনিনা

অশেংবা খরা য়াও,খরা য়াওদা তৌবত্নদা মহাক্না করিনো খরা হায়রুরমাল্লে, অত্নদা ময়াম্না মঙোন্দা খরা ঙাংবিগ্রে, মত্নদা মহাক ইকাইবোই-করিবোই তৌত্নুনা লাক্তবা ওইরমগনি খল্লি।" কমলনা মথাতানা হ:বদা তোমাল-দগী রা পুন্নমক খঙবা ঙম্লে। কমলনা খল্লি,"-করিগীনো, মুপীমচাত্নুনা ইচম-চম্না, মপুক্লিঙদা লৈজবত্ন হায়জবদা মখোয়না শাউদোরিবা! মহাক্তি মপুক-চেল শেংজবনি, ঐগীস্ত, মীগীস্ত মাঙদনবা খঙবীনি, অত্নবু মীয়ওবগী লমচং ওইজবা থিবা হায়বশিমদি অয়াম্বদা য়াওবগুম উই, মত্ননি মহাকপু মখোয় াম্না য়ানিঙত্রিবসি। ফরে, অত্নদি মধুনা তৌবদা মখোয় ময়াম্না রা ঙাং-দনবা তৌবা তারে।"

মথংগী সুমিত্রা কমলনা মধুবু পাউ থাত্নুনা কৌহনগ্রে, অত্নগা তোমালদনা খুনগী অহল-লমন্নচিংবা খরস্ত কৌহনগ্রে। খুনগী অহল-লমন-শিংনা জমিদার সাবনা কৌরি হায়বত্নদা য়াম্না হরাওনা লাক্লে, চাবা থকপা মরাঙ কায়না ফংলগনি খন্দুনা। অত্নবু হৌজিক ফাওবা মধুদি লাক্তে। কমলনা তোমালত্ন গাড়ীগা লোয়ননা থাগ্রে। মধু, তোমল উবদা ঙক্লপ্না হায়রকখি, "তাদা করি থবক্কীনো, জমিদার সাবনা করি হায়রকপগে?" তোমালনা ফাগি ওইনা খুমখি,-"করিবু ওইগনি ইবেম্মা. ফম হাপকে লাকউ হায়রিবনিদনা।" মধুনা চম্না খুম্মি,-"তা-তোমাল, করিবু ওইরম-গদগে, ঐদি সাবতু য়াম্না কিজেনে।" তোমালনা লোইশিল্লি, "ইবেম্মা, লোইশিল্লো. লাক-ও চংসি।" মধু মফি-মরোল প্রপ-প্রপ শেংচিল্লগা মুংশা থীবোই করিবোই তোমালগা চংমিন্নগ্রে।

তোমাল অমস্তং মধু থুংলরে। মধুদি অহল-লমনশিং ফমত্নুনা লৈর-স্বত্নদা য়াম্না হঙ্গোইনা চঙলকই। কমলনা মহাকপু তরাম্না ওকপিরে, মফমচানা ফমহল্লে। মথংদা শিন্মীশিং কৌহল্লুরে। ময়াম পুন্নমক শুমাঙত্নদা ফজনা ফম্লে, মথংদা কমলনা মধুবু ময়ামগী মমাঙদা কৌখোরক্লে। মধু ইকায়না খোকচরক্লে। কমলনা মধুগী মখুৎ পায়রত্নুনা ময়ামগী মমাঙদা

হায়রকই,-খুঙ্গাগী ইপা-ইপল অমস্থং শিন্না পূম্নমক, ওসিদগী হৌরদুনা মধুসি ঐগী লোয়নবী ওইরবনি, মঙোন্দা ঐগী লৌ-শীং পূম্নমক পান্নবগী থবক শিন্নরবনি। শিন্নীশিংনা মানা হায়বা ইনগদবনি।" থবকসি লোইরবা মতুংদা কমলনা ময়ামতু পীজ-পীথক লোইরগা বিদায় পীগ্রে।

মধু জমিদারগী ময়ুমদা লৈরে, মুংঙাইরে. অরাং-অপা করিস্থু লৈত্রে, মখুত্তা লৌ-ইথোল পূম্নমক শিন্নরে, অদুবু করিগীনো মহাক্না থবক ইথাঙ লোইরগা মতোমদা অচিকপদা ফম্লগা মমিত্তগী মপী তারিবা! লোম্না শিঙ্খরিবা পিরাংসে মধু নত্তনা কনানস্থু খঙলম্লোই অদুবু মচা কায়নরবী যনবীগী অরা-মৈচাক্তু মধুদস্থু ফংদবদি নত্তে। অহাওবা চায়, হাউফম খঙদে, তেরা মোমপাক্তা তুম্নি তুমফম খঙদে, মধুগী পুন্সি মপাম্হোংগীদি মুংঙাইবনি, থম্মোয় মুংগী.দে অরাবনি। করিগুম্বদা মশানা মশাবু কাউথোকচবা ফাওবা য়াওই। মধু ইত্তত্তনা মপামদা চৎলি, মমাগী অমস্থং অঙাংদুগী অচা-পোং য়াম্না পুদুনা চৎলি, মহাক্না অমুক পূরক-পনা মুম্নিং তরেৎনিলোমদি চৎনৈ। মপামদা লাকপদা মমা মচা মখোয় অদুম বারী শামিন্নদুনা নোকমিন্নদুনা মুংঙাইনা মতম লেল্লি, চৎলমদাইদা খোঙ থাংদোকপা ঙমদে,—অঙাংমচাদুনা, "ঐস্থু চৎকনি, পুবিয়ু." অ.সিনচি.বা বাহৈ কয়ানা মধুবু পুনগদবগী হোৎনৈ। মমৈরঙদা কাম্নগ্রদুনা মবেম্বোক্না পোরগা থেমদুনা লৈহৌই। পূম্নমক মধুগীদি অয়বনি.—মাবু লুনা চান্না জৌবিরিবা মপূদবুস্থু থাদোকপা ঙমদে, অম-য়োমদা অঙাংগী মুংশিবস্থু হুন্দোকপা ঙমদে, মুঙ অনিগী মরক্তা হানি।

পোয়মুগী লৌরোম পাম্বা লৌইরবা মতম্নি। নোংমদি কমলনা মধুদা করি করি অন্নৌ-অপেৎ শরা পুরগা মখোয়গী ময়ুমদা চংলুসি হায়রে। মধু বাসি তারদা কোকচাউবী কুং কায়। করিগী? চহী অমা হেন্না কমলগা লৈমিন্নরকপসিদা নোংমতস্থু মধুনা মচাগী মরমদা কমলদা হায়খিবা লৈশি.ত্রে, মরমদুনা মধুনা খল্লি,—"করিগুম্বা অঙাংসিগী মরমদা

কমলনা খঙখিবা তারবদি মহাক্কা ঐবু মঙোন্দা ওন্থোক্কা চাউরবা নমথাক অমা তৌরে হায়না লৌগ্রগনি, তশেংবদি ঐদি নমথাক নত্তে, মঙোন্দা অতোপ্পা পোৎলুম অমা খোনগৎনিঙদবনি।" অস্নুম্না হৈনিঙদবগী ব্রাখল অমা খল্লিগৈদা, কমলনা লোইরো চৎলসি হায়রক্লে। য়াদবনিনা মধু কমলগা লোয়ননা চৎথ্রে গাড়ী মখোল তাবদা, মহৌশাগুম্না মশূ-মবেল চেন্থোরকই, মধুনা গাড়ীদগী পোৎ চৈ থাংথরগা, মখোয় অহুম মাঙ থাতুনা চৎথ্রে, কমলনা তুংদা ইন্নরকই।

মধুগা মমা মচা করি তৌগদনো খঙদে, অঙাংতুনা মধুগী ফিজি পায়তুনা কোইন-ইম্নৈ, মবেম্বোক্কা পোবিগে লাকউ হায়বস্তু য়াদে, মধুদদি অরাব'মা ওইরবনি। কমল মাঙ্গোন্দা মোড়া অমদা ফম্মি, মধুনা ইমুঙদগী—চা পুথোরকই, অঙাংতুনা ফিজি পায়তুনা ইমগে তৌই মধুনা ইঙ্গিত তৌবদগী মবেম্বোক্কা ফাজিন্দুনা থমথ্রে। অতুবু য়াদে অঙাংতু ক্রিং-ক্রিং চোংতুনা কপ্পদগী নহোংদগী নাম্থোক্তুনা মপান্দা চেন্থোকথ্রে অতুগা মধুদা "ইমা" হায়তুনা কোল্লুরে। মধু তৌফম খঙদে, অঙাংতু ইন্থোকপস্তু ঙমদে, কমলদা অমুক য়েং, মচাদা অমুক য়েং তৌতুনা লৈরে। কমলনা ফম-ফমদগী হৌগৎলগা চীং-লেম্না অঙাংতু পমখৎলি অতুগা হায়খি,-কুইরবনি ঐনা ইচা মুপা অমতং-পামজরিবা।




---